ꯃꯍꯦꯁꯀꯤ ꯃꯃꯥ

# মহেশকী মমা

## (A struggle for existence)





নাওরোইবম পুনসি

[illegible]

# মহেশকী মমা

(A struggle for existence )



নাওরোইবম পুনসি



# MAHESKI MAMA
(A struggle for existence )

অহানবা ফোঙবা : জুন ২০১১

অইবা : নাওরোইবম পুনসি

অফোঙবা : নাওরোইবম পুনসি
খুরাই কোন্সম লৈকাই
ইম্ফাল ইষ্ট - ৭৯৫০১০

কোপী মশীং : ৫০০

ফংফম থোকপা : অইবা

মমল : লুপা ৯৫/-

লাইরিক ফংফম : ইরাবত ভবন (রূপমহল টেঙ্ক)
পুনসি ফার্মাসি (লম্লোং)

---

নম্ফম : লৈমহল প্রেস
খুরাই লাম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল ইষ্ট

# ঋাহে অমা অনিদং

লায়রবগী লায়রবা ঙাক্তা ঙায়বা লৈবাক অসিদা ইনাকখুনবসু কোকথোঙ অমা লৈ। ইনাকখুনবা হায়বসি চোর র্কাবার তৌবা, ঠিকা অচৌবা পায়বা, লৌ-শিং কয়াগী মপু ওইবা মখোয় খরনা লায়রমনবদগী উপায় লৈত্রবা নুতিগী নোঙানবদগী য়োৎপাক, থাংজৌ পায়দুনা থবক শুজবা কয়াগী খুৎসুমল মৎপিবা হেক হেক থেংনদবা নত্তে। তৌববুদি খুৎসুমল কয়া মৎলগা ইনাক খুল্লি খংবননি। খুৎসুমল মৎপিত্রবা তোল্লবা মাদি করি ওইরি। মাদ নত্তনা নুপী অঙাং পুম্নমক চরা হেল্লে।

লায়রবা তোল্লবা মীশিং অসি মহৌশাদগী হৌনা ইনাকখুনবশিংগা মুক্নবা ঙমজরক্তে। করিগুম্বা ইনাকখুনবা অদুগী মখাদা লৈবা থবকসুবা মখোয়খে পুনশিন্নদুনা ইনাকখুনবা অদুগী মথক্তা অকনবা শাফু অমা পিরবদি লায়রবশিংগী শেল মৎপা তোক্লখিনি খল্লি।

মার্ক্স, এঞ্জেল ১সুং লেনিনগী পাউতাক্কী মখাদা লায়রবা লৈবাক কয়া ইনাকখুনবদগী নাম্থোকখ্রে। মখোয়গী পাউতাক অদু ইনবিদুনা, ইনাকখুনবগী খুত্তগী, মখোয়গী মৎখিবা শেল অদু ফংনবা হোৎনমিন্ননিংবদগী ঋারি মচা অসি ইজবনি।

*অদোমগী,*

**নাওরোইবম পুনসি**

# ১ (অমা)

ঙসি ৱাকচিংগী পুর্নিমা নুমিৎকী অয়ুক্কি । ইংবনা মরম ওইদুনা মীশিং মপান কয়া থোক্লরমদে । অশংবা উ-ৱা পুম্নসু ইংবনা তুমিন তুমিন লেপতুনা লৈরম্মী । শা, উচেকশিংসু উশাথক্তা তোংবা উদ্রে । লশিং মফোনগুম ঙৌরবা লৈচিন মপৈ মপৈনা নুমিৎপু লোৎকদবগী হোৎনরি । অসিগুম্বা মতম অসিদা ব্রাহ্মন পাখং অনিখক অপাবা ফিরোল শেৎ ইন্দুনা মহৌশাগুম মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ভগবদ গীতা লাউনা লাউনা থীরম্মী ।

পাখং অনিমক লায়রবা ব্রাহ্মন ইমুং অমগী মচানি । মচা অনিমক অয়ুক্তা ক্লাস টু ফাওবা তম্বা প্রাইমারি এল, পি, স্কুল অমদা লাইরিক তমহল্লম্মী । অদুবু মখোয় অনিমক মপানা ক্লাস থ্রি (three) দা মিং চনবিরমদ্রে । মখোয় অনিমক ইবা পাবা থোইদোক্লা হৈরবনিনা য়াহৌ ঙল্লা হৌরগা চন্দোল চাৱা লঙনা থিল্লগা ব্রাহ্মনগী হৌনবা পুন্নমক খংননবা মপানা তাকপি তম্বীরম্মী । মচা অহনগী মিং ত্রিনাথ অদুগা অতোম্বাগী মমিংনা ত্রিভুম কৌরম্মী ।

মতমগী মতুং ইন্না মখোয় অনি পাখং ফারক্লম্মী । লৈকায়গী অশি অনাগী নাম শোলহনবা, দষাগী, অৱাবা তাবা খুদোংথিবগী মতাংদা শ্রীবৎস নিংথৌ অমসুং চিন্তাদেবীগী ৱারী তৌদুনা মীবু লাংহনবা ঙল্লমদে । অষ্টি ষনচোয় অমদা কপিল মুনিদা হুরানবা থংজিল্লুবদগী কপিল মুনিনা শাওদুনা শাপ তৌবদা নিংথৌগী মচা লিশিং হুম্ফু শিবদগী স্বর্গদগী গঙ্গা কৌথদনা গঙ্গাগী ঈচেন্না অশিবশিং শমুদ্রদ পুথখিবগী মতাং অমগী ৱারী তৌরকপদা অষ্টিদবু শেল থারকপদা লুপা ১০০ য়ৌখি । ময়াম্নসু অষ্টি লোয়রগা বামন ইবুঙোদি 'হৈরে হৈরে' থাগৎনখি । যজ্ঞদা শ্লোক থীবা, নাহুৎ নারেংগী মন্ত্র থীবা, উশবকী চাক ঈশিং থোংবা থাকপা অসিনা মখোয়গী শিনফম ওইরম্মী । মসিনদি মখোয় মবুক্তমক থল্লম্মী, শেল তুংশিনবদি ঙল্লমদে ।

ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা মতম খজিক্কি মনুংদা মীতৈ/মৈতৈ খুল পুম্নমক্কী তংখায়মুক হিন্দু ধর্ম্ম থাদোক্কুনা সনামহি ধর্ম্ম চৎলক্লম্মী । বামনশিংগী থবক হান্নদগী তংখায় হুম্থরম্মী । অসিগুম্বা শেল থোক্তুনা লৈবা মতম

অসিদা মচা অহন্না নুপী অমা পুশিল্লকপদগী মমা মপানা মঙোন্দা ঙাংবা শকপা য়াম্না তৌবিরম্মী । মানা শাওনিংমনখ্রদুনা মমা মপাদা অসুম্না হায়রম্মী - ইমা মসিবু মীনা তৌনদবা থবক্লো ? ঐ যুমদা নুপী পুশিল্লকপা মতম ওইরবনি । নখোয়না ব্রা খংমন্দবদগী ঐনা হেক্ত পুরকপতনি । ঐগা মাগগী পুক থন্নবা ঐখোয় অনিনা হোৎনজগনি । নত্রবদি, অদু ঙম্লোয়দবা লৈরবদি ঐ করিগী মা পুরক্কনি ।

বামন অহল মতৈ মনাও ফনা কুইনা খৎনরে । অদুদগী মচা অনিনা মীচং ওইরগা মমা মপাগা অমুক ফনা কুইনা খৎনরে ।

ঐখোয় ইচিন ইনাও অনিদ পোক্লগা লাইরিক তমহল্লক্তবা, অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয় খংদবদগী নত্তগা তনবদগী স্কুল কানিংখিদবা অদু নখোয়না ফুদুনা স্কুল কাহনগদবনি, মীং চনবিদুনা লাইরিক ফজনা পানবা হোৎনবিরক্তবদগী ঐখোয়না ঙসি ব্রারিবনি । ঐখোয়দগী হেন্ন লৈজদবা যুম্লোন্নবা অসিনা মচা মরি পোক্লগা চেংপাক সুদুনা কবোক শাদুনা, থিন্নবা কাউনবা য়াওহনবদগী মচা অনি থবক ফংখ্রে । মচা অমদি অফিস কেরানি ওইখ্রে । অতোনবা অসি এম, সি, এস, একজাম য়াওখ্রি । চেংপাক সুবনা মচা মরি লাইরিক ফজনা তমহনবা ঙম্লগা শেলসু নুতিগী থোক্লিবা ঐখোয় ইমুংনা করিগী ঙম্লক্তবনো ? পাবুংনা নুতিগী অযুক্তা ফৈজোম অঙৌবা শেত্তুনা অঙৌবা ইনফি ইন্দুনা লাই ওইনা কোন্দুনা য়েৎনা কাংশি খিংদুনা চৎলিবদু শেল নত্ত্রা ? বেদ খংলগা ভাগবদ গীতা থিবা হৈরগা থবক ফংদ্রেনে ইমা পাবুং । মীতৈ পুম্নমক নখোয়না মাংঙি হায়গেরা শেংঙি হায়গেরা ধর্ম্ম ওনখ্রে । অশিংবনি অফবনি হায়রিবা বেদ, গীতা অদো থীফম লৈত্রে । ঐখোয়তনা মাঙ্গোন্দা থীবসু শেল লাকত্রে । ঐখোয়না পোকত্রিঙৈ, অঙাং ওইরিঙৈ পাবুংদি কান্নহৌরেদনা, হৌজিক কান্নররোই । অওনবা অমা লাক্লে । অদুনা ঐখোয় শংসারগী কর্মশিং অসি ঙম্লনবা কদায় কদায়দনো কোয়চৎ চত্তুনা থবক থিগদবনি । ঐ ঙসিদগী থবক থীবা চৎলনি । নুমিৎ মরি মঙানি লৈরগা হল্লক্কে । ইমা পাবুং মৌ অসি তাম্হোকপিরমগনু । করিগুম্বা তাম্হোকপিরম্নবদি পুত্রলোক্তগী পাবুং ইমা হোই চিংখৎপিরোয় ”। অসি হায়রম্লগা ত্রিনাথ একাগাড়ি ইম্হোক্তুনা চৎখ্রে ।

ত্রিনাথনা একাগাড়ি অমা তোংলগা বামন লৈতবা খুল থিবা চৎলম্মী। মহাক ফুরিৎখাউদা শেল হাপলকপা কাউরে । নুমিৎয়ুংবা মতুংদা মহাক চাক লাম্মম্মী, ঈশিং খৌরাঙলম্মী, তুরেন্দা কুথরগা ঈশিং থকচিল্লম্মী অদুগা মথং মথং খুল অমদগী খুল অমদা চৎলম্মী । লৈরক কোনশাংদা একাগাড়ি থৌদুনা বামন লৈব্রা লৈতব্রা য়েংবদা মহাক চোকথরম্মী । নুমিৎ অদুগী নুমিদাং অদুদা বামন লাইশঙগী নাকন্দা লৈবা ৱালহৌশঙদা অহিং অদুমা লোন্না লেক্লগা নোংঙাল্লকপদা গাড়ি ইহ্লোক্লুনা সড়ক্তা থোরক্লম্মী ।

মহাক অরাপ্পা খুঙ্গং অমদা চৎনিংঙম্মী । অদুবু মহাক মফম অদু য়ৌনা একাগাড়ি থৌবা ঙমগনি নিংঙমদে । মহাক অমুক তুরেন্দা কুমথরগা ঈশিং মপুক পেন্না থকচিল্লম্মী । অদুদগী একাগাড়ি অদু হৱাগাড়িদা হাপকৎলগা মহাক অরাপ্পদা লৈবা টাউন্দ থুংলম্মী । মফম অদুদগী একাগাড়ি তোংদুনা লৈরক কোনশাং কোয়থৌ থৌরে । অদুবু মহাক বামনলৈতবা খুল অমত্তা থেংনরমদে ।

ঐনা খুল খুন্দা ৱানা চাদ থক্তবা মখৈ চৎলিবসি করিগীনো ? বামন ঐখোয়সিবু লাইশোন তিনশোনগীদমক্তা পোল্লকপ্রনে ঐ খুল খুদিং বামন ইমুং অনি/অহুম/মরি লৈবা য়াউরি । মখোয়গী য়ুম্লে কৈরৈ ফজদ্রে । খুলগী মীশিংনা লাইদা পোৎ-চৈ মরাং কায়না কৎলদ্রে ।কৎলরবদি মখোয় নুঙায়না লৈবা উগনি । অসুম তৌদুনা মফম পুম্নমক্তা ঐগী লৈফম লৈতে ।

ব্রাহ্মন ঐখোয়সি ব্রহ্মগা খ্বায়দগী নক্লবনি । ঐখোয়তনা লাই সেবা তৌগদবনি । ঐখোয়তনা যজ্ঞ পুম্নমক পাংথোক্কদবনি । অতৈ বর্ননা তৌবা য়াদে । অতৈ বর্নশিংদগী ঐখোয়না খ্বায়দগী চাউবি । মখোয়দি লাইগী থৌরম খংদবনি, ঐখোয়দি অখঙবনি । ব্রহ্মাগা নক্লবা ঐখোয়বু করিগী অসুক লায়ররিবা ! মীনা ঐখোয়দা কৎলদ্রবসু ব্রহ্মামক্লদি ঐখোয়বু লায়ম্র হনফম থোক্কেনে ! উম! ঐ ভাব তারে ব্রহ্মাসি ব্রাহ্মন্না শাবা ওইরম্বা তায় । মসি তৌঙন্বা মী খরা মান্নরগা নক্লগা নিংথৌগা ব্রাহ্মনগা মান্নরগা অচৌবা লাইনি পংহায়দা হায়দনা পোৎ-চৈ কৎহল্লগা, কত্তবা মীবু ফুবা, চৈবা, হাৎপা তৌবিদুনা লাই ওইহনখিবা জাৎনি । লাই ওইরবা অদুদা মীশিংবু অচা অথক, অহাওবা কৎহল্লগা তৌঙন্বা মখোয়শিং অদুনা খোঙগ্রায়

নিক্তুনা, থবক করিমতা শুদনা চারকপদগী অদুম চৎনবি ওইহল্লকপা ওইরম্বা তায় ।

ঐখোয়না হিন্দু ধর্ম্ম হায়রিবসিগী মকোক মরু পান্দে হায়রি । মহম্মদ, যিসু, বুদ্ধ, মহাবির অসিনচিংবা ধর্ম্ম লিংখৎলম্না/হৌদোক্লম্বা হায়দুনা লৈনরি । অসুম্না হিন্দু ধর্ম্ম হৌদোকপা, সনামহি ধর্ম্ম হৌদোকপা লৈতে । হিন্দুগী লাইরিকশিং মহা ভারত, রমায়ন, বেদ উপনিষদ, ভগবদ গীতা অদুদগী লাইনিংবা মুনি, ঋষি মখোয় পুম্নমক অসিনা তৌরিবা মতৌ অসি হিন্দু ধর্ম্ম কৌই । মীওইবা অমা ওইনা পোকপদগী শিবা ফাউবগী মনুংদা চৎকদবা লিচৎ শাজৎ পুম্নমক অসিবুনি হায়রি । হিন্দু হায়না তোঙান্না অমা লৈজরিবসি করম্বনো ? খৃষ্ট মমাংদা অজ্জি জাতিনা ভারত্তা পুশিল্লকখিবা মওং মতৌ অসিবু চৎপা মীশিং অদুনি । মখোয়না মখোয়গী থবক খুৎসুগী মতুং ইন্না জাতি মরি থোক্লগা হিংমিন্নরম্মী । বৈষ্য ১সুং সুদ্রবু থবক ৱানা শুহল্লগা ব্রাহ্মনগা ক্ষেত্রিগনা, ফমজা চারম্মী । মখোয় কাংবু অনি অসি মতম চুপ্পদা খৎনদুনতা লৈরম্মী । করিগী খৎনরোয়, থবক সুনিংবগা থবক শুনিংদবগা লৈমিন্নবা মাপ্ম খোক্তে । মসিগী মথক্তা অমুক মাংঙি, শেংঙি হায়দনা ইস্লোক ইনশিন তৌনরিবনি ।

ব্রাহ্মন অহল খরনা হায়বদি ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মীশিংনসু হিন্দুগী অশেংবা নিয়ম নিতি অসি ইল্লবদি পৃথীবি অসি শান্তি ওইগনি হায়রি । মামুক ফবা ধর্ম্ম অমা লৈত্রবনি হায় ।

খংদ্রেদা কনানা ঙাংবনা অচুম্বনো ? লাইদা কৎলগা ফমজা চাবা পাম্লবদগী ঐখোয়গী লম অসিদদি ব্রাহ্মনগী মপাঙ্গল হনখ্রে ।

হিন্দু পুম্নমক্কী তংখায় অমদি মাংখ্রে । মহাত্মা গান্ধীনা অতোনবা জাতিবু কন্নবা হরিজন থোনবিরম্মী । অদুবু হরিজন অদু শুদ্র ওইনা অদুম উই । হরিজন ওইরো, শুদ্রবু ওইরো জাতি (বর্ন) অতৈনা থিনা তৌবিবদগী খৃষ্টান, মুসলিম ওন্নখ্রে । ঐখোয়গী লৈবাক্তসু হিন্দু তংখায় অমা সনামহি লাইনিঙ চৎনখ্রে ।

ব্রাহ্মন ময়াম অমদি বেদ শাস্ত্র খংন খংনা লাইরিক ফজনা হৈহৌবদগী ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, ওজা পন্ডিট ওইবা য়াউরি । মখোয় অহনশিংদি তুংগী

মচাশিংগী খনখি। মীতৈ, মৈতৈ ইচিন-ইনাওশিং লাইরিক হৈহৌবদগী অফিসকী থবক তৌগৌরি। ওজা ওইহৌরি। ভগবদ গীতা খর থিরগা চাগদবসু মনিপুরগুম্বা হাংনা শুনবা লম নত্তবনিনা থিফম লৈশিল্লকত্রে।

ও! ফজবনিদা গীতা হায়বদো মঙোন্দা য়াউদবা পাউতাক করি অমুক লৈরিবগে ? গীতাগী মপান্না ভারত নিংতম্বা পুরকখি হায়নরিবনি।

অর্জ্জুন্না য়েক্নবগী তেঙ্গোল্লোমদা য়েংবদা মাগী মবুধৌ ভীস্ম, ওজা দ্রোনার্য, কৃপচার্য অসিনচিংবা ঊরগা ময়াম অসিবু ঐনা ঐগী লৈবাক লৌশিন্নবগীদমক্তা হাৎপা তারব্রনে ? হে কৃষ্ণ ! ঐ লাল তৌজররোয় হায়না অজর্জুন্না কন্না কৃষ্ণদা হায়বদা, ইবুঙো কৃষ্ণনা মনায় অর্জ্জুনগী নিংহন্নবা মতৌ অদুদা অসুম্না হায়বিখি-নংগুম্বা মী অমনা অদুম্না হায়বা হৌনদে।

কৃষ্ণনা 'ইতাউ অর্জ্জুন, দুর্যোধন, দুঃশাশন হোয়না ইত্তাউ হোয়না চৌবনা মরু চলাক তৌদুনা লৈবাক লোয়না লৌবিখ্রে। সভা ময়ামদা দ্রৌপদিগী শারি চিংখোক্নপিরে। দ্রৌপদি ইকায়বা নংলে। মপুরোইবা ওইনা নখোয় মঙানা নমিং হুনগৎনা পাংদুনা দ্রৌপদিনা য়েংবা ঙমজখিদে। নখোয়না দ্রৌপদিবু অহংকমদগী কননা ঙনখিদে। চহি ১৩ নরৈবাক থাদোক্নুনা চৎহনখ্রবা, চহি অমা ঊনবা নাইরোইসু হায়বিরবা। নয়ুম মৈ থাদুনা হাৎকে তৌবদগী বিদুরনা কনদিরবা। ভীমসেনবু হু পিজদুনা হাৎলবা। জয়দ্রথা থাজিন্নক্নুনা নংগী নুপী দ্রৌপদিবু দুর্যোধনগী নুপী ওইনবা হোৎনরবা অদু কাউবদা নংনা লাল তৌগদবা হায়বা।

অর্জ্জুন নহাক্কী ব্রা অদুদি য়াম্না শোনবা, য়াম্না পাংদবা, মথিকোং মরিল য়াউদবা মী অমনসু তাঙগা ঙমদনি। অর্জ্জুন নংনা লাল তৌজবরোয়, লৈবাক অদুম লৌজবগী হায়বনা মখোয়না নঙোন্দা খুবাক খুযক্নানি, নাঙোন শিংথচক্নক্ননি। নঙোন্দা কুপাংলা কারিসু লৈতনা মীশিংনা তৌনবগুম তৌরক্নানি। অর্জ্জুন নং ক্ষোত্রিয় মচানি। ক্ষেত্রিয় নচা অমগী তৌগদ থোক্নপা তৌ।

শ্রী.... ... ... ... শোরেন্দী।

হে কৃষ্ণ নংনা ননায় অৰ্জ্জুন্দা থৌনা পিবগী শ্লোক অদু ঐনা মতৌ করম্না কাওগদগে !

নহানমুক্কী মপোক্তা মানা মানা তৌখিবা কৰ্ম্মগী ফলনা যোনীদা পোক্লরবনিকো । ননায় ঐ ব্রাহ্মন ওইনা পোক্লরবসু ব্রাহ্মনগী থবক ফংদবদগী বৈষ্য সুদ্রগী থবক তৌজগে । ঐবু হেক ব্রহ্মন্দগী ইম্থোকপা তৌবিগনু । ব্রহ্মনগী থবক লাকপা কান্দসু ব্রহ্মনগী থবক তৌবা য়াহনবিয়ু । করি করিগুম্বদা অযুক্তা নত্রগা নুংথিন্দা ভগবদ পাবনচিংবা য়াহনবিয়ু ।

করিনোনে ঐসিবু শেরান তুরান তৌহৈদবা ঙাক্ত মঙ মঙলিসিবো ! ঐ ব্রহ্মন্নিনে । মীতৈ অহল অমনা অঙাং ঐ উবদা খুরম্মিবনি । অদুগা ঐ করিগী অসুক পিকথরুবা ! ঐখোয়দি ব্রহ্মানা য়াবা মীনি । নহানমুক্তি মপোক্তা অফবা থবক তৌরকপদগী ব্রহ্মনগী ঈ-দা চংলকপনি । মখোয় অতৈ জাতিদি মপাপনা তোঙান তোঙানবদা ওইররিবনি । হৌজিক ব্রহ্ম লাক্লনি কুইররোয় । অবতার অমা তৌখিবা কুইরে । অবতার অমা লাক্লনি । অদুগা মখোয় পুন্নমক লাইদা কংহল্লগনি । অদু ওইরবদি ঐখোয় ফমজা চারনি । ঐসু হাথু হাথু নুপী হেক চেনশিল্লুইদা । ব্রহ্ম লাক্লগা চেল্লবসু ফগদবা । অদুবু ব্রহ্ম কদৌঙৈ লাক্কদগে ঃ মহাক মশা ওইরবসু অমতার ওইরবসু কদৌঙৈ লাক্কদগে, কনানসু হায়বা ঙমদে । অদুদি ঐনা নুপী চেনশিল্লিবসি ফত্র ? ফৈ অদুবু হৌজিক মাগা ঐগা করি চানি । মী অমত্তা চরা হেন্দুনা চানিংঙায় লৈতদুনা শি হায়বা তাদে । ঐসু কৈনো কৈনো অফং অফংবা শুদনা ঐখোয় অনি হিংবা তায় ।

মহাক্লা অচৌবা খুল অমমুক থেংনরম্মী । খুল অদুগী ময়ায় ৱায়দা অচৌবা মান্দোব, লাইশঙ ১সুং য়ুম অমা লৈরক মপান্দা লৈবা উরম্মী । বামন্নিনা বামনগী লাইশঙ উবদা মকোক নোন্দুনা মখুৎ জুর তৌজরম্মী । মহাক ইংখোল অদুদা চংলক্লম্মী । ইংখোল অদু তরু তনাল্লি । লৈরক্কা তায়নবা ইংখোলগী লৈপন্দা শম্বল্লে শেকপিন্না শম্বল ওইরি । মহাক্লা মান্দোবতা থাদুনা লৈরম্বা চৌক্রি অমদা ফমথরম্মী । য়োংনা মখোঙ ওইবা মান্দোব অদু য়াম্না চাউই । চৌক্রি কয়া মরোল মরোল লোনখত্তুনা লৈরম্মী । মান্দব মনুংদা আলমিরা অমসু লৈবা উই । লাইশঙ য়াম্না মোংনা লৈবা

উই । য়ুম অদু মিরাং থুরম্মী ১সুং ইফুল থাংলম্মী । মী লৈতবা য়ুম্নি খনবদগী মহাক সড়ক্তা থোরক্লগা হোটেল লৈব্রা য়েংলম্মী ।

ইনক নক্লা দুকান অনি লৈবা মানা উরম্মী । মানা দুকান অদুদা চংশিনবদা অহল ওইরবি নুপী অনিখক হোটেল মনুং অদুদা ব্লারি শাবা উরম্মী । "ইন্দোল ঈশিং খর থকচগে" অসি হায়রগা মানা কিটলী পায়দুনা ঈশিং গ্লাস অনি হৈদুনা থক্লম্মী । অদুম ওইনমক মহাক মশা ইশোন শোন্থরম্মী । মানা খল্লম্মী - ঐ থবক অমা হেক্তা তৌগে হায়ববু থবক অদু কনানা পিবিগনি ? মীশিংনা লৌবুক তৌ, পুম্নি তৌ, শীং য়াল্লু হায়না ঐঙোন্দা হায়রগবা মতম অদু কয়াম ব্লাৎলি ? এ মদু ঙায়বা তাব্রা ? ঐনা য়ুমদগী হেক থোক্লকপগা অতোপ্পা খুল অমদা লাই লাৎলগা ইরায় লায়না হিংগনি খল্লম্মী । অদুবু খুল খুদিং বামন লৈরমদুনা বামন ওইবগী খুদোংচাবসু লৈত্রে । য়ুম অমগী থোঙাকপদা ওইরবসু ফংনবা ঐ করি উপায় তৌসিগে ? নোংমা নিনি থবক ফংবা নত্তবা চহি কুন অমা কুনথ্রা অমসু নত্তবা পুনসি অসিমা তৌবা য়াবা থবক (তলব চাবা) পাম্মিদকো ।

নুংথিল পুং অমা তাখ্রে । অদু ফাউবদা সড়ক লমজাউদা মী চৎপা নত্তনা খুলগী মীওইদি অমত্তা থোক্লরক্লমদে । মানা অহলশিংদা হংলম্মী —'ইন্দোল অসিদা লৈবা বামন ইমুংদো কদায়দা চৎখ্রবগে ? মখোয় লৈরম্লবদি ফগদবা ।'

'ইবুঙো খংদেনে মখোয় কদায়দগী লাকপা অদুগা হৌজিক্লা মখোয় কদায়দা চৎখ্রবা !'

অা চহি ১০ মুক্তি মমাংদা বামন ইমুং অমা লৈরম্মী । মানা ইংখোল অসি চাউই, মা লৈজগে হায়বদগী খুন্না মাগী য়ুম মচা অমা কম্যুনিটি হোলগী মনিংদা শারগা লৈহল্লি । অদুদগী খর লৈরগা ঐদি বামন্নিনা লাই লাৎচগে হায়রে । ময়াম্না অমুক লাইশঙ অমা শাবিরে । ইংখোল কোইদুনা অয়াম্বা মতমদা লৈরম্মী । মরক মরক্তা খাবে চেগপ একাগাড়িদা চপ্লগা থৌখি । নুমিংদাংদা হল্লকপা হেক হেক উখি ।

চহি অনি অহুম লৈরগা ঐ অতোপ্পা খুল অমদা লৈজরুরগে হায়রে । ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রে । ইমুং অদুনা থাদোক্লম্লবা মতুং ইকান কান্নদনা

বামন ইমুং অমনা মা লৈজরগে হায়রগা লৈররে । মাসু লাই পোরকই । অতে বামনগুম্না অয়ুক্তা অদুগা য়াচংবদা সন্ধ্যা আরতি কৎলি । মাগী মতৌদু উরগা ঐখোয়না অঙাং ওইৎরবঁগী ব্রাফম কয়া নিংশিংলক্লুনা কপ্লিংবসু য়াওব্রি । মাসু মরক মরক্তা ঢি-রোল অঙৌবা শেৎ ইল্লগা খাবে চেগপ লোয়নননা চৎখি । য়াচংবদা হেক হেক হল্লকপা উখি । করি তৌরবনো খংদে, থা ৬ লোম লৈরম্লগা নোংমা নোংঙাল্লকপদা লৈরমদ্রে । অদুদগী য়ুম অসি কনাসু লৈবিদ্রে । নুমিদাংদা উচিগা হৌদোংগনা য়াম্না লাংবা নুমিৎ লৈ । ঐদি মসি ঐখোয় লৈকায়গী তোঙান চাবা ইমুং অমনা লৈবিরবদি ফনিদা খল্লিবনি । মী লৈরদি মখোয় লাংঙোয়দো ।

নোংমা মশম অদু থৌরিদৌনা তারগা শাংবা, ইফুন ব্রাওরি ব্রাওরি তৈবা নিপা অনিখক ঐখোয়গী য়ুমদা নুংথিন্দা লাক্লম্মী । মখোয় অনিনা মী লৈনদবা য়ুম অদুদা ভুং লৈরে হায়রে । ভুট অদু তমথিবা ভুৎনি । ঐখোয়না নক্তবদি অতৈনা লৌথোকপা হৈরোম হায়রে । ভুট অসিনা খুল অসিগী মাংনবা তৌবা হৌরক্লে, খর লৈরাল খুল অসি পুংম্রাঙ্ক মাঙলনি হায়রে । ঐসু অওইব্রনে মখোয়না হায়রিশিংদু লৈদ লৈর জাংলা হায়না খল্লিঙৈদা ইচানুপী য়াইমা য়ুমদা হেক হঞ্জিল্লকই । ঐনা ইচানুপীদা তম্লদা মানা থবক শুফমদা চৎলগা নুপাশিংদা তাক্লুবদা চৈ পায়দুনা মখোয় মঙা তরুক লাক্লে । মখোয়না অহানবদা শাধু বাবাগী ব্রারি ফজনা তাথোক্লে । ব্রা মুন্না তারবা তুংদা মখোয়না হায়রম্মী অয়ুক্কী পুং ৯ দগী নুংথিল পুং ৪ ফাউবা খুল অসিদা ওইদবা ঙাংবা লাক্লনু । নখোয়গুম্বা ওইদবা ঙাংবা কয়া চৈ চাদুনা চৎনখিবনি । তাদ্রা মীনা ঙাংনবা ? ভুট লৈ লৌথোকপিগে, পোৎশেম যাদু তৌবা হৈ, অঙাং নুপা পোক্কেরা, নুপী পোক্কেরা ? সনা লুপ্প হৈ, গ্যাস শেম্বিবা হৈ, নুপীনা পাম্নবা হিদাক পিগে, ইনাক খুন্নবা হিদাক পিগে, দাইমন শিমু প্রোমোশন কানি অসিনচিংবা হায়বা খুল অসিদা চংলকপা য়ারোয় হায়রগা চৈনা অমুক অমুক কনবিখি । মখোয়না চৈনা কনবিবদুদা ঐনা অঙাংশিংদা করিগী অদুম তৌবিরিবনো মতুংদা তৌগনু হায়বদুদা মখোয়সু অদুম তৌজবোয় হায়রে । অদুদা মখোয়গী মরক্তগী পাখং অমনা করি হায়গেদু 'দেবনন্দনা পারুদা চৈনা কনবদা পারুগী মমায়দা দাগরুম লৈখি । পারুনা মিংশেল লেংবা খুদিংগী লাগ উবদগী দেবদাসপু

হেক হেক নিংশিংলকখি । ফুখিবা অদুনা মরম ওইরগা মখোয় শুক্কাউ কাউররোয়' হায়য়ে । ব্রা অদু তাবদা ময়াম পুম্নমক নোক্লম্মী । অদুদগী মখোয় অমগা অমগা পাউ ফাউনরমাল্লে, অমত্তা লাক্লখিদ্রে । ঐখোয় লৈকায়গী পাখং লৈশাবীশিংনা, হায়রিবা বামন্দি য়ুম অসিদা থম্মরোয় । মখোয়গী লাইদা চেং চাক কত্তবদগী চৎখ্রিবনি হায়য়ে । অদুনা ইবুঙো মখোয় কদায়দা লৈখ্রবগে খংদে । লাইদা চেং চাক অথুম অহাও কংপা মফমদা মখোয় শোয়দনা লৈরমগনি । অকোনবগী ঐত্তাদুগী মমিং শমভু শর্ম্ম কৌবনি । ঐখোয়গী খুল অসিদা চহি ২০/২৫গী মমাংদ ফাওবা লাইদা চেং চাক অথুম অহাও কংপা য়াম্মা তৌনরম্মী । অদুদগী বেঙ্গোললোমদগী ভত্তচার্জী, বের্নজী য্যাতি বসু ইন্দ্রজিৎ গুপ্তনচিংবা অদুদগী ইরাবত মনিপুরদা লৈবা য়াদদুনা কছার জিলাদ, ত্রিপুরাদা অসুম তাকপি তম্বীবদগী মথং মথং ঐখোয়গী অহনশিংনা অঙাংশিংদা অমুক তম্বীবদগী অঙাংশিংনা লৈবাক্কী নুঙায়নবা খুজিন থৌরাং ফজনা তৌরে । নুংঙায়রিবা লায়ররিবা পুম্নমক লাইনা নত্তে হায় । হৌজিক্তি অমত্তা তৌনদবদগী ঐখোয়গী য়ুম্লোন্নবদা লাই লৈবদুফাউ কাওখোক্লে ।

'ঐখোয় ইবুঙোদি য়াম্মা ব্লারবা মাল্লি' । অসি হায়রগা হোটেল ফম্বী অহল অদুনা মঙোন্দা চা গ্লাস অমা চোন্ন হৈজিনবিরে অদুগা বোড়া প্লেট অমা পীরম্মী অদুগা হায়রম্মী 'চাউ চাউ য়াম্মা ব্লারবা মাল্লি । শেল লৌরোইদা পিজনিংদুনা তৌবনি । করি লমদগীনো ইবুঙোবু, শকপু বামন মাল্লিনে । করি সুরি, করি থবক তৌই' ?

ত্রিনাথ - হোয় ইন্দোল ঐ চারালি বস্তিদগীনি ।

ঐ বামন্নি । মীশিংনা হৌজিক অসিদা লাইদা পোৎ-চৈ, অথুম অহাও কৎনদ্রে । লাইরিক লাইসুসু নিংথিনা হৈজহৌদ্রে । অদুবু ইন্দোন মী ওইনা পোক্লক্লবনিনা ঐসু ময়াম মরক্তা হিংনিংঙি । সংসারগী ময়াগী লাংদা থুবদগী ঐ শিবসু ঙমদ্রে । করিনো অফং অফংবা থবক খরা শুজদুনা হিংজগে খল্লি । য়ারবদি ইন্দোল চহি চুপ্পা শুবা যাবা থবক পামজবনি ।

ঐ থবক অমত্তা তৌজরক্তে শুপ্নগী লাই সেবা তৌবা, চাক ইনশাং থোঙবা থাকগা অদুদনি । হৌজিক করিনো ইন্দোল হোয়না তৌ হায়বা

থবক অদু তৌজগে । ইংখোল তৌ, ফক শাউ, ব্রা খায়য়ু করিনো অমা হেক্তা পিবিয়ু ।

লৈকায় অসিগী অহল লমন অমত্ত উদে কদায়দা চৎনখিবনো ?

নুপী অহল—ইবুঙো মখোয় অহলশিং নহাশিং লোয়না থবক শুনরি । হৌজিক মখোয় উনবা য়ারোয় । হোরেল পুং ৪ দা থবক থাগনি মতম অদু ফাওবা নং ঙায়দুনা লৈয়ু নংগী থবক মখোয়না শোয়দনা পিগনি । মী য়াউরিখৈ য়াবনি ।

ব্রা অদু তাবদা ত্রিনাথ হৱাউরম্মী । মহাক মফম অদুদা থবক তৌগে খল্লে । অদুনা ত্রিনাথ তুমিন্না হোটেল অদুদা ফমদুনা পুং ৪ তাবা ঙায়রম্মী ।

শেনু - ইবেম্মা পেম্মা, হৌজিক্তবু কনানা লাইদা কৎনিঙ্গনোদা । পোৎ চৈ' মমন্না আ য়ৌরবনিদো । থাইনদি নখোয় ঐখোয়না লৈশারিঙৈদা ইংখোলগসে চাউনা চাউনা লৈনরম্মীদো । ঐখোয় ইমা হোয়না ইংখোন্দা থাবা পোৎ চৈ, এনশাং নাপি, কনাগী খোংক্রম, মাইরেন, থবী, য়োংচাক, লাইদা হেক কৎত্রিখৈ ঐখোয় চাহল্লমদেকো অদুনা য়ুমথোঙ খুদিংদগী কৎলবসিনা মখোয়সু চাবা ঙমদদনা পত্তনা কয়া অমা মাংহললিবনি । গোবর্ধন পুজা নুমিত্তদি মান্দোব অচৌবদুগী নাকল অমদা ফৌনা চোন্ন, হৈনরম্মীবা, চেংসু ওখাক য়াম্মী । চেং ওইনা কৎপনা মহে চাউই হায়দনা ঐখোয় ইমানা ফৌ সু হায়দুনা সুগে তৌবদা তা য়াইনা বামন্না তন্দনা হায়জিনবনি । সুগনু ফৌ ওইনা অদুম কৎলু । করিগীনো চেং ওইনা কৎত্রেনা হায়রগা 'চেংদি কুইনা থন্বা য়ারোই তৌবনি' খুম্মু । ঐখোয় ইবুংশিংনা ব্রানা য়াল্লুবা, ফাল্লুবা শীং, ঈ, চরু লাইদা কৎত্রদি তৌহৈদে হেক হায়জিল্লক্লে । 'করি শুনিংদবা, মীনা কৎলবা ঙায়বা' হায়না লাউবদগী বামন ইমাদো অদুম হল্লকখিদ্রে । হৌজিকসিদা লাইসু লৈত্রে । লাইদো মী ওনখ্রমাল্লে । মীগী মী ঙাক্তা ঙায়রে হায়রম্মী ।

পেম্মা (দুকান ফম্বি)— লৈশাবী ঐখোয় ৪/৫, ৪/৫ হনুবী অমগী মনাক্তা মোইথাপ নায়বা কাবা হায়না লৈরম্মী । হনুবী ইবেন অদুসু মোইথাপ নায়না নায়না ঐখোয়দা খন্বা থোইবীগী ব্রারি, খুয়োন হাউবা লাইরবগী ব্রারি, হাওরং লৈশং শাফবিগী ব্রারি কয়া কয়া অদু নত্তবা নুপী

থিবা খংদবা পাখং অমনা উনা লৈশাবি অমা শারগা মাগী ফৌকোং ময়াদা থনম্বদা নোংমদি উনা শাবা মী অদুনা অশেংবা লৈশাবী অমা ওল্লকপগী ৱারি অসিগুম্বসি হনুবীদুনা নুতিগী লিবি । লৈশাবি ফারবদি নুপি ময়াম চংদুনা শায় ককপি । ময়ুম পাল্লগা নুপি ময়াম চংদুনা শম হুগৎপিরম্মী । মশানা য়ানা শায় ককপা কয়া লৈরমদে অদুগা মশানা য়ানা শম হুগৎপা কয়া লৈরমদে । শায় ককপগী মশম অককপা পায়রগা নুমিৎ নিনি কপ্পা লৈশাবী লৈরম্মী ।

ইনম্মা, ঐখোয়না লৈশারিঙৈদা বামন লাইশঙ ৱায় তৈনবগী য়াহৌঙনবা তান্নরম্মীদো । হয়েংনা ঐনা হান্না হৌগত্তুনা ৱায় তৈনবা হোৎনবদা তুমখিদবা য়াওগ্রবনি । কিরম্মিদা ঐখোয়না লাই কিরম্বসে । য়ুমগী থবক হেক লৈতবা কান্দা বামন ইমুংনা থৌদাবিরকপা ঙায়নরম্মীদো । নুঙায়দা মতমদো । হরিউথানগী লৈ হেকপা, পাখং লৈশাবী ঐখোয় ময়াম চৎমিন্নবদো কয়া নুঙায়খ্রবা ! লাইবু লৈগী দোলাইদা হাপ্তুনা পুবা য়াউবদা ঐখোয় মপানা পাখং ওইরিঙৈদা ঐঙোন্দা শাওদুনা অথোনবা স্নারৈনা খজায়দা থারকপদা নার নারবা য়াওব্রেদা । মতম অদুগী নিঙোল ওইবি ঐখোয়না মপাল থোকচবা ফংবসে, য়াউশঙ, হরিউথান, কৃষ্ণ জন্ম অহুমসিদনিকো । মমা মপানা মচানুপী লাইরিক তমহনবা পংলৈ লৈরমদে । ক্লাস সেবেন ফাওবা তমহল্লগা ঐ ঐখোয় বাবানা তোকও হায়না তোকহল্লে । কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎ অমদা, ইবুঙোসিগী মমাংদা ৱারি হেক্তো তৌগেদা । পাত্তা থম্বাল হেকপা মাগা ঐখোয় অনি হি অমদা তোংঙে । হিদো কয়া পিকখ্রে । ঐসে হি মথক অদুদা পংনিক্তা নিকপাদা কিবদগী নিকপদুদা হি অদুসু য়াম্না হায়রে। অদুদগীদি ঐখোয় অনি ঈশিংদা তারম্মী । হি তোংদুনা থম্বাল থমচেৎ হেকপা পাখং লৈশাবী খরনা ঐখোয়বু লৈখোম লৈনাং মরক্তগী চিংখৎপিরকখি । ফিরোল হোঙদোক্লবা য়াউরক্তবদগী ইচোং চোংলদনা লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈরদনা কয়া ইকায়না লম্বীদ লাকখ্রবা । নুমিৎ অদুদা নোক্ল নোক্ল চৎমিন্নখিবা অদুনা তোঙান তোঙানবা লম্বিদা ইকায় ইকায়না হন্নরকখি ।

ইবুঙো নহাক ঐখোয়গী ৱারি তাউ । ঐখোয়সু লাইরিক খর খর হৈহৌবনি । এল, পি, স্কুলগী ওজা ওইরকই । হন্দক্ত পেন্সন ফংবনি ।

শেন্নুনা ত্রিনাথতা ওনশিল্লগা হায়রম্মী-মখোয় থোক্লরক্লগা চা, বোড়া, কাংঙৌ চাবা মরি মরি চংনরক্কনি । চেং, থাও, হৱায়, লৈবা লাক্লগনি । অদুনি ঐখোয় অনিনা ৱারি শাদুনা ঙায়রিসে মরম চাদনা থবক শুফমদা মী চংবা য়াদে । অদুনা ঐখোয়না নঙোন্দা থবক মফমদা থাদবনি ।

চাউথ্রবা লম মফম অনি লৈ । অদুগা অপিকপা লম মচা অমগসু লৈ । অচৌবা মফম অমদদি ফর্নিচর চল্লি । ইপু, কাংথোল মখল কয়া, দবল সীত, শিঙ্গল সীত, ফিয়ানখোক, চাক চানবা টেবল, অম্বারি অসিনচিংবা মখল মখা শায় । অতোপ্পা অচৌবা মফম অমদনা ৱাগী পোৎথোক শায় । অপিকপা অদুদনা চীংমীগী ফিরোল শাবা, কোয়েৎ ফিশাং, মোইরাং ফি, ফি মচেৎ মকায়না শাবা অঙাংগী লাইথি, য়োং, হুই, হৌদোং, ঙা, পান্দা, অঙাং, খম্বা, থোইবী, খম্বা থোইবী জগোয় শাবা অসিনচিংবা পোৎ-চৈ শায় অতোপ্পা নাকল অমরোমদা লৌয়েফক, হুমায়-ফক্লোং, কৌনাগী ফক মানা মানা পামজবা মওংদা পংশাদা শানৈ ।

নুপা নুপী খরদি মাগী মাগী য়ুমগী থবক্লা য়াদদুনা নুংথিল পুং মরিদগী নুমিদাং পুং ১০ ফাওবা থবক সুবা য়াওই । ঐখোয় শ্বায়গী থবক খুৎসু অসি মীনা উবগা কুম্যনিষ্টকী য়ুম্বান্নি হায়রি । অশেংবনি, ঐখোয়গী খুল অসিদা কনামত্তা লেম্না লৈবা য়াউদে । মহে মহে থবক সুদুনা শেল তানিংঙি ।

পেন্মা— হন্দক থবক সুফম অমা শাবা লোয়বদগী হৈগী অচার, অহাও অথুম, কুইনা থম্বা য়াবা বিস্কুইটনচিংবা শারি । লুহোঙবগী কবোক কুইনা থম্বা য়ানবা হোৎনরি । হৈজিংপোৎকী অচা অথকসু মীনা পান্নবা ফজনা শারে । ইনম্মা, নীমকী, খাজুর, গাজা, খুর্মা, বুজিয়া, বুনিয়া, জিলিবিনচিংবা অথুম্বা তৈবা হাওর হাওরবা অদুগা কুইনা থম্বা য়ানবনেনা য়াম্না কন্ন শারি কৈথেল ফম্বিশিংনা মশা মশানা অদুম লৈবা লাকচরে ।

শেনু—অফিসকী থবক তৌবা, দুকান ফম্বা, মশাগী শা, য়েন, ঙাগী ফার্ম তৌজবা, মনা-মশিংগী ফার্ম তৌজবা লৌ-শীং মরাং কায়না লৈবা, শেলথোক লম্বী অতৈ অতৈ লৈবা মীশিংদি থবক শুফমদা লাক্তে । লৌ লৈজদবা শঙম ১।২।৩ দমক লৈবা মীদি থবক য়াওবা য়াহল্লি । তলব চাজদবা, লৌ শীং মরাং কায়না লৈজদবা, শেল থোক্তবা ইমুংগী মী

লোয়নমক নুপা ওইরগা নুপাগী থবক শুফমদা, নুপী ওইরগা নুপীগী থবক শুফমদা, মানা মানা পামজবা শিনফমদা থবক শুজবা য়ায় । ফৌচেং হাপ্পা ইমুংদি থাগী ওইনা শেল পিথোকই । চেং, ইনশাং, থুম থাও লৈতবা ইমুংগী ওইনদি থাংজা/থাংজদা শেল পিথোকই । থবক শুবা মীশিংদগী থাগী ওইনা ঈশিং খজনাগী, ইলেকত্রিক খজনাগী শেল ককহৌই । ফার্ম তৌবা, লৌয়াম চাবা, তলব চাবা মখোয়না ক্লবতা থাগী ওইনা খজনাশিং অসি পিরকই । থা খুদিংগী মৈগী খজনা, ঈশিংগী খজনা থীদোকপসিনা নুতিগী মৈ, ঈশিং ফংই । করিগুম্বা ইনাকখুনবা অমনা থাগী খজনা তাং ১০ ফাউবগী মনুংদা ক্লবতা শেল য়ৌরক্লবদি মাগী মৈ-ঈশিং ক্লবকী পাখং লৈশাবীশিংনা ককথংপি । তাং ১০ গী মতুংদা খজনা অদু ক্লবতা কারক্লবদি হায়নখিবা মতুং ইন্না মহাক থা অমা মৈ-ঈশিং পিদে । ফার্ম তৌবা, লৌয়াম চাবা, শেম্লোক লম্বী চাউনা লৈবা মীনা ক্লবনা তাখিবা ব্বারেপকী ব্বাঙমদা থবক তৌরক্লবদি মহাকপু খুল অসিদগী তাম্লোক্কনি অসিগুম্বা ইনাক খুনবা খুল অসিদা লৈবা মখোয় ৩।৪ । মনুংদগী অমা অনিনা খুন্দা শীংনবগী ব্বা অমসুং খুলগী মায়োক্তা ফত্তবা থবক তৌরে হায়বা খংলবদি মহাকপু ক্লবনা ইম্লোক্কনি ।

## ২ (অনি)

ইবুঙো ফম্মু ফম্মু মখোয় অমা অনিসু হেক খোরকপা য়ায় । পুংদি ব্বাংলি । মখোয় ঙায়বা ওইনা ব্বারি অমা তৌগে । ইনাক খুনবা ব্রজলালা কৌবা অমা চহি অনিমুক্কি মমাংদা মচাশিংগা লোয়ননা জেন্দা থাজিনখ্রে । মাগী মচা নুপা অহুম লৈরম্মী । অহন্না রবি, ময়ায়না রতন অতোম্বনা মুহোন কৌরম্মী । চহি কুনমুক শুরবা মুহোন্না য়ুম্লোন্নবা লায়রবগী মচা চহি ১২ মুক শুরবা রোমেশকী মকোক্তা থাংনা য়াম্লম্মী । অঙাং অদুনা থাং অদু ঙাকথোকচনবা হোৎনবদা মখুৎ মশাসু থাংফম য়াম্না লৈরম্মী । মতম অদু নুংথিল পুং ৪.৩০ রোম তারে ।

মতম অদু থবক শুফমদগী থবক মতম লোয়দুনা মী মরি মরি খোক্লরক্লম্মী । মীয়াম অদুনা অঙাংদা থাংনা য়ানবা মক্তি উনহৌদ্রে ।

অদুবু অমনা শিরে শিরে ঐবু কনবিয়ু হায়রি । অমনা শিরো শিরো লাউরি । মুহোন্না মীয়াম উবদা চেল্লম্মী । অদুবু মশা ফবা নহা অনিনা তান্নদুনা মুহোন থাংগা লোয়ননা ফারে । তাঞ্জা অদুদা ক্লবকী সো পায়বা অঙাং অমনা কম্যুনিতি হোলগী অম্বারিদগী ব্লাথোক লাম্থোক্তা শিজিন্নবা ভিডিও ক্যামেরা লৌথোকউরে অদুদগী ঈগী ঈ ঙাক্তা ঙায়রবা রোমেশ অদুদগী থাং পায়বা মুহোন অদুগা ঐখোয় অউবা অয়েংবা পুন্নমক ক্যামেরা নমখি । অদুদগী মুহোন্দগী মখুত্তগী থাং লৌশিনখি । ঐখোয় খুনগী ক্লব অসিদি অঙাংগী অহনগী খায়দে । পাখং লৈশাবী ওইরবসু য়ুম খুদিংদগী মী অমমম শরুক য়াদবা য়াদে । য়ামদ্রবদা ক্লবকী মেম্বর ৫০ সুরবদি ব্রা খন্নবা, তান্নবা য়ারে ।

খৎনবগী মরমদি অসিনি— ব্রজলালগী মচা মুহোনগী য়েন অমা মাংখ্রে য়েন অদু রোমেশনা হুরগা অতোপ্পা খুল অমদা য়োঙ্থোকখ্রে হায়রম্মী।

ক্লবকী সেক্রেটরি থৌবানা মুহোন্দা হংলম্মী—রোমেশনা য়েন হুখি হায়বসে নং করম্না খংবগে ?

মুহোন— ঐগী য়েন অদু অয়ুক্কী পুং ১০ ফাওবা চাবা উখি । অদুদগী অদুম উখিদ্রে । রোমেশনা পুং ১০গী মতুংদা ঐনা য়েন থীরিঙেদা মরেংবান্দা ফিনা য়োম্বা পোং অমা য়াল্লগা চংখিবা ঐ উহৌই অদুগা নুংথিল পুং ৪/৫ দা হল্লকই । মানা পুবা পোং অদু য়েন নত্তনা করি ওইগদগে ?

থৌবা সেক্রেটরিনা জিপ মনুংদা ঈনা পুংতৈ তৈরবা অঙাং রোমেশতা হংল্লম্মী— নংনা পুবা ময়োমদো করিনো ? কদায়দা পুবনো ? রোমেশনা খুম্নম্মী— ইনে তোম্বীগী ফনেক ফিনা য়োম্লগা থিনবা চৎপনি ।

অঙাং অদু হোস্পিটান্দা পুখ্রে । চহি ২০দগী ৪০ ফাওবগী খুনগী মী ঈ দরকার ওইরবসু পিনবা চৎনখি । ঈ বোটল অহুম রোমেশতা কাপখি ।

হৌজিক ক্লবকী সেক্রেটরিনা নিপা পাখং অহুম মনে তোম্বীগী য়ুমদা, রোমেশকী পাউখুম অচুম্বা হঙবা থাখি ।

রোমেশকী পাউখুম অচুম্বা ওইরম্মী

ময়ানুপা রোমেশপু থাংনা য়াল্লে তাবদা মনে তোম্বীসু মখোয়গা লোয়ননা হল্লক্লম্মী । মানা হায়রকখি- ইয়া নুপা ঐগী ফনেক থিল্লকই ।

ঙসি ঐখোয়গী য়ুমদা অঙাং ময়াম সিনেমা কাপ্পি । মাসু সিনেমা য়েংদুনা লৈথোকই । ঐনা মাবু থেঙগনি চৎলো তানখি । অদুগা কনানা অঙাংদা থাংনা য়াল্লিবা ? হৌজিক মাবু কমদৌরিগে ?

অমনা খুমখি— ডাক্তরদা পুখ্রে। ঈগী ঈ ঙাক্তা, শিত্রা চংত্রা খংদ্রি । অসুম্না লাংনরিঙৈ মরক্তা রবি কৌবা, থাং পায়বা মুহোনগী ময়াম্বা অহল ময়ুমদা হঞ্জিলক্লম্মী অদুগা ময়াম্না লাংঙিবগী মরম হংলম্মী । অঙাং অমনা 'নংগী ননাও মুহোনগী য়েন মাংঙে' হায়রম্মী । রবিদি ই পাউ করিমতা তাদ্রিবনি । মানা হায়রম্মী— য়েন হায়বসি চাননবনি । চাবা য়ারে খন্দুনা ঐনা য়েন অদু ঐগী মরুপ অনিগা চাথোকখ্রে ।

ক্যামেরামেন্না পুক্লিং চংনা নপ্পি ।

ব্রা অদু তাবদা খুলগী মীশিং অমুক্তা হেন্ন শাউরম্মী । অহল হনুবী অমনা 'ইবুঙো য়েন অদু কনাগীনো, নংগীরা ননাওগীরা' হংলম্মী ।

ব্রাহং অদু তাবদা রবি য়াম্না শাউনিঙম্মী । মহাক য়েংবদা মহি মনায় খরসু থকপা মাল্লি । মানা ব্যাবহার য়াওদনা খুন্নম্মী- অসিবু কনাগী মমানো? করিনো হনুবী নংনা হায়রিদুবো মাগীসু ঐগীনি, ঐগীসু মাগীনি, ঐখোয় ইমা ইপা অমত্তগী মচানি ।

অহল অদুনা 'নংনা য়েন পুবদা ননাওদা তাক্লম্বা য়াদ্রা' হায়রম্মী অদু তাবদা রবি অমুক্তা হেন্ন শাউরম্মী । রবিনা-অসিবু কনাগী মমানো য়ুমদ পুশিনখ্রোবা ?

রবিগী ব্যাবহার লৈতবা মতৌ অদুদা মী খরনা মাবু ফুনিঙম্মী সেক্রেটারিনা মীয়ামদা ব্রা ঙাংখিদনবা ১সুং খুৎ শা য়াউবিদনবা ইঙ্গিৎ পিরম্মী রবিদা কনাগুম্বা অমত্তনা থৌদোক অসিগী মরিক চুম্বা পাউ তম্বীদ্রি । মাগী অঙাওবা মতৌ অদুদা মীশিংনা খুতুম শীংলম্মী ।

ইনাক খুনবদা মমিং লৈবা মুহোনগী মপা ব্রজলালা মাগী মরুপ অমগী য়ুমদা চৎলুবদগী হল্লক্লম্মী । লম্বীদা থেংনবা মী অমনা পাউ তম্লকপদগী মহাক্কী কার অদু য়াংনা থৌরক্লম্মী । য়াংনা থৌরকপগী হৌনবা কন্ট্রোল ঙমহৌদনা সড়ক্তা চৎপা হনুবী অমা মাগী এম্বাসেডর কারনা থেংলম্মী

খুল অনিগী মরক্তা লৈবা লৌবুক লমহাং অদুদা কনানসু উহৌদ্রবনি খন্দুনা কার অদু লেপতনা থৌরকপনা কম্যুনিতি হোল য়ৌরক্লম্মী ।

মীয়াম অদুনা 'মপা য়ৌরকএ, মপা য়ৌরকএ হায়নরম্মী ।

ব্রজলালানা মীরক খায়দুনা চংলকপদা মচা নুপা মুহোনগা রবিগা সেক্রেটরিগী মনাক্তা লেপ্লা উরম্মী ।

সেক্রেটরিনা মাবু উবদা 'তাইবুঙো লেংশিল্লু, লেংশিল্লু হায়দুনা চৌক্রিদা খুৎনা থিল্লম্মী । ব্রজলালানা চীং লেম্ন সেক্রেটরিদা হংলম্মী- কয়াম থীন শোক্লগে ইবুঙো সেক্রেটরি— তাইবুঙো থাংনা য়ানবনিদনা ! মকোক্তা য়ানবসিনদি হাৎকে তৌবনি । অঙাং অসিনা য়াল্লকপা উহৌবদগী খুৎনা ঙাকপা, হন্না হন্না য়ানবা, হন্ন হন্না ঙাকপা তৌনবা জাৎনি । মাগীদি শিরে হায়না লংশেক্লগা চেল্লবনি । অঙাং অমনা মাবু তান্নবগা ফারবনি । থবক শুফমদগী পুং তাদুনা থোক্লরকপা উবদগী চেনবনি করিগী য়াল্লিনো হংবদা মুহোন মশানা ঐগী য়েন হূরগা অদুদগী য়েন অদু য়োম্থোকউরগা হল্লকই খুমথি । ভোৎ পিরবা মী (Voter) অমনা নুপীদা, অঙাংদা মমান্নবদা, মমা মপাদা নত্তগা অতে অমদা হেক্তা ফুবা য়াদে । চিংনবা, নুংঙায়তবা থবক অমা কনাগুম্বনা তৌবা উরবদি মানা ক্লবতা দখাশ থারক্কদবনি, হায়বা ঐখোয় খুলগী আইন তাইঙোনা চিয়ারমেন ওইহিরগা শেমখিবনি । তাইবুঙো ভোটর ওইরবা ইচাশিং ক্লবতা মিং য়াওবদি উই । থবক্তদি উদে । মসিনা তাকপদি তাইবুঙো ঐখোয়গী থবক অসি শৌগত্তে তাকপনি । অদুনা অঙাংশিং অসি ব্বাঙাং শঙাং লুদে । তৌথোরকপা থবক মী হাৎকনি, খনবা ব্বাখল অসিদি ক্যাপিতালিষ্টকী খুন্দা ওইগদবনি ।

ব্রজ—মহাক হৌজিক করম্বা ফিবমদা লৈরি ?

সেঃ থৌবা মহাক হৌজিক ঈ কাপতুনা কন্ন হোৎনরি । ডাক্তরনা হোৎনদুনা য়েংসি হায়রি ।

ব্রজ—ইসঃ হরে হরে ঐগী ইচানা, ইবুঙো ঐখোয়সিনা য়ুমগী মখাদা ঙায়হাক্ত লৈবা শঙদে । ইবুঙোনা হায়বা অশেংবনি । ঐখোয় অঙাং ব্বারকত্রে । য়েন মাঙবগী মী হাৎকে খল্লবা মাগী কোক অসিনা খর লৈরদি মপা ঐ ফাওবা ফুরক্কনি ।

সে থৌবা-মপা মমা ফুবা হাংপা, মচিন মনাও হাংপা হায়বসিদি ক্যাপিটালিষ্টকী লৈবাক্তদি থোক্তবা য়াদে হেন্ন ইনাক খুন্নবা, হেন্ন শক্তি লৈনবা, শক্তি মুন্নবা, চাউবা তান্নবা, উশিংনদবা ময়াম অসিনা মীকুপ খুদিংগী ফুন চৈনবা থোকই। সোসিএলিজম লৈবাক্তদি মী অমগা মী অমগগী খেন্নবা লৈতে অদুনা খুল অসিনা সোসিএলিজম পামজৈ, চংচৈ। মরম অদুনা খংনবা লৈতে। ইনাকখুনবতনা ঐখোয়দা খংননবা কক কক তৌবগী য়াতনি।

ব্রজ—হায়বিরিবদো অচুম্বনি, ইবুঙো খন্নবা য়াবা খন্নসি। অশোকপা অঙাংদো অমুক্তা ফখিসনু। অদুগা য়েন হুবা অঙাংদনা করি দন্দি, থাংনা য়ানবা অঙাংদনা করি দন্দি পিগদগে খন্নসি।

সেঃ থৌবা—নচা নুপা মুহোনগী য়েন, ময়াম্না রবিনা হুরগা চাথোকখ্রে। মরি করিমতা লৈনদবা রোমেশপু য়েন হুবা মীনি হায়না থাংনা য়ানবিরে। হৌজিক য়েন হুবসু ফারে। অদুগা থাংনা য়ানবসু ফারে। অনিমক অসিদা লৈরিসিনি।

অসি হায়রগা সেঃ থৌবানা অঙাং অনিদা খুংনা থিল্লম্মী।

য়া অদু তাবদা ব্রজলালা মকোক ঙাওরম্মী।

মীয়াম পুন্নমক করি করিনো মানা মানা থোকপা পঙহায়দা হায়নরম্মী। খরনা মুহোন হাংসে, খরনা রবি হাংসে, খরনা ওকচাউ থেকপা ব্রজলালা হাংসে হায়নরম্মী। অসুম্না লাংদুনা লৈরিঙৈদা থৌবানা মীয়ামদা লাউথোক্লম্মী। হয়েং অয়ুক অমুক উনরসি, অঙাংগী ফিবম খংখিসি। হয়েং অয়ুক পুং ৬.৩০ দা ঐখোয় পুন্নমক হোন্দা উনরসি। তাইবুঙোসু অঙাং অনিগা লোয়নননা হয়েং অয়ুক মফম অসিদা য়ৌবিরকউ।

মীয়াম্না ময়ুম ময়ুমদা হনখ্রবা তুংদা মখোয় তরামুক্না অফিসতা চংলগা ব্রজলালাগী মচাগী মরান্দা করম্বা দন্দিনা মতিক চাগদগে খন্নরম্মী। খর খন্নরবা তুংদা হয়েং অয়ুক পুং ৫ দা অঙাংগী ফিবম য়েংলগা য়া লেপথোক্লসি হায়নদুনা থেংনা ময়ুম ময়ুম হন্নখি।

মথংগী নুমিংকী অয়ুক পুং ৬.৩০ দা খুলগী নুপা নুপী কয়া হোন্দা পুল্লরে। ব্রজলালাগী মরি মতা থোকপা মখোয় খরদি মরু লুক্না লৈনরম্মী। ব্রজলালাগা মচা নুপা অনিগসু লাকুনা ফম্লরে।

মী খরনা হায়রম্মী— তাম্নোকখ্রো খুন্দা লৈহনগুমসি ।

খরনা—মুহোন্দমক তাম্নোকখো চহি ৫/৬

খরনা— তাম্নোকপনা কান্নদে হেক্ত হাত্তোকসি

মাগী মী ওইবা খরনা —ঙায়খোদা, ঙায়খোদা হায়রম্মী ।

সেঃ থৌবা— ময়াম পুম্নমক তুম্মিন্না লৈবিয়ু । ইবুঙো রোমেশ ফত্ত-নুংদমক্তি থোক্লোয়দৌরি ।

পাখং অমা— ব্রা অদু অশেংব্রা ? নুংঙায়জৈ, নুংঙায়জৈ । মা ফবা ওইসনু । হন্দক্কি ব্রাথোক অসি ব্রজলালগী মচাদা লায়রবা ইমুংগী অঙাংনা থাংনা য়ানবা ওইরম্লবদি করম তৌগদগে ? তোল্লবা অঙাং অদুগী খুন্না বিচার তৌগে হায়বফাওবা য়াবিরক্লোয় । অরানবা মীদি মখোয়না লোন্ন থুপ্লা হাংলি । ঐখোয়সু হাংসে । ইনাকখুনবনা পায়বা সর্কারশিংসিদা হাংপা নত্তনা কনাবু লেম্লা থাবগে ? রোমেশ মীয়াম্না থেংনবদগী শিহৌদবনি । রোমেশতা থাংনা য়ানবগুম রোমেশনা নাবা ফবগা মুহোন্দা অমুক য়ালহনসে ।

সেরি- ঐখোয়গী খুন্দি প্রজা ঐখোয়না সশান তৌজবনি । তাইবুঙোনা খংবিরিদুঙায় । অসিগুম্বা থবক অসি মমাংদসু কয়া থোকখ্রে । অদুগুম্বা থবক অদু অয়াম্বদি অতৈ লৈবাক্তা সাশন মান্নরিঙৈনি । ঐখোয়না সাশন পায়জবদগী মী লাঙবা, হাংনবা, শুনবা অসি ইরৈ লৈশিল্লকত্রবনি । ইনাকখুনবগী সর্কারদা ইনাকখুনবগী মচা মশু শোকপগা লায়রবগী মচা মশু শোকপগা অনি অসিদা পিবা দন্দি মান্নদে । করিসু লৈতবা শাতিন অমা হুবগী শাতিন মনিং অতুম্বনা মবুক্তা থিন্দুনা লাক্লবি । লায়রবদগী হিদাক তৌবা ঙমদদুনা লায়জৌদনা শিহনখি । লায়রবা ইমুংগী মচা কন্নবা শেল পিজনবা লৈতে । অসিগুম্বা শেল পুথোরক্তবা ইমুংবু য়াম্না তাথি তাওইনা তৌবি । করিগুম্বদা অঙম্বশিংনা শেল থোক্লবা ইমুংগী মী পুম্বা ফাজিল্লি । মমা ১সুং মচে মচনবুনা হেন্না পাম্না ফায় । ইনাকখুনবা ইমুংগী মচাদি অঙম্বশিংদা শেল পিজদুনা অঙাং মরাল লৈবদু লৌথোকপী । মরম অসিদগী ইনাকখুনবগী অঙাং নাও চাউই, মী উশিত্তে । শেল খর পিরগা হেক্তা য়ানি হায়বা ব্রাখল মমা মপাদ লৈ । মচাশিংদসু লৈ । হৌজিক ঐখোয়

খুন্দদি তাইবুঙোগী হান্নগী ৱাখল থাদোকপিয়ু । মরালগী মতুং ইন্ন দন্দি পিনি । অতৈ লৈবাক্তদি মী হাৎলে খংলবসু দন্দি পিদে । শেল পিরগা য়ানৈ । লৈবাক অসিদা লায়রবসু মীনি, ইনাকখুনবসু মীনি । ঐখোয়না পুন্নমকপু চপ মান্ননা য়েংঙি । মীহাৎপনি, শিহৌদবতনি মীহাৎপগী দন্দি মুহোন্না ফংফম থোকই । অদুবু ঐখোয় অদুমক্তি তৌরোই । রোমেশকী ফিবম ফগৎনা উই হায়রি ।

ডাক্তরনা মহাক ফরক্লনি হায়বগী মতুং ইন্না ঐখোয়না মুহোন্দা পিবা দন্দি য়াংলগনি ।

ঐখোয়না রোমেশ হাৎকে তৌবা মুহোন্দা পিগদবা দন্দি মওং লাউথোকচরি ।

ঙসি তাং ৮।২।৮২ নি ।

লাক্লিবা ফেব্রুৱারিগী তাং ১০।১৯৮২ দগী তাং ৯।২।১৯৮৫ ফাওবা মুহোন চহি ৩ লোক্তুনা লৈবা তায় । লোৎলিঙৈ মনুংদা মশক উরবদি হাৎপা, ফুবা, য়ায় ।

নক্তগা,

ব্রজলালাগী ইমুংগী মীনা খুল অসিগী ইংখোল অমসুং লৌশিংদা চংবা য়াদবা; ব্রজলালাগী শা-ষন, হুই-য়েন হৌদোং খুনগী ইংখোল ১সুং লৌবুকশিংদা চংবদা হাৎপিনিংলবসু হাৎপা য়াবা; ব্রজলালাগী ইমুংগী মীগা খুলগী মীগা ৱারি শাবা, কৌনবা য়াদবা । হায়রিবসি পাম্বিরগা লাক্লিবা তাং ১০।২।৮২ ইংদগী তাং ৯।২।৮৯ ইং ফাউবা অথিংবা থমগনি ।

সেঃ থৌবা— বিচারাদি অসিদা লোয়রসি।

এঃ সেক্রেটরি—হোয়, তাইবুংঙো ব্রজলালাগী ইমুংনা দন্দি অনি অসিদগী অমা খনবিয়ু । অদুগা লাক্লিবা হয়েং তাং ৯ গী অয়ুক্কী পুং ৮ ফাওবগী মনুংদা অপাম্বা তৌবিগদবা অদু ঐখোয় অফিসতা লাক্লগা তাকপিরো ।

মীয়াম্না লাউরম্মী

১ বা—চহি ১০ মুক তাম্থোকউ। দন্দি অদু মতিক চাদে

২ বা—করিগুম্বা অঙাং অসিনা শিরবদি, হৌজিক পিরিবা দন্দি অসিনা লোয়রদ্রা ?

৩ বা— খর কনশিনবা দন্দি পিয়ু । চহি ৩ দং পিবদি য়াম্মনদে । চহি ৫ পিবিয়ু ।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক পুং ৭ অদুবাইদা ব্রজলালনা য়াম্না হৈনিংদনা ক্লবকী অফিসতা লাক্লগা হায়রম্মী । 'সেক্রেটরি ইবুঙো ঐখোয়গী ইরাল খজিক্তা কোমখোকপিয়ু । ইচা অদু মরি মতা লৈবা খুল অমদা থমজগ্রগে । মাবু উরগা হাৎপা হায়বদুদদি তৌবিদনবা ইবুঙোনা খুম্নীশিংদা খর হায়নবিয়ু ।

সেক্রেটরি- খুম্নীশিংনা য়াম্না শাওরি । চিংনৈ হায়না হাৎপা, মাম্লি খন্দুনা হাৎপা, মী অদুনা তৌদবদা মী অদুনা তৌবনি খন্দুনা ফুবিবা, ব্রাহং পাউহংদনা ঙশ্মী হায়দুনা রোমেশপু হান্ন নুঙায়তবা লৈবদগী হাৎপগী ব্রাখল লৈরম্বা য়ায় হায়রি । মসিগুম্বা থবক অসি মতুংদা থোক্তনবা দন্দি খরা চাউহনসি হায়রি ।

করিগুম্বা মুহোন্না থিনবা নক্তগা থাংনা য়ানবা খুদক্তদা রোমেশ শিরবা; রবিনা য়েনগী ব্রাহৌদগী ননাও মুহোন্না মী হাৎলে হায়না লম্বিদগী তারক্লবদি; রবিনা য়েন চাথোকখ্রে হায়ররোয় । য়েন হুবগী রোমেশ হাৎখিবনি লৌনরনি । মানা ফনেক্তমক পুবনি হায়না খুম্বা মীনা থাজররোই । মীনা য়েনগা ফনেক্তা পুবনি হায়না লৌনরনি । করিগুম্বা রোমেশ শিরবা কনানসু মাবু নুংশিবিররোই । অশিবগা ব্রাফংনবদি য়াররোই শিহৌদবগী ফবনি । কনানসু মঙোন্দা শেলগী তেংবাং ১দি ঈ পিনিংলোই হুরানববু কনানা নুংশিবিবা য়াওবসে অদুবু খুল অসিদদি অহানবদা মী কনবা মতুংদা মাগী অচুম অরান থিবা অসিনি ।

হোস্পিপতান্দা পুম্রিঙৈদা মানা ইনে তোম্বীদা ফনেক শিরুবনি হায়রম্মি। মদু হংনরুবদা চুন্নমমে । রবিনা ঐনা চাথোকখ্রে হায়রদ্রবদি, য়েনগা ফনেক্তা পুমিন্নরগা য়েন্না কনাদা য়োম্থোকখি হায়না কোয়হং হংনবা তায় । মীনা য়োন্দে, লৈবা য়াওনদে হায়রবসু কনানসু থাজবিরোই ।

মুহোনগী ময়াম্বা রবিনা ঐখোয় পুন্নমক্কী চিংনবা অদু কোকহনবনি । কেশ কোমথোকপা মেম্বরশিংনা পামদে ।

কেশ অসিগী মরমদা নুমিদাং পুং ১০ ফাওবা নৈনখি । অঙাং রোমেশনা হিংবা তারবদি শুপ্পগী চহি অহুমদং লোৎহনসি । পাখং মেম্বরশিং কয়ানদি হৌজিকসু মাবু ফুবা পাম্লি । ফুরবদি শিবা তাবনি তাইবুঙো, অঙাংশিং উদনবা হোৎনবিরো ।

ব্রা মখা তানরগুমসি ।

## ৩ (অহুমশুবা)

মাইস্তৌগী মমা সড়ক মতায়দা শিনা তাদুনা লৈবম্মী । নুংথিল নুমিৎ তারমদাইদা কদায়দা চৎলুরিবনো নত্রগা কদায়দা চৎকে তৌবদগী থোরকইনো ? অদুক অহল ওইরবা চৈসু পায়রিবা মাবু কনা য়াওদনা মথন্ত করিগী থাদোকপিরিনো ?

পুন্নমক অসি অশিবা য়েংবা লাকপা মীশিংনা ঙাংনবদগী নুমিৎ তারমদায়দা ব্রজলালাগী গাড়ি উহৌবা পাখং অনিদুসু পাউ তাবদগী হনুবীদুনা তাদুনা লৈবা মফম অদু য়ৌরক্লম্মী । মীশিংনদি ষজেন্নবা ষন্না শোকপদগী থোপ কায়দুনা শিবনি লৌনরম্মী । মখোয় অনি (খাবা ১সুং মুবা) নদি ব্রজলালাগী গাড়িনা মী উদবা তাল্লক্তা থোম্বনি লৌরম্মী ।

খাবাগা মুবাগা লোন্না ব্বারি শান্নরম্মী

খাবা— ঙসিদি লাইবক য়েংশিনা

মুবা— ব্রজলালাগীদা-করিগুম্বা ফাবা খোৎপা থোক্লবদি ঐখোয়গী অবোক গাড়িনা তকপগী শাউদুনা লাকপনি খুম্বা ।

খাবা—ব্বানা হিংদৈ শরুকপুদি মতম খজিক্তং 'অবুখানগী বকড়ী' গুম হিংলম্লগা শিখিবনসু হেন্না ফৈ ।

মুবা— চৎসি ঙসি নুমিদাং পুং ৯.৩০ অদুব্বায়দা ।

মখোয় অনিগী অশেংবা রিভোলবর অমা লৈরম্মী । মদুগা অমনা তোই গন (Toy gun) পায়রম্মী । খুৎলায় অনি অসিগী মপান্না মখোয়না শেল মুনবা, লাকপা মরক মরক্তা তৌথ্রবনি । মখোয় অনি অসি অসুম তৌবা মীনি হায়বসে লৈকায়গী মীনসু খংনদ্রি, পুলিসনসু খংদ্রি । অতাং অতাংবা ফি-রোল শেং-চাবদা নত্তনা খরচ চাউনা চাউনা তৌবা ঙম্লম্মী । মরম অসিদগী মখোয়না ইনাকখুনবা মচাশিংগা তিন্নবা ঙম্লম্মী । ব্রজলালাগী মচা অহনগা তিন্নদুনা ইনাকখুনবা লালাগী অচেংবা তাঞ্জা অমদি ঙায়রিবনি ।

মাগী শেল করম্বা অলমিরাদা থম্বা, গোজৈনা কদায়দা থম্বা, থোঙ্গাল করম্বা কান্দা থিংবা, করম্বা কাদনা পোৎথাবা পামজবা, মহাক কদায়দা চত্তৌরি, করম করম্বা মতমদা মা য়ুমদা লৈগল্লি অসিনচিংবা খংদোক্লম্মী । ব্রজলালাগী ঙাকসু নত্তে অতৈ অতৈ ইনাকখুনবা কয়ামরুমগীসুনি ।

খাবা—কয়াদা মখোয়দা থুংশিগে ?

মুবা—নুমিদাং পুং ৯ দগী ১০ ফউবদা তাঞ্জা ফংগনি

খাবা—ঐখোয়না র্দকার ওইবা পংণনবা হিদাক, হৈজ্রাং অনি, রিভোলবর অমা, তৌই গন অমা, প্লাষ্টর, প্রাষ্টিক থৌরি শুরেকো ? হন্দক মাই পাক্লবদি রিভোলবর লৈশিনহৌসি । খর চাউরপ তৌবা লেংবান্দ য়ানবা যাবা খাও অনি লৈয়ে । খাও অনিসিদা থনবা শেল পিনবিয়ুকো ঈশ্বর ইবুংঙো ।

ব্রজলালা মীনি, ঐখোয়সু মীনি । মানা মী কয়াদগী খুৎসুমন হাৎখিবা, থাগী তলব পিবিদবা ময়াম অসি নোংমদা মীঙোন্দগী লুপা লাক্ষ মখায়/লাক্ষ খায় হাৎলিবনি । ঈশ্বর ইবুঙো মানা নোংমদা ফংবা শেল অদুতা ঐখোয়দা পিনবিয়ু ।

মচা অতোনবা মুহোন্না অঙাং অমদা থাংনা থিল্লুবগীদমক মপা মচা চহি অহুম উনহন্দবা হায়বসি য়াম্না চাউবা দন্দিনি থন্দুনা ব্রজলালা মশা পুম্নমক পুমচোক চোকথরম্মী ; মাগী কাগী সোফাদা ঙাথখিবদগী করিমত্তা লেংবা খোৎপা তৌদ্রে । মচা অনিনা য়াম্না অকল অরিং শীংদুনা 'খুলগী মী খর হাত্তবা য়াদে' হায়রি । ব্রজলালানা মখোয় অনিমক চৈদুনা মাগী মনাক্তগী তাম্থোকখ্রে ।

চাক থোংবনা 'চাক ইনশাং শেমদুনা লোয়রে' চাবা চংবিরক্লবা হায়রম্মী। মহাজন্না 'চাক চাররোয়' হায়রম্মী অদুগা মখোয় মমাদি চাক ঈশিং পিজখ্রবা হংলম্মী।

চাক থোংবা নিপা অদুনা পিজখ্রে হায়বগা লোয়ননা য়াম্না নোল্লুক্লা মবুঙোদা মশা ঙমদনা লৈবগী মরম হংলম্মী। চাক থোংবা নিপা অদুগী ৱাহংগী পাউখুমদি পিদনা মচা নুপা য়াইমা হঞ্জিল্লক্লব্রা য়েংননবা হায়রম্মী।

য়াম্না থুনা নিপা অদুনা গাড়ি অনিগা লোয়ননা মচা নুপা য়াইমা হল্লক্তবগী পাউ পিরম্মী। মহাকপু মহাজন্না 'চৎলো, চৎলো পোথাজরুরো' হায়খি।

চাক থোংবা নিপা অদু মফম অদু থাদোক্লুনা চৎখি।

মহাজন মথক্ত সোফাদা নিশানা পংথবগুম তাদুনা লৈরম্মী।

খাবাগা মুবাগা হুরানবা অনিসি য়াম্না লোন্না থুপ্পা খোঙ্গাল অদুদা চংলক্লম্মী। অদুদগী খাবানা মাগী কমান্দা ইথর মনম নম্বা হিদাক অমা চায়শিল্লম্মী। অদুগা ব্রজলালা মহাজনগী মচিনগা মনাতোনগদা কন্ন মেনশিনখ্রে। মিকুপ খরগী তুংদা মহাজন পংথরম্মী; অদুম ওইনমক মহাকপু করিসু তৌদবগুম সোফাদা ইরেন্না ঙাবিরম্মী। মপান্দা গার্ড তৌবা মুবা চংলক্লে। খুৎলৈ থুনা মহাজনগী খ্বাংদা পুনবা শো চবুন লৌথোক্লে। খ্বাংদগী সনা মোহোর অহুমসু লৌথোকখ্রে। শেল থম্বা অম্বারিগী শো হাংদোক্লুনা শেল বন্দল বন্দল খাও অনিদুদা কিৎ কিৎ নমদুনা হপচিল্লগা থুনা য়াংনা মখোয় মফম অদুদগী থোকখ্রে।

অশোংবা নারক্তে ঈশানা কুপ্লম্বা খুটর অদুদা তোংদুনা শ্বর চনিং তাদনা হোন্দুনা থৌরকপনা নেশনেল হায়রে তারম্মী। মখোয় মখোয়গী মিথল চোংবা খরমখৈদি করে, খরাদি লৈরি। অদুনা মখোয় ৱারি ৱাতায় শায়রমদে। মখোয়গী তুংদা মখোং মরি পানবা গাড়িগী মখোন তাবদা অকিবা পোক্লম্মী। গাড়ি কয়া মখোয়দগী হেনগত্তুনা থৌনখ্রে। খর থৌরবা তুংদা মারুতি জিপসি অমনা মখোয়বু লেপ্লবা তৌরম্মী। তোর্স লাইটকী মৈঙাল্লা মখোয়গী মমিৎ তাংহল্লম্মী। গাড়ি লেপ্লে। খাউদা করি য়াউবগে য়েংখ্রে।

মশা চেক তৌখ্রে । রিভোলবর লৌথোকখ্রে । শেল য়াউবা খাউ অনিমক মখোয়গী গাড়িদা লংখৎখ্রে । গাড়িদা চোংখৎনখ্রে নোংমৈ মখোল তরামুক থোরক্লে ।

মহাজন ব্রজলালগী মচা য়াইমা রতন্না ফৌ হাপ্পা টাটা গাড়ি অমগা, চুজাক হাপ্পা টাটা গাড়ি অমগা লোয়ননা ময়ুমদা হল্লক্লম্মী । মানা ফ্রন্ট সিতকী ড্রাইভর অনিদা হায়গদবা হায়রম্লগা য়ুমগী শিড়ি কাখৎকে তৌবদা অশিবগুম লৈবা মপাবু উরম্মী । মপাগী নাক্তা চংশিল্লগা পাবুং হায়না কৌজরম্মী । অম্বারি হাংদোক্লুনা লৈবা উরম্মী । হুরানবা চংলকঅম্বগী খুদম ফংলম্মী । মপাগী মতৌ উরগা রতন্না কন্না লাউরম্মী পাবুং কৈদৌরবগে, তামো, মুহোন, তোটৌ (চাক থোংবা মী), পাথৌ (মশা নোয়বিবা ফাগী হৈবা মী, মনায়) ;

মুহোনগা রবিগনা অকিবা অমা য়াওনা ফমুংদগী খঙনা করিনো, হায়না মপাগী কাদা লাক্লম্মী ।

'বাবাগী খ্বাংদগী শোগা সনাগা য়াউরমদ্রে, শেলসু লোয়না লৌথোকখ্রেদনা ! হৌজিক ঐখোয় করি তৌশিগে' রতন্না অসুম্না হায়বদা ময়াম্বা রবিনা "ঙায়খো ঙায়খো হায়রগা" ঐখোয় অহুম হল্লক্লগা চাক তোকপগা—লেত্রিন— অদুদগী ফমুংদা কাবদা ঙায়রম্মী । ঙসি অসি মুহোন্না অঙাং অমা থাংনা থিল্লুবগী বিচার লোয়রগা লাকপনি । কুইদ্রি মতম খজিক্কি মনুংদনি । হুরানবা হৌজিক হৌজিক লম্বীদা চৎলমগনি । তান্নসি, গাড়ি থৌদোরকউ' অসি হায়রগা মানা মপাগী মথবাক্তা নাকোং থল্লম্মী । মাগী মনাতোন্দগী হৈনিংদবা মনম অমা থোরক্লম্মী । 'মখোয়না বাবাদা পংথনবা হিদাক তৌবা জাৎনি । বাবাদি কৈসু তৌরোয়' হায়রম্মী ।

"গাড়ি থৌদোরক্লে ।"

"পাথৌ নহাক অহল য়েংশিল্লম্মু " অসি হায়রগা রবি গাড়িদা কাখৎখি ।

মখোয় মচিন মনাও অহুম্না কার অদুদা ইয়ার গন অনি অমসুং থাংশাং হাপচিল্লগা মখোয় শোমদা চৎলমগনি খনবা মাইকৈদা থৌরক্লম্মী । খজিক্তুং থৌরগা মেন রোড তারগা হুরানবনা চৎলমগনি খনবা মাইকৈরোমদা গাড়ি য়াংনা থৌরম্মী ।

খর থৌরগা সড়ক্তা নিপা অনিখক তাদুনা লৈবা থেংনরম্মী মখোয় খঞ্জান্নরম্মী — অশিবগী মনাক্তা লেপ্লিঙৈদা খুদোংথিবা নংগদ্রা হায়না । অদুবু মিকুপ খরগী তুংদা মখোয় গাড়িদগী চোংথরম্মী । অশিবা অনিদুগী মশাদা থাং মচা অমমম অদুগা তোই গন অমসু য়াওরম্মী । মখোয় অহুম্না অশিবা পাখং অনি অদু মুন্না খংলম্মী । মখোয় মখোয়গী মপুক্লিংদা চিংনরিবশিং অদুগী অশেংবা খংনবা মখোয় গাড়িদা অমুক কাখত্তুনা থৌরম্মী । খর থৌরগা সড়ক মপান্দা হৌবা চহি য়াল্লবা খোংনাং পাম্বি অমদা মারুটি জীপসি অমা ৱাইশিনবা থেংনরম্মী । পুলিসকী ফিজোল শেৎপা ঙাক্তা ওইরম্মী । মখোয় অমত্তা হিংলমদ্রে । খাও অনিদা শেল পিক পিক থন্না য়াউবা থেংনরম্মী । খাওশিং অদুগা পুলিস মরিনা পায়রম্বা রাইফল অহুমগা রিভোলবর অমগা মখোয়গী গাড়িদা হাপচিল্লগা গাড়ি মমায় লৈদুনা থুনা য়াংনা থৌরকপনা মখোয়গী থোঙান্দা হায়জিল্লম্মী । গাড়িদগী কুমথরমদায়দা ময়াম্বা অহল রবিনা মনাওশিংদা হায়রম্মী নোংমৈ লৌরকপগী থবক অসি পাবুং খংহনগুমসি ঐখোয় অহুম নত্তনা কনাদসু তাকথোক্কুমসি । মসিগী কান্নবসু লাক্কনি ।"

মখোয় খোঙকাপ লাউনা লাউনা থাংদুনা ইমুং য়ৌশিল্লম্মী । মতম অদুদা অহন্দি জ্ঞান লাক্লম্লে অদুবু মশা পুম্নমক পুমচোক চোকথরম্মী । পাথৌনা ঈশিং অশাবা পুথোরক্তুনা অচৌবা খুদেংদা কাখৎহল্লগা ঈরুজবিগে তৌবিরম্মী ।

"বাবা মখোয় পুলিসরা, মীচল্লা" ?

"রতন ঐ করিমতা খংদ্রে, ঐখোয়না হঞ্জিল্লকপদা নং হল্লক্লমদ্রি । নং হল্লকপা ঙায়বদা ইপা উইথরুরে ।"

"পাবুং হৌজিক্তি করিমতা ৱানিঙায় লৈত্রে" অসি হায়রগা রবিনা নোক্লম্মী; অদুগা ৱা মখা তারম্মী "হ্রানবশিং অদু পুলিসনি পাবুং । মখোয় ঐখোয়দগী শেল লৌরগা অদুদগী চৎখ্রগা এক্সিদেন্টঅমদা লোয়না শিরম্মী । অদুদগী ঐখোয়না ঐখোয়গী শেলশিংদো অমুক লোয়না পোরক্লে । অদুবু ঐখোয় য়াম্না কিনিংঙায় লৈ । হয়েং নোংঙালবদগী ঐখোয়দা লুৎপাৎ তৌবা মী লাকই । সনা অদুক, লুপা অদুক ঐখোয়দগী পুখ্রেগা হায়না

কনাগুম্বদা ৱারি তৌগুমসি । ইনাওশা মখোয়না শিরিবদু শেলগী ময়ায়না ঙাউদুনা শিবনি । ঐখোয়গী শেল মখোয়গী ঙায়হাক ওইরুরে; অদুদা হৱাউমনবদগী শিবনি । ঐখোয় য়া য়া লাউগুমসি ।

করিগুম্বা ঐখোয়দা পুলিসনা লুট-পাৎ তৌখি হায়রবদি পুলিসশিংনসু ঐখোয়বু নুংশিররোয় । ঐখোয়দসু ইনকারি তৌররনি । মখোয়গীসু শিবদা নত্তনা খুৎসু খুৎলায়গী ৱা হংল্লক্কনি । হৌজিক ওপরেসন তৌরক্কনি ঐখোয় চেকশিনসি ।

মীয়াম্না ঙাংনৈ । নুমিদাংদা স্কুটর অমদা তোংলগা চৎচবা অঙাং অনি পুলিসনা নোংমৈনা রাউন্দ তরামুক কাপ্লম্মী । মফম অদুদি খুল অনিগী মরক্তা লৈবা লম্বিগী থৌদোক ওইবনিনা খর থেংনা তুমজবা মী খুদিংগী মনাকোংদা নোংমৈগী মখোল চংলম্মী । অঙাং অনিসি তশেংনমক পুলিসনা হাৎপনি । পুলিসশিং অসিবু নোংমৈ পুদে হায়ৰি । কদায়দৈনোদা ঙন্না ৱাকিং চৎপা কাংবুনা এক্সিদেন্টতা শিরিঙৈদা খুদোং চাবা লৌখিবনি ।

করিনো নখোয়না হায়নরিসে ? পুলিসনা নিপা অনি অসি কাপ্পা ওইরম্বা য়ায় অদুদগী নহারোল খরনা পুলিসতা এস্কুস তৌবদগী গাড়ি এক্সিদেন্ট থোক্লগা অশিবশিংদগী নোংমৈ লৌখিবা ওইরমগনি ।

## ৪ (মরিশুবা)

অঙাংদা থাংনা থিনবা মুহোনগী মপা ব্রজলালাদো চেং লল্লোল্লম্বদগী নুঙায়রকখিবনি । মাগীদা থবক শুবা মীশিংগী শেল পিবিদে হায়না মুঙ্গেরদা লৈবা মহেশ কৌবা অঙাং অমনা মকোক চিংদুনা "থবক খুৎশুমন পিয়ু" হায়বা লাকপা মখোয় ২০০/৩০০ দা ব্রজলালাগী মচাশিংনা নোংমৈনা কাপতুনা অশি অনা থোকহনবদগী মহাক পুম্মুৎ মুৎথ্রেদনা । মদুগী ৱারি তৌগে ।

চহি খরগী মতুংদা মহাক ঠিকা তৌরম্মী । চাউরা চাউরবা থোং কয়া মানা শারম্মী । থোং শাবদা লোয়শিনবিদবগী ৱাথোক কয়া লৈখি । লৈবাক

তৌনবা খুৎলাই, নৃঙ তকখায়নবা, লৈবাক তক্লবা মেচিন, ইঞ্জিন্নচিংবা অমত্ত ৱাত্তনা লৈরম্মী । মাগী লৌ পরি য়াংখৈ মুক লৈ হায় । হৱাগাড়ি টাটা মঙাসু লৈরম্মী । মাগী নুপীদি অধঙ্গনা নারম্মী । মাবু শেন্নবিবা মী, মশা নোয়বিনবা, ইমুংগী ওইনা থবক ইংখাং শুবিনবা মীশিংগী ময়ুম তোঙান্না শাবিরম্মী । লৈকায়গী মীদি মাগীদা থবক ইনখাং সুবা অমত্তা য়াউদে । মহাক মীকৌ মীরম য়াম্না ফজে । অদুম্নদি ওইরগা মীঙোন্দা লাকথুনা থবক তৌই । খুৎসুমন খজিক খজিক পি, নত্ত্রগা শুকপি পিদে । মী কয়া মাগী থবক শুরম্মী । অদুবু গাড়িনা মশিং শুদ্রিঙৈদা থোঙ্গান থীংদে; তুম্বা য়াদে হায়দুনা থোঙ পুনা পান্দে ।

ব্রজলালানা চীংদা মহেশ কৌবা নিপা অমা থনম্মী । নুপা অদুনা চাননবা চেং, ঙারি, থুম, থাও অসি ব্রজলালানা থা থাগী ওইনা মাগী গাড়ি চৎপা ড্রাইভরদা পিখি । মহাক য়ুমদা থোরক্লবা মতম পিরমদে । নুত্তিগী মহেশনা খোমজিনবা ফৌ, চুজাক্কী মতমদা চুজাক খোমজিনবা তৌদুনা লৈরগা গাড়িনা হেক হেক চিংখৎখি ।

ব্রজলালানা মহেশকী নুপী অঙাংদা য়ুমদা চানবা ফৌ চেং পিবা তৌদে । চীংদা লৈবা মহেশনা মাগী নুপী অমুক্তা উনজবা চৎকে হায়ববু 'পোৎ চৈ মাংখিবা থোক্লবদি কমদৌনি ? কনানা দায় পুগনি' ? ড্রাইভরনা মহাজন ব্রজলালাদা 'মহেশকী নুপীগা অঙাংশিংগা অমুক্তা পুবিরকউ হায়রকই, পুবিবনা চুমগনি' হায়রম্মী । অদুবু মানা য়ারমদে । মানা চে মচেৎ অমদা মহেশতা পিনবা ইখি— মহেশ নংনা নহানখৈ ৱাবিবা ঐ খংই । নংসু ঐদৌনা নুঙায়হন্নিংদুনা তৌবনি । নংনা চীংদা অকা অকুম তৌদুনা ফৌ, চুজাক, হঙ্গাম মরু খোম্বিবনা ঐখোয় সিদা য়াম্না কান্নরি । নং লৈত্রবদি ঐ করিদা কান্ননি ? নংনা নংগী নুপী অঙাংগী মরমদা করি খনফম থোকপগে ? মখোয়সু ঈশ্বরনা শেম্লকপনি । মখোয়গী থবক শুনবা মখুৎ পাল্লি । চৎনবা মখোঙ পাল্লি । নুংঙায়গে হায়রবদি মখোয়গী খনখনু । নংনা থবক হেক তোকপগা পিনবা নংগী শেল ঐগী খুত্তা য়াম্না লৈরে । মতম খজিক্তং‌গা নং মফম অদুদা লৈথখো । ঐ ভোট লেপকনি । শেল খজিক্তং ৱাংলি । ঐনা ভোট লেপলমদায়দা নংবু ভোট খোম্নবা কৌরক্কনি । নং মতম অদুফাউবা ঙায়গদবনি' ।

মতম খর লৈরগা নোংমা মহেশকী নুপীনা মচা অমা মনগন্দা পোরগা মচা অমনা মখুৎ শন্নদুনা মহেশনা চহি অমা য়ুমদা হন্নক্তুবা অদুদা মহাজন ব্রজলালাগী য়ুম থিরক্তুনা উনরম্মী। ব্রজলালানা নুপীদুদা হায়রম্মী- ইবেম্মা নং নহানি, নপাঙ্গল থেক তেকখৈ থবক শু । নহা ওইরিঙৈদা চীংদা মহেশনা শেল তাল্লি। নংনা অসিদা ননেম্বোক, নমা নচাগী চাননবগীদমক সুনিংদবা করিগীনো ? অদুদি নখোয় কমদৌনা নুঙায়গনি ? মাগী আদা চাননবদি ব্রাত্তনবা হুল্লি মরমদি ঙারি, থুম, চেং আদা লৈতে । সিদদি থবক সুদুনা শেল তাল্লগা লৈনিংবা চানিংবা ফংই । ঐ শেল মচিৎ মচিৎ পিবা হৈতে । নং ঐঙোন্দগী শিকি অমা, লুপা অমা ফংগনি খনগনু । অমুক হন্ন অসিদা লাক্কনু ।

অসি হায়রন্নগা মা ইমুংদা পরপ পরপ চংখ্রে ।

ব্রজলালানা য়াম্না তাথি তাওইনা ঙাংবিবদগী মৌ নহা অদু মপি ইরা চেন্দুনা মফমদুদগী থোরকখি । মহাজন্না মৌ মচা অদুদা ঙাংবা শকপা পুম্নমক গাড়ি ড্রাইভর অমগা হেন্দিমেন অমগনা লোন্না তারম্মী ।

মৌ মচা অদুনা খর লাপথোকখ্রগা ড্রাইভর অদুনা তান্নরগা উনরম্মী । চহি ৬০ শুরবা বড়জাও, হন্দক্তো মহাজন অসিগী গাড়ি থৌরবনি । থা মরিরোম সুরে তলবতি ফংদে; থা তরুক্কী নক্তুবদি মচিৎ মচিৎ পিবা হৈতে হায়রি ।

বড়জাওনা মৌ মচা অদুদা নুংশিবা পোক্তুনা মাগী নিপাদো কদায়দা থবক তৌরিবগে হংলম্মী ।

মৌ মচাদুনা খুন্নকখি- ইপা ইবুঙো ঐগী নিপাগী মমিং মহেশ কৌই । চীংদা মহাজন অসিগী ফৌ, চুজাক, হঙ্গাম মরু খোম্বনি চৎখিবদগী চহি অমরোম ফারে হন্নক্তবা । ঐ সিদা অঙাং অপিশক অনিগা ইনেমবোক্কা লৈজে । মসি পুম্বা ঐগী নুপানা ঐগা ইচাশিংগা থনম্মী হায়বসে কাওখ্রে । মহাক কৈদৌঙৈ হন্নক্কদগে খংদে । ঐ য়াম্না ব্বারে । ঐগী নুপাদো মশক খংবিরবদি চানবিদুনা ঐগী অব্বাবসে অমুক্তা তম্বীয়ু । মহাজন অসিনা নং ঐবু শুমদুনা থম্বিরে । নং তুমথগনু নমিৎ পাংউ খর হায়বিয়ু মঙোন্দা

শেল খজিক্তং চাননবগী পিয়ু হায়বদা পিনিংদবা মহাক্না চহি অমা থবক শুরকপগী শেল মানা শুকপি পিরক্লোয় ।

ঐগী নিপাদো মবুক ফৈ । মীগী কোচি কোরাং করিমতা খংদে । মানা নহানখৈ ব্রাজরকপগী মহৈ ফংলোয় । ঐগী নিপাদো লাক্কুনা মানা চহি অমা ব্রাজরকপগী শেনফম অদু তাম্বোকপা লাউ হায়বিয়ু । থা অনিতগী, অহুমতগী ওইরবসু পিরকপ্রা য়েংসি । পিরক্লবদি চহি য়াম্না কুইনা শিজিন্নরগা মহাজন অসিনা মী নেক্কুনা হাংহনখিগনি হায়বিয়ু । মরমদি শেলয়াম অমা চংখিদৌ শরুক লুপা খজিক্কনা হাংহনবনা হেন্না ফৈ ।

ইপা ইবুঙো, অসিমসু হায়বিয়ু । মচিন মনাও মখোয় ইংখোল য়েন্নগদৌরি, সহি তৌনবা লাক্কবা য়াদে । করিগুম্বা ইংখোল য়েন্নবা নুমিত্তা মহাক য়াওদ্রবদি নাক য়েংনা ইংখোল লৌখিনি হায়বিয়ু । ঙসি মরিনিদা ঙায়রে ইংখোল য়েন্নগদবা ।

বড়জাওনা লৈখাদা য়েংথদুনা ব্রাখল তৌরম্মী অদুগা হায়রম্মী — ইবেম্মা নং চংলো, ঐ লোয়না খংলে । মহেশপু ঐনা শোয়দনা পুরক্কনি ।

মৌ মচা অদু মফম অদুদগী চংখ্রে ।

বড়জাও ভাব তারে । মহাজন্না মহেশতা চেং চাক পিবগুম মহেশকী নুপীদসু পিরবদি মহেশ চহি কয়া শিজিন্নবা য়াগদবনি মহাজনসু অপঙবা লৈতবা নত্তে । অদুদগী বড়জাওনা ড্রাইভর অনিদা তলবকী ব্রা হংলম্মী । মখোয় ঙসি ফাওবা তলব মশাক উদ্রি হায়রকখি । মহাক্না লৈকায় অদুগী অহল অমদা ব্রজলালাগী মরমদা ব্রা হংলম্মী । নিপা অহল অদুনা 'ব্রজলালাদি খোল নুংশিবা, মবুক্তি য়াম্না ফত্তবা মীনি' হায়রম্মী । মাগী মচাবু গাড়ি থৌহল্লগা চহি মঙা তলব পিদবা ঙম্মী হায়রকখি । করিগুম্বদা লুপা ৫০ পিবা, ১০০ পিবদি তৌখি । মীহাৎপা মীনি মাদি' হায়রকখি ।

বড়জাওনা খল্লম্মী- চুম্মী মানা হায়বা । থা অমগী ফাউবা পিনিংদবা মহাজন অসিনা থা ৬ কী করম্না পিনিংগনি । ঐনা লাকপদগী ড্রাইভর অনি তোকখিবা উরে । মখোয় শেল ফংদবনা তোকখিবা ওইরমগনি । মহাজন অসিগী মরমচং খংলমগনি । ড্রাইভরশিং অসি ঐঙোন্দগী হান্না লৈরম্বা য়াওরি । মখোয়দা ঐসু হংহৌবনা ফৈ । ঐঙোন্দসু অসুম তৌরক্কদবা

ওইরবদি গাড়ি পার্ট শিন্দোক্কনি । করিগুম্বা অমা নত্তগা অমা মহাজন্দগী মৎকদবনি । হয়েং ঐ চীংদা চৎপা পালি তায় । হৌজিকমক হংগে ।

বড়জাওনা অঙাং ওইরিবৈঁদগী হেন্দিমেন ওইদুনা দ্রাইভরগা অদুম লোয়নদুনা, চীং মান্দা মীরমদা অৱাবা কয়া খাংলক্লবনি । মচা তরুক, নুপী অহুম নুপা অহুম্নি । লোয়নমক শেম্লে । মহাক্না মচাশিংগী মরমদা ৱাদ্রে । অদুবু মগুশিংগী নিংঙাই চক্রিদি মাসু শরুক য়ারম্মী অদুনা মাসু শেল দরকার ওইরম্মী । কুইথরগা শেল ফংদ্রবদি অশাওবা পোক্লক্কনি । অদুনা মহাক্না হান্না লৈরম্বা দ্রাইভরদা মহাজনগী মতিক মগুন থাগত্তুনা ৱা ঙাংলম্মী । তৌবতবু দ্রাইভর ওইরবদি মহাজন ঐখোয়দা শেল শিন্নরগদবনি । শেল শিন্নবগী থবক মহাজন অসিনা তৌদ্রে অদুগা তলবকী ৱাফমসু পংশিন্নদুনা অদুম লৈথোকই ।

দ্রাইভর অরিবা অমদা ওনশিল্লগা বড়জাওনা ৱা খর হায়রম্মী — 'অদোম য়াম্না কুইরবা মাল্লি । তলবতি কমদৌবগে; থাগী ওইনা ফংবিব্রা ?

দ্রাইভর অমদুনা খুন্নম্মী ঐ থা ৭/৮ রোম শুদে মসিদা লৈজবা । তলব পুল্লপ পিনি হায় । মচিং মচিং লৌগনু মদু ঐ য়াম্না শাওনিংঙি অসি হায়রগা মানা ঐঙোন্দা লুপা ১০০ পিখিবা লৈ । ঐ অমুক হায়দ্রে মচানুপা অমনা শেল পুথোক পুশিন তৌই । ঐখোয়না তৌদে অদোমসু থা ৪/৫ শুরবনিনা শেলদি করি হায়রি । হংবিব্রা ?

— উম, ভোৎ লেপকদৌরি হিসাব অমা য়েংখিগে হায়রগা শেল অদুম পিরক্তে । "ইনাও, মাগুম্বা অরিকপা অমনা ভোট লেপফম থোক্তে বড়জাওনা মখা তারম্মী" ও ! নখোয় ঐগুম্বা অপঙবা ঙাক্তনি । ইনাও ঐ ৱা অমা হায়জগে, তাবিযুকো । মী তোকখিবদগী ঐখোয়না গাড়ি থৌজবা ফংঙে হায়না হৱাউজরি ওস্তোকপনি ! মখোয় শেল অমত্তা ফংদবদগী তোক্লখিবা ওইরম্লে । ঐখোয় লিংজেল মান্নসি নত্তবদি ঐখোয় শেল অমত্তা ফংলোয় । ঐখোয় ইউনিয়ন অমা শেমসি । ইউনিয়ন অদু রেজিষ্টার তৌসি । তলব ফংদবদগী মহাজনগী মথক্তা ঐখোয় দাবি তৌবদা মফম খুদিংগী মজদুর ইউনিয়নশিংনা ঐখোয়গী ইতেং পাংবিগনি । অপিবা তলব অদু মতিক চায় চাদে হায়বসু মখোয়না লেপ্লিগদবনি । মানা পিনিংবা

খর পিরগা ঐখোয়না হেক্তা লৌবা তৌগুমসি । নহাকসু থেংন থেংনবা মীদা ঝারি শাউকো ঐসু শাগে । ঐখোয় থবক অসি য়াম্না থুনা তৌহৌসি ।

মথংগী নুমিত্তা বড়জাওনা চীংদা মহেশনা খোমজিনবা ফৌগা শগোল হৱায়গা লৌবা চৎলম্মী ।

মহেশকী মায়থোং হেক উবদা বড়জাওনা নুংশিরম্মী । বড়জাওগী মচা অনিসুবা অদুগা লোংগা ওইনা উরম্মী । নহা ওইবগী ঈ খেবা হায়বদো মঙোন্দা লৈজরমদ্রে । মা উবদা বড়জাওনা হায়রম্মী - ইবুঙো নহাক্তি চেং চাক্কী দুকান ফম্বনিনা চাবদি ৱাৎলম্লরোইদনা । ইবেম্মা দুদি নূঙ্ শুবনিনা ময়াদা করিমতা তাদ্রে ।

বড়জাওগী ৱা তাবদা মহেশনা-মাম্মা, লৈতবা লায়রবদগী থা ৬ তা ঙায়রিবা ইচা অপিশক অদুগা চহি অনিসু শুদ্রিবা ইচা নুপা অমগা হুন্দোক্নুনা ঐ সিদা লৈরি । দ্রাইভরদা হেক হেক হায়জবনি, মমিং লৈফম তাক্নুনা য়ুমদা চেং নক্তুগা শেল খর খর পিবিননবা । অদুগা মাম্মানা ঐঙোন্দা হায়বিরিসিনা করিনো হংলকখি ।

বড়জাওনা মহেশতা হায়রম্মী— ইবুঙো মহেশ, মহাজন্না চীং অসিদা নহাকপু চহি কয়া লৈয়ু হায়গে ? নংগী থাগী তলব কয়া পিরি ? থা কয়া তলব ফংলে, থা কয়া ফংদ্রি ? নংনা খোমজিনবা ফৌ চুজাক্না মাদি য়াম্না নুংঙায়রে । নং কমদৌরিবা অদুগা নংগী নুপী অঙাংদি চাদদুনা শিদৌরে হায়না তায় ।

মহেশ-চহি অমা ফাগদৌরে । মহাজন ভোৎ লেপকনি হায়রি । অদুফাওবদদি ঐবু সিদগী লেংগনু । মীনা পোৎ-চৈ হুখিনি । ঐখোয়গা কন্নত্তেক লৈনবা পুম্নমক মহাজন অমনা মুনখিনি হায়রি । ঙসি ফাওবদা চেং, চাক ইনশং নাপি নক্তনা ঐঙোন্দা শেল অমত্তা পিদ্রি । মা ভোৎ লেপ্পা ফাওবদি লৈগে খনবনি : শেল খর পুদ্রদি ঐগী ইমা, ঐগী ইমুং মনুংগী মমাংদা কবম্না লেপ্পুগনি । ও ! ইনাকখুনবা পুম্নমক অসুম্না মবুক ফক্তবা ঙাকত্রা ? অহল ইবুঙো, তলবকী ৱা মহাজনগা ঐগা ঙাংনবা লৈজদে । অপিবা খর লৌরগা অদুঙায় খনবনি ।

বড়জাও- মহাজন অসিগী মখাদা মী য়াম্না থবক শুরি । মখোয় মবুঙুং থনবা য়াগদ্রা ? নুপী অঙাংদি করমতৌনা হিংদৌরি ? ঐখোয় পুম্নমক

কনাগী ড্রাইভর, গোর্ভনমেন্টকী য়ুম শাবা, অফিস বিলদিং, থোং শাবা, সড়ক শেম্বা পুম্নমক শেল ফংবা অমত্তা য়াউরমদ্রে । মাগী ৱাহৈ "মচিং মচিং হায়রক্কনু শুকপি পিরোয় । হৌজিক চহি ফাবগা নং নুঙায়নবা শেনফম অমা খঙনা লৌজৌ" অসি হায়বা ঙাক্তা । শিম্মী অমগী মনাকোংদসু, অমগী মনাকোংদসু অসুম্না হায়দুনা থম্মী । চহি ফারগা শেল পিয়ু হায়রুবা কান্দদি মচাশিংনা ফুদুনা তানখিবা ওইরম্লে । চহি অমরোম লৈরবা নখোয়না ইউনিয়ন শেমদুনা, ময়াম মান্নদুনা নমদুনা খুৎসুমন অৱামন লৌনি হায়বসু লৈরমদে । হৌজিক পংথরগনু । চানিংঙায় লৈতবগী লায়নানা নাদুনা, শিগদৌরবা নুপী অঙাংশিংগী মনাক্তা চৎমি । মখোয় শিখিবনা হানগনি । ঐখোয়না হনখিবদা ফৌ, শীং, ইনশাং নাপি খর নংগী য়ুমদা থাদসি ঐনা তৌবা থবক মহাজন্না অদুগা মচাশিংনা থাজে । পোৎ চৈ চেক তৌরোয় । নং ঐবু হাংকে তৌবা মহাজনগী পোৎ চৈ হুঞ্জেক্লম্বদা নং নুঙায়তবা খনগনু । ড্রাইভর ঐখোযদি মহাজন ফত্রবদি গাড়ি শোয়খিবা শাদুনা লোকখাদা ইন্থুরিবনি । ঐখোয়না মাগীদমক্তা চীংগী অখুবা লম্বী, অচেপ্পা অৱাঙবা, অঙম্বা চীংদা থৌগত্তুনা পোৎ চৈ পিক থন্না হাপ্লগা অমুক তমথিরবা, খুদোং থিরবা লম্বিদুদা থৌধরকপনি । মানা ফংবা লুপাদা ঐখোয়দা পৈশা অমা খায়নিংদবা মহাকপু নুংশিখিগদ্রা ? নংগী নুপীনা নঙোন্দা "তুমগনু নমিৎ পাঙ্গুঙ্, নংবু হাত্তৌরি" হায়রকই । য়ুমদা চৎসি । মহাজন্না হংলগা "নুপি অঙাংগী শেল পিবা লাকপনি" খুম্মু । লৈকায় পাল্লি । নং ঐবু হেক হাৎপা য়ারোয় ।

গাড়ি মাল হাপ্লগা বড়জাওগা মহেশকা য়ুমদা হল্লক্লম্মী । মহেশকী য়ুমদা ফৌ বোড়া অনিগা, য়াউরকপা শীং ১সুং ইনশাং খরগা লোয়ননা মহেশ লৈহৌরে ।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক পুং ৮ অদুৱায়দা মহেশ ব্রজলালাগী য়ুমদা লাক্লম্মী । মতমদুদা ব্রজলালাদি ইরু মাইথজরগা লাইমাঙদা উপনা হিপতুনা মখুৎ অনি লাইরোমদা তিংথোক্তুনা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লম্মী । অৱাং শঙ্গোয়দা লৈবা চৌক্রি অমদা ফমদুনা মহেশনা ব্রজলালানা লাই খুরম্বা লোয়বা ঙায়রম্মী ।

লাই খুরম্বা লোয়রগা য়েংথোরকপদা ব্রজলালানা মহেশপু উবদা শাউরম্মী । নং করিগী সিদা লাক্লি ? চীংদা অদুম লৈয়ুকো হায়রগা ? ফৌ চেং কনানা শঙহৌরি । ফরে, ফরে, নং ঙসি চৎত্রবসু হয়েং চৎলুকো ।

মহেশতি মাগী নুপীনা ব্রা খর ঙাংলকপদগী অথৌবা হুই অমগুম ব্রজলালাদা লাক্কদবগুম হায়রম্মী । পাবুং মীবু চাক য়াউদনা হিংবা কনা লৈবগে ? ঐনা শু-নোম্লিবা অসি ঐগী ইমুং চাননবনি । পাবুংনা ঐগী নুপী অঙাংদা চাননবা চেং, চাক পিবিদবসিবু ঐনা পাবুংগী থবক তৌবগী মহে করিনো ? ফরে হৌজিক ঐবু পাবুংনা থাদা লুপা কয়া কয়া শাবিগদগে ? চহি অমা ফারে চীংদা ঐনা লৌয়েফমদগী ফৌ বোড়া কোকথোং নাদুনা পুখৎলগা গাড়িদা হাপপা নত্তগা গোদাউন্দা থমজিনবা । মসিগী তলব পিবিরো অদুগা ঐ হৌজিক হেক্তা চীংদা চচ্চগে ।

ব্রজলালানা খোল নৌথরগা মহেশতা হায়রম্মী- করিনোনে মহেশ নংবো নবুক য়াম্না ফবদায়নে ? কনানা করি হায়জিল্লক্লগে ? চৎলোনে চীংদা ঐখোয়গা লৌথোক লৌশিন তৌনবা ফৌ চুজাক, হঙ্গাম মরু, লোয়না ইনাকখুনবা অমগী ওইখ্রনি । চহি অমা হেক ফাবগা নং শেঙাও অমা ঐনা পিরগদবনিকো অদু খংউ । মীঙোন্দা হায়দোক্কনু । চৎলো, চৎলো ইবুঙো ঐ শেল মচিং মচিং পিদে হায়রেদনা ।

মহেশ—পাবুং চহি অমগী পিবিদ্রবসু থা তরুক্তংগী পিবিরো । মদু নুপী অঙাংদা থনম্লগা ঐ চৎচখ্রগে ।

"ইহে, ঐনা নঙোন্দা চহি অমা ফাদ্রিখৈ পিরোয় হায়খ্রেনে !"

"ঐসু পাবুং থা ৬কী ফাওবা পিবিদ্রবদি চৎলরোয় "

"চৎত্রগা তোকউ । নংনা নহানখৈ চীংদা লৈরুবদুগী শেল চহি অমা হেক ফাবা নুমিত্তা লৌরো । ঐ মীগী শেল হাত্তে । ঐনা হায়বা য়াবিদবদগী তোকখিবা ঙাক্তনি । হৌজিকসু গাড়ি ময়ামসে উবদা গাড়ি চৎপা য়াউজগে, গাড়ি থৌজগে, চীংদা লৈজগে য়াম্না হায়রৈ । নখোয়গুম্বা মীরেমসে লৈবাক অসিদা মশিং থীঙমদনা লৈ । নং অমা তোকখ্রগা অমনা মহুৎ শিনগদবগী ঙায়রি । মীরেম অমনা চীংদা লৈদুনা ফৌ, চেং, চুজাক হঙ্গাম মরু খোম্বিবা

ওইরম্মী । মদু তোকখ্রগা অমনা অমুক মহুৎশিঞ্জিল্লি । মীরেম অমগী মথংদা মীরেম অমা অসুম্না মীরেম পরেং লেংলি । ইবুঙোহোয় মীরেম ময়াম লৈবসিনা অমগী মথংদা অমনা শুবিবনা ঐখোয় নুঙায়জরিবনি ।

অসি হায়রম্লগা মহাক ইমুংদা চংখ্রে ।

মরায়বক থীরবা মহেশ মমায় মমিৎ ইপোম পোল্লদনা মমিৎ কোরিমুক ঙাংলদুনা থোরক্লে । খর চৎলগা বড়জাওনা মাবু ঙায়রিবা অদু উরম্মী ।

মহাক ফুবিবামক্তি তৌরকত্রে । অদুবু য়েংবদা খংলে, মহাক শেল ফংলক্তে। মাগী মতৌ উবদা বড়জাওনা শাউনা মহেশতা হংলম্মী- কমদৌরে ?

মহেশ- মাম্মা ঐ থবক তোক্লনি । য়াম্না ফত্তবা হিংচাবা ওইরম্লে মাদি

বড়জাও-ব্রজলালা মহাজনগী হান্না থবক সুখিবা অদুগা শেল ফংখিদবা ময়ামগী, অদুগা অনৌবা হৌজিক হৌজিক থবক শুরিবা মীশিং অসিগী অপুনবা ইউনিয়ন অমা শেমসি ! ঐখোয় ময়াম চংশিন্দুনা শেল পিয়ু হায়গনি । য়াদ্রগা ময়ুম মকৈ থুগায়সি। ঐ ইউনিয়ন শেম্লকে । নংসু সহি তৌরম্মু ।

মহেশনা সহি তৌরম্মী ।

মহেশনা বড়জাওদা হায়রম্মী । মাম্মনা ইউনিয়ন শেম্মি হায়বদো শেম্বিয়ু । মাম্মাগী তুং ইন্দুনা চেন চোংবমক্তি ঐ নুমিৎ ১০/২০ নি ঙমজখিরোই ।

মাম্মদা ঐগী অশেংবদো হায়জগে । ঐ অসি নুপী অহনগী মচা ওইরম্মে । ঐবু পোকপা ইপা অদু লৈরিঙৈদদি ঐসি নুপী অহনগী মচানি খংলমদে । ঐনা ঐগী পুন্সিগী মরমদা খংলমদে । ইচিন ইনাও ঐখোয় অহুম অসিগী ইপা অমত্তনি ইমা অমত্তনি হায়বগী ৱাখন্দা অদুম লৈনৈ । মীনা ইনাও অনিদা "নখোয় মহেশতি ইম্ফালগী (মনিপুর) মচানি; মপানা পোরকপনি । কোন্না নখোয় অনি পোকপনি হায়রে । ইমানা "মদুগী ৱা অদু মীনা নচিন ননাও নখোয়বু নুংশিনদনবা ঙাংবনি থাজগনু হায় । হায় হায়বদু ঙায় কান্নদে । ইমানা ঐগী মীচংদা লৈ; মখোয় অনি অমা ওই ।

ঐগী ইপাদো অফিসকী থবক তৌরম্মী । পেন্সন ফংবগা মহাক নারম্মী । চহি অনিমুক নারম্লগা লৈখিদ্রে । কর্ম্ম লোয়খ্রে । মহাক লৈত্রবা তুংদা

ইমানা মচাশিং ঐখোয় ব্রারকপা ঙমদ্রে । ইনাও অনিসিনা ঐঙোব্দা" নং লৈবদি অসুম লৈবিয়ু, নংগী ইংখোল শরুক্তি পিরোয় । মরমদি ইংখোল অসি ইপু খোঙনেমগী লম্নি ।

ঐনা থব্রায় নুঙায়মন্দবদগী তোঙান তোঙানবা অহল অনিদা ঐগী ইপাগা ঐগগি মরমদা হংখি । মদু হংবদা মখোয় মরু লুকথৈ । ঐগী খংনিংবা মতৌ অদুদা মখোয়না য়াম্না নুংশিনা হায়রকখি - নং নমা অসিনা পোকপদি নত্তে । নপা অদু মনিপুর মচানি হায় । মীনা হায়নবদা ধর্ম্মনগর ফাউবা রেল তোংদুনা লাক্লগা অদুদগী কুমথরগা ঐখোয় খুল মুঙ্গের তম্না খোঙনা লাকপদা নং পোনা পোনা সড়ক্তা তুশিনবনি হায় । মীশিংনা নপা মচাদা ঈশিং চায়শিনবিদুনা হোৎনবদগী নপা অদু জ্ঞান লাকখি । অঙাং অদু নমা অসিনা লৈশারিঙৈদা শঙ্গোম্না য়োকখিবনি, নপা অদু অঙাউবা মী ওইরম্মী ।

কুমাম খোঙনেমগী অমত্তা পোকচবি লৈশাবী অদুগী মখুত্তগী অঙাং অদু মপানা লৌগে তৌবা য়ারমদে । মপা উবগা অঙাং অদু হেক্তা কপ্পি । মখোয়গী ইমুংগী মীনা নংগী নপাবু 'চৎনিংবা মফমদা চৎখ্রো; অঙাং অসিদি ঐখোয় য়োকপিরগে' হায়রম্মী । অদুবু মহাক শুকচৎ চৎখিদ্রে ।

কুমাম খোঙনেম্না মাগী অব্রাং শঙ্গোয়দা কা অমা খাজিল্লগা নপা ইবুঙো দেবরাজবু লৈহল্লম্মী । নিংবা কায়বনা ঙাউরুরবা দেবরাজনা নংগী নমা থোইবীবু নংবু হেক পোকপনি খনবদগী মাগী অঙাউবা অদু খর খর ফরক্নুনা লৈরম্মী । খর লৈরগা থোইবীগা দেবরাজগা লুহোঙদুনা মচা অনি অসি পোকপনি । অদুবু ইবুঙো মহেশ, নংগী নমাদি মানা পোকপা মচাবুদি নংনা হেন্না নুংশি "হায়রকখি" ।

লুহোঙলবা মতুংদা ইমানা মনিপুরদা চৎনবা ব্রা হায়রম্মী মদুদা বাবানা "ঐ মনিপুর য়ৌরগা অমুক ঙাউরক্লবদি করম তৌনি" হায়রম্মী : ব্রা অদু তাবদা ইমা কিবদগী অমুক মখা তাখিদ্রে হায়খি ।

মতম অদুদা বাবাদি বি, এ, ওইরম্মী । লুহোঙলবা মতুং মতম খর লৈরগা নোংমা মখোয় অনি আগরতলাদা কোয়নিংঙম্মী । কালেনগী পুর্নিমা নুমিৎমক্তদা মখোয় আগরটলাদা থুংলম্মী । হেক থুংবগা হৈরাং লৈরাং, উহৈ ব্রাহে মরাং কায়না লৈরগা বুদ্ধদেবগী লাইমাংদা কংলম্মী ।

কালেন পুর্নিমাগী মেলা অদুদা মখোয়না অঙক অঙকপা ময়াম উরম্মী। অদুগী তুংদা পাৎকী ফজবা, নির্মহল্লগী ফজবা মথং মথং য়েংলবা মতুং নুমিৎ হুম্নি শুবদা সিপাহিজালাদা মখল মখা কয়াগী শা, ঙা, উচেকশিং য়েংলিঙৈদা দেবরাজগী মরুপ, মনিপুরদা দি, এম, কোলেজদা লাইব্রিক তম্মিন্নরকপা বঙ্গালি এন, এন, রোয় থেংনরম্মী।

এন, এন, রোয়না হায়বদা মাগী অশেংবা য়ুমদি আগরটালাদনি। মনিপুরদা মপানা চহি ১০ কার্বার তৌদুনা লৈবদগী কার্বারদা ইচাউ চাউখত্তবদগী মসিদা অমুক হল্লকপনি হায়খি দেবরাজনা, মাগী ব্রারি পুন্নমক এন, এন, রোয়দা লিরম্মী। এন, এন, রোয়গী মবায় (মচে লৌবা) অমা এম: এল: এ: ওইরি। 'নহাক লম অসিগী সিতিজন অমসু ওইবা নত্তে অদুনা নহাক এডহোক নত্রগা কেজুয়েলদা মতম খর লৈনবা' এন, এন, রোয়না শিনবিদুনা মহাক রেলবে ষ্টেসনগী ক্লার্ক ওইহল্লম্মী।"

ঐহাক্কা চহি ১০ মুক শুবকপদা ঐগী ইপোক নুমিৎ পাংথোকখি। নুমিৎ অদুদা ইপানা ঐঙোন্দা কোরিগী যন্ত্র অমা ঙক্তা শিখিরম্মী অদুগা হায়রম্মী 'নংনা হয়েং চহি ২০/৩০ লৈরগা মসি কান্নগনি। য়েংগদবা। করিশু য়াউবা নত্তে, চে মচেৎ অমা য়াউবনি'। অসুন্না ঐঙোন্দা চহি ১০মুক শুবদা শিবিবগুম ইনাও অনিদসু চহি ১০/১০ মুক শুবদা শিবিখি। ঐ অঙাং ওইবনা হৌনবি ওইরমাল্লে খন্দুনা অদুম লৈথোকখি।

বাবা পেন্সন ফংলম্মী। পেন্সন ফংবগা মহাক মশা নারম্মী অহানবদা খুল্লক্কী মাইবনা পোৎশেম যাদু মীনা তৌশিনবিরক্লে, ফরনি, ফরনি হায়বিরে। ফবদি লৈতে। মাইবনা নখোয়গী অনাবসে লুনা লৈ, মীহু চংই; নুংশিৎসু চংই। ডাক্তর য়েংহনগনু য়েংহল্লবদি ফত্ত নুঙদা থোক্কনি হায়রম্মী। বাবানা মাইবা পামলমদে, ইমানদি মাইবা পাম্মি। বাবানা হায়বগী মতুং ইন্না ডাক্তরদা অমুক য়েংহল্লম্মী। ঈ, ঈশিং, অল্ট্রা সাউন্দ লোয়না য়েংলবা তুংদা নুমিৎ ৪/৫ নি ডাক্তরনা রিজল্ট পিবিদ্রে। ডাক্তরনা অনাবা অদু হোস্পিটান্দা থল্লসি হায়রম্মী। হোস্পিটান্দা লৈবা নুমিৎ হুম্নি শুবদা কেন্সরনি হায়রে। হিদাক থারে। অদুবু অসুম লুশিল্লক্তুনা বাবাগী অরোয়বা ওইখি।

বাবাগী শ্রাদ্ধ লোয়খ্রে। কুমওন ফিরোয় লোয়খ্রে। ইনাও অনিনা ঐব
য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিনবতা হায়রম্বদগী হৌজিক্তি হায়খিদ্রে। অদুবু ইংখোল
য়েন্নবদা ঐগী শরুক্তি থুংঙোয় হায়রি। ঐনা ইমাদা মখোয় অনিনা ঐবু
মীতোপনি হায়রিবা করিনো মনুংদা করিগুম্বা খরদি লৈ হায়দুনা
তক্লবদা ইমানা ঐঙোন্দা সুক্তাক তাক্তে মা করিমতা খংদে হায়রি।

ইমানা মখোয়দা হায়রম্মী— ইচাশা নখোয় অঙাং ওইবগী পংঙাং
ঙাংনবনি হায়না ইমানা লৌরম্মী। মীফত্তবশিংনা নখোয় নচিন ননাও
অহুম্নু খংননবা শিল্লকপা নখোয়না য়ারে। নমা ঐনা হায়বা নখোয় য়াদ্রে।
নখোয় ভুৎ চংলবা ইচা ঙাক্তা ওইরে ঐনা পোকপদি ইচা মহেশতনি।
নবান্নিদি নুপী অমনা পোক্লম্লগা ঙনতা শিদোকখিবদগী ঐনা ইচামক্তি
খন্দুনা য়োকপনি। ঐবু নুমিৎ খুদিংগী কপহনবা ঙম্বা নবান্নিগা ঐগা পুন্না
লৈমিন্নরোয়। ইংখোল অসি নখোয় অহুম থোক্লা য়েঙ্খোকউ। নবান্নিনা
ঐ শিরগা শোরাৎ শোনবিরক্লোয়। ঐ শিরগা শোরাৎ শোন্নবা লম পিরো।
ইমাগী ব্রা অদুদা মখোয় ইংখোল য়েন্নররোয় তৌরে। অমুক নমদুনা ইমানা
ইংখোল অদু অহুম থোক্লে। ঐগা ইমাগা অঙাংশিংগা ঐখোয় মঙা চারি।
ইমাগী মতৌ অসি উরগা, মীনা ঐবু নংগী নমা নত্তে হায়রবসু, করম্না
নত্তে হায়গদগে ? ঐনা মচাশিংদগী খ্বায়দগী নুংশিবা মচা ওইরি।

নোংমা ঐনা ইমাদা হায়রম্মী—ইমা বাবানা ঐ পুদুনা লাকপদগী
মনিপুরদা অমুক্তা চৎত্রিব্রা ?

ঐগী ব্রাদু তাবদা ইমা খংপ্রেক খংলম্মী অদুগা কপথোরক্লে। ইমা
নুঙায়তবা তৌগনু। ঐ অতোপ্পা শাগৈগী ইমুংনি খংবদগী ইনাওশিংনা
ঐবু ব্রাখল তৌনবা হোৎনবনি।

ইমানা কপ্ল কপ্ল ঐঙোন্দা হায়রম্মী— ঐনা নপা ইবুঙোদা অমুক্তদি
মনিপুরদা নংগী শাগৈ নাতে উনরুসি হায়বনি। অদুবু মানা ঐ মফম অদুদা
থা ৩/৪ অঙাউবা ওইখ্রবনি। মফম অদুদা ঐগী ইশক অসি অমুক উৎপা
ঙম্মরোয় হায়দুনা শুক্কচৎ চৎসি য়াখিদে।

হকুম ঈশিং চাউবদা চে-চাং পুম্লমক য়ুমদা শাগায় শারগা থাঙ্গৎলম্মী।
ঈশিং হম্থ্রবা মতুংদা ইপানা পারম্বা লাইরিক ময়াম লোয়শিল্লম্মী। ঐগী

মিৎনা ইংখোলগী পট্টাদা তারুরে । ইপুগী মিংগা ইপাগী মিংগা অনিমক ইবা অমা থেংনবদুদা ঐনা ঙক্তুনা পোইন্ট ১২৫ গী পট্ট অদু ইমাদা উৎলম্মী ।

পট্ট অদু উহনবদা ইমানা নিংশিংলকপা অমা লাকখি । ইমানা- নখোয়বু পোকপা অহল (দেবরাজ) না যুম অসিদা শুম লৈরবদি ঐবু মীনা য়াওং ইনবা (নিঙোল মব্রা) হায়বা মিংথোল অদু পিরগনি । ইনেম্বোক্কা ইকুবোক্কনা য়াবিরবদি ঐ ইংখোল অসিগী মমল তংখায় অমা হঞ্জিঞ্জরগে" হায়বদা ঐগী ইপা ইমানা "ঐখোয়গীদি ইচা অনি শুজবা নত্তে; পুম্নমক ইচাগীনি । নঙোন্দা লোয়না মিং ওনশিনবিরগে" হায়নখি । "ফরেদা হৌজিক ঐনা ননাওশিংদা পট্ট অসি উৎপদা মখোয়গী অশাওবা মাংখ্রগনি । নখোয় অমগা অমগা নুংশিনরনি' ইমানা হায়খি ।

নোংমা ইমানা ইনাও অনিগী মমাংদা পট্ট অদু পুখোক্লগা 'শি অমুক্তা অরুবা চে মাল্লি নখোয়বু করিনো য়েংউনে, হায়রম্মী । মখোয়না চে অদু পায়রগা য়েংবদা খংলে মসিনা তাকপদি ইমা তিন্নদ্রবকু ইংখোন্দি ঐখোয় অহুমগীনি ।

অমুকখক ঐ মরুপ অমগী মচাগী বার্থ দেগী থৌরম অমা য়াওবা চৎলম্মী । চহি ১০ মুক শুরবা অঙাং নিপামচা অনি অদু ফাইবোক ওইবগী বার্থ দে পাংথোকচবনি হায়না মপানা ঐখোয়দা হায়রম্মী । ঐখোয় ৩০ মুক্তা তিল্লম্মী । ঐখোয় খুদিংমক্তা লফোই, ক্ষীর, শেম, হৈ মহি, পিজ পিথক তৌরবা তুংদা কোরিগী যন্ত্র অমমম মচাশিংদা শিবিরম্মী । অসুম্না ঐঙোন্দসু চহি ১০ মুক শুবদা ইপানা ঐঙোন্দা শিবিবা অদু নিংশিংলক্তুনা ঐনা ঐগী ঙকশমদা শিবা যন্ত্র অদুদা য়েংলম্মী ।

যন্ত্র শিবিবা উবদুদা ঐগা থংননা ফম্মিন্নবা অহল ওইবা অমদা যন্ত্র অসি শিবিবগী কান্নবা করিনো হায়না ঐনা হংলম্মী । অহল অদুনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা "যন্ত্র অসিগী মনুংদা চে অমা য়াম্না পিক্লা তাশিল্লগা য়াওরি । চে অদুদা মচাগী মমিং, মমা মপা, লৈফম ই । করিগুম্বা অঙাং অমা মাংলবা নত্তগা লম্মাংনদুনা লৈরম্লবদি, মাগী মঙক্তা যন্ত্র শিবা উরবদি যন্ত্র অদু হাংদোক্লগা য়েংবিয়ু হায়রিবা ইবুঙো নংগী ঙকশমদা শিরিবা অদুগা অমত্তনিদা" হায়রকখি ।

ঐ শ্বায় লাউরম্মী । খুদক অদুদা ঐগী ঙক্কী লং অদু থদত্তুনা, ঐগী যন্ত্র অদু হাংদোক্তুনা য়েংনিংঙম্মী ।

নুপা মচা খর থোরক্তুনা জগোয় শারম্মী । নুপীমচা খরসু অমুক জগোয় শারম্মী । মী খর হৌগত্তুনা অঙাংশিংদা শেল থারম্মী । ঐদি শেল য়াওদবগা, যন্ত্রদা করি য়াউবগে খংনিংবগা অনিনা ঐবু য়ুম তান্না পরপ পরপ চংহল্লম্মী ।

ঐগী ঙক্তা পুল্লিবা লং অদু কাটিনা চপথৎনিংবনি অদুবু অমুক হন্ন শিবা য়ানবা খন্দুনা আলপিন অমনা তপ্ন তপ্ন কোমহন্দুনা লৌথোক্লে । হিদাক্কি বোম গুলিগুম হুকচিনবা অদু শম্ভোক্লগা য়েংবদা ইঞ্চি ৩ শাংবা ইঞ্চি ২ মুক পাকপা চে মচেৎ অমা য়াউরম্মী - মিং মহেশ, মমা রমনী দেবী, মপা থৌদাম দেবরাজ, লৈফম- খুরায় তুরেল ৱাঙমা, ইম্ফাল, মনিপুর ।

ঐ হৌজিক অতৈ অমা খন্দে; ঐগী ঙক্তা শিরিবা যন্ত্র অসিদা ইরিবসি করিনো; অচুম্বরনে ? লৈকায়গী অহল অমা অনিনা ফাউবা হায়রিবনি 'নং মনিপুর মচানি নপানা পুরকপনি' । অদুমক্তদা ঐ পাংদবদগী চত্তুনা লৈরি । হৌজিক খুত্তসু শেল অমত্ত লৈতবা ।

বড়জাওনা মাবু নুংশি- - - -মীঙোন্দগী শেল হাংপা ঙম্বা মী নত্তে খনখি । অদুনা মানা মহেশতা হংলম্মী - - - -নং শেল কয়া পুরগা মনিপুর চংনিংঙি ?

মহেশনা হায়ফেৎ খল্লগা হায়রম্মী— লুপা ২০০ নদি য়ানি মাম্মা । যন্ত্রদা ইরিবা য়ুম্নাক লৈফম মিংশিং অসি মফম অদুদা লৈরমদবা থোক্লবদি ঐ 'কদায়'দা অমুক চংকনি ? মীগী মরম অদুদা ঐ কোয়চৎ চত্তুনা হংবা ঙম্মোয় । লৈতে হায়রগা কোক হুল্লক্কনি । করিগুম্বা লৈরম্বা থোক্লবা ইমুং অদুদা চংদুনা ঐ থৌদাম দেবরাজ কৌবা নিপা অমগী মচানি । মহাক্তা ইমুং অসিগা করি মরি লৈনবগে ? থৌদাম দেবরাজ কৌবা অদুগা ইমানা রমনী কৌই । নিংশিংবিত্রা খংবিবা কনা লৈবগে ? ঙসিদগী চহি ৩০ রোম শুরবা ৱারিনি ঐনা হায়জরিবসি হায়গনি । মদুদা ইমুং অদুনা মাবু খংবা য়াউরমদ্রবা, নত্তগা দেবরাজগী লন থুম লৌনবা মরৌ লৈনা ৱা ঙাংলক্লবদি ইমুং অদুদা ঐনা করিসু তৌবা ঙম্লোয় । যন্ত্রদা য়াউরিবা ইরিবশিং অসি মিত্রংনি হায়না লৌজগনি । অদুগা ঐ থুনমক মনিপুর

থাদোক্তুনা ত্রিপুরাদা হল্লক্লগা মাম্মাগা ঐগা ইউনিয়নগী লিদর ওইদুনা থবক তৌমিন্নসি। করিগুম্বা ইমুং অদুনা ব্রা খণ্ডবা, মপা মচা মচিন মনাও নুংশিবা খংবা ইমুং ওইরম্লবদি, ঐ মতম খর লৈতবা য়াদে হায়রবদি, হোয় ঐ নুমিৎ ৫/১০ নিদা ওইরবসু মখোয়গী মবুক পেন্নবা লৈরম্লগা হল্লক্কে।

বড়জাওনা খজিক্তং নোকফেৎ তৌরগা হায়রম্মী— য়াম্না পুক ফবা ইমুং ওইরম্লবদি, য়াম্না অচৌ অশাংগী ইমুং ওইরম্লবদি, লন থুম ওপার লৈদুনা ব্রজলালাগুম নুংঙায়বা ইমুং ওইরম্লবদি নং ত্রিপুরাদা হল্লকদবা মান্দে।

মাম্মা বড়জাওগী ব্রা অদু তাবদা মহেশনা নোক্লদুনা হায়রম্মী— করিগুম্বা মাম্মনা হায়বগুম্না ঐ নুংঙায়বা ইমুং ওইরম্মবদি ফনিদা। অদুগা ঐনা সিমদি খংই। ইমুং অদু শঙ্গ তৌবা, শেল থুম খর মখৈ লৈজবা, মচা মশু ফজনা ব্রারকপা, নত্তবদি চহি কয়াগী মমাংদবু ইপানা বি এ ওইফম থোক্কে। মতম অদুদা লাইরিক তম্বা মীগী মশিং য়ামদে। তম্লবসু খর তম্লগা তোকপা ঙাক্তনি। ঐখোয় সিদা তৌবগুম মনিপুরসু ওইরম্মগনিদা।

ঐনা করিগুম্বা য়াম্না ইনাক খুনবা ইমুংগী মচা ওইরবসু ঐখোয়গী অসিদা মহাজন্না ওৎলিবা অসিদি শুক্কাউ কাউরোয়। মহাজন ব্রজলালানা ঐগুম্বা কয়া ওৎ নৈরিবা মীয়াম্বু অমুক্তং শেল মতিক চানা ফংনবা মাম্মাগা ঐগানা লমজিংগনি হায়বসিদি থাজবিয়ু।

বড়জাওনা মখোল থোক্লা নোক্লম্মী অদুগা ফুরিৎখাওদগী লুপা ২০০ (চনি) পুথোক্লগা মহেশতা পিরম্মী—অদুগা হায়রম্মী—সে শেল অসি লৌ অসিনা ওক্কনি হায়বদায়। নং থুনা চৎথোকউরো ঐ মী খোম্বা হৌরবনি। নং হল্লকপদা ঐ মী খোম্বা লোয়রম্লগে।

মহেশনা বড়জাওদা, তিঙক তিঙক য়েংদুনা বড়জাওগী খুত্তগী লুপা চনি অদু লৌশিল্লগা হায়রম্মী—মাম্মা, মাম্মনা পিবিরবা। ফরে ঐ কনাদগী পুরগা চৎসিগে খল্লম্মিবনি। মাম্মাবু ঐ পুন্সি অসিগী কাওজরোয়।

## ৫ (মঙাসুবা)

ইং ১৯৫২ দা পোকপদা ঙায়রিবা মচাগা মাংখ্রবা অফিসার দেবরাজগী মরি মখোং থিনবা অঙাং অদু (মহেশ) না ত্রিপুরাদগী ইং ১৯৮২দা সিলচর

অদুদগী ইম্ফাল য়ৌবা টিকেৎ কক্তুনা গাড়ি কাখৎলম্মী । মসি মঙোন্দদি মঙগুম থোক্লম্মী । মমায় শোনবা, মীরক মীচনথি ওইবা, মমান্নবশিংগুম্না ঙাওশিন ফৈশিন্নদবা, থবক থোইদোকপা লৈত্রবদি মপান থোক্তবা মমানা হুঞ্জিল্লকপদা মাবু হেক্ত হংবা, মনাও অনিবুনা কয়া হংদবা, খর চৎথোক্লুরবসু মমানা থীরম্মনি খন্দুনা ময়ুমদা থুনা হুঞ্জিল্লকই । অদুনা মহাক লমগী মরমদা করিমতা খংদে । খংবা নত্তে । মফম খংনা লাইরিক তম্বা, মফম খংনা থবক অমা তৌখি খংলবদি মমানা মা উদবদা নুঙায়তবা তৌদে । অদুবু মহাক মপা মপুগী মরি থিদ্রবদি যন্ত্র শিবিরম্বগী অর্থ লৈতে খন্দুনা চৎলিবনি । হৱা গাড়ি তোংনা তোংনা মহাক হৌজিক্ত নুঙায়রকত্রে । মনাওশিংগা হন্দক মরক কৌনদবদুদা মখোয় মখোয়গী যন্ত্রদা করি ইবগে য়েংউ হায়নিংবদো হেক হায়খিদ্রে । মদুদা মঙোন্দা ইরম্বগুম্না মহেশতি মনিপুর মচানি হায়রমগদ্রা মদুমক্তি .................. । মখোয় ইমা অসিগী অশেংবা মচানি- - - - ঐনা তোঙাল্লি ।

অসুম খন্ন খন্ন লাকপদা মহেশ ইম্ফাল য়ৌরম্মী মশা নোয়রপ তৌবা খ্বায়রম্বন্দ বজারদা দুকান ফম্বা অহল অমদা 'খুরায় তুরেল ৱাঙমা' য়ৌগদবা গাড়ি কদায়দা পার্কিং লৈবগে হংলম্মী ।

অহল অদুনা তাকপিরকপগী মতুং ইন্না গাড়ি থিরগা গাড়িগী সিট নুঙায়গদবা য়েংলগা ফম্লম্মী । খুরায় ৱাঙমা য়ৌরগা ঐ কুমথজগনি । মদু য়ৌবা খর তাকপিরকউ ।

মহেশ গাড়িদগী কুমথরম্মী সড়ক মপান্দা অহল অমা মথন্ত ফমদুনা লৈবদু মহেশনা উরম্মী । মঙোন্দা মহেশনা থৌদামগী থোঙ্গাল তাকপিয়ু হায়জরম্মী । অহল অদুনা মখুৎ থিন্দুনা থোঙ্গাল তাক্লম্মী ।

মহেশনা উরম্মী; সড়ক্তা তায়নবা ইংখোল ফুট ১৫০ শাংবা চেক্লা খাজিনবা, মনুংদা মথোন তরেৎ ৱাংবা বিলদিং অনি লৈবা, থোঙ্গাল অদু য়োৎনা ৱাংনা থাবা, নাকল অনিদা ইলেক্ট্রিক বলব অনি খিনবা, য়োৎপাক্তা (থোঙগী) বিৱয়ার অফ দোগ' থাবা ।

সড়ক্কী মতায়দা লেপ্লগা মহেশনা ইংখোল অদুদা য়েংশিল্লম্মী । মহাক থোঙ্গাল অদুদা চংবা কিরম্মী । অদুদগী মহাক অমুক হন্না অহল অদুগী

মনাক্তা লাক্লম্মী । অহল অদুনা মঙোন্দা হায়রম্মী - "করি তৌরে নং চংদ্রদে" ?

মহেশনা অহল অদুদা নোকমি নোকমি তৌনা হংলম্মী - খুল অসিদা মখোয় নত্তবা অতে থৌদাম লৈত্রব্রা ?

অহল অদুনা 'সিদদি ঐখোয় নত্তনা অতে থৌদাম লৈতে । নং বার্টন কদায় ঐঙোন্দা পিরম্মু য়ানি' হায়রকখি ।

অসি হায়রগা অহল অদুনা মকোক্তগী তুপি লৌথোক্লম্মী । অহল অদুনা তুপি— লৌথোক্লগদি মপা দেবরাজ য়াম্না মাল্লম্মী । মহেশ শ্বায় লাউরম্মী মহাক ঙায়হাক্তং ব্রা ঙাংবা ঙম্লদে । মমিৎ ইরা চেল্লদুনা খোঞ্জেল তনিক তনক্লা ব্রা ঙাংবা হৌরম্মী ।

— তাবিয়ু ইপা ইবুঙো, খুরায় তুরেল ব্রাঙমা কৌবা লম অসিদগী থৌদাম দেবরাজ কৌবা নিপা অমনা মাগী মচা থা ৩/৪ দা ঙায়রিবা অঙাং অমা পুদুনা লাক্লগা অসাম ফাউদুনা ত্রিপুবাগী ধর্ম্মনগর ফাউবা ত্রেন তোংদুনা লাক্লগা অমুক সড়ক লমজাউদা অঙাউবগী মতৌগুম নুংশাগী মৈশাদা চাদ- থক্তবদগী মশা অদু চথম্লখিদুনা গ্যান মাংনা সড়ক ময়ায়দা অঙাংগা তুথখিবা মী খরনা উরম্মী ।

লম্বীগী মতায়দা ফম্লম্বা অহল অদুনা মহেশনা হায়রিবা ব্রাশিং অদুদা পুক্লিং চংনা তারুদে । অদুবু অঙাং অসিনা 'দেবরাজ' পনখিবা অদু করিগীনো খল্লকখি মানা অঙাং অদুদা হায়রম্মী - করি হায়বা দেবরাজ হায়বা ! অমুক হায়য়ু তাহৌদ্রে ।

—মহেশনা ইনৌ নৌনা ব্রারি অমুক তৌরম্মী মীশিংনা সড়ক্তা তারিবা নিপা অদুদা ঈশিং হন্ন হন্ন হৈজিনবিরম্মী । কপ্লিবা অঙাং অদু লৌথোকপিরম্মী ।

থৌদাম দেবরাজনা পোরকপা অঙাং অদুবু য়োকপিবা থোইবীবু দেবরাজগা লুহোঙলম্মী ।

ব্রা অদু তাবদা ইন্দ্রমনিনা খংলাউ লাউরম্মী 'হৌজিক দেবরাজ হিংলি অদুগা নহাক্লা কনানো' ?

মহেশনা ইংনা তপ্না মমিত্তা পিগী ইরা চেন্দুনা অহল অদুদা খুরম্লগা হায়জরম্মী । ঐ মানা পুখিবা থা মরিগী অঙাং অদুনি ।

"লাউ ইবুঙো ঐগী ইতুং ইল্লকউ" অসি হায়রগা ইন্দ্রমনিনা ম্নোংকী খোঙ হাংদুনা চংলক্লে অদুগা শুমাংদা লেপ্লগা লাউরম্মী—"মমা, মমা থোরকও, ইনাও য়াইমা দেবরাজ হিংলি, অঙাংসু মীনা হুখিবা নত্তে, অঙাং অদু অসিনি ।

ইন্দ্রমনিগী হৌরবা খোঞ্জেল অদুনা বিলদিং মথক- মখাগী কা খুদিংদা চংলম্মী । অরৈবা মীশিংগী মনাকোংদা য়ৈস্ত্রে । কাদুদা ঙংলি, দেবরাজ হিংলি, অঙাংসু মীনা হুখিদে, অঙাং অদু অসিনি ।

শুমাংদা শান্নবা অঙাংশিং কাদ লাইরিক পাদুনা লৈবা পাখং মচাশিং, লৈশাবী মচাশিং চপ চপ লেপ্লম্মী । মখোয় খরনা বিলদিং মথক্তগী য়েংথরক্লম্মী, অদুদা উরি, শুমাংদা মপু অদুগা অতোপ্পা নিপা অমাগা অঙাংশিংনা তুমিন্না নিপা অদুদা য়েংবা ।

মপান (মাঙ্গোন) দা লৈরম্বদগী ইমুংদা চংগে তৌবা, মাগী নুপাগী অকনবা অহৌবা খোঞ্জেনগা লোয়ননা হায়খিবা দেবরাজ হিংলি, হুখিদে, অঙাং অদু অসিনি, হায়বগী করিনো খংনিংবগী মতৌদা শুমাংদা য়েংথোরক্লম্মী । চাউবিনা মখ্বাং কোলি কোলি তৌরদনা 'কদৌবা মপা নংনা হৌজিক হায়খিবদুবো ইনাও অদু হিংলি হায়খিবা নত্রা করিনো নংবু মঙলা ঙাওলিবদুবো' হায়রম্মী ।

ইন্দ্রমনিনা মহেশ য়েংলগা "ইবুংঙো নংগী হৌজিকী ৱারিদো অমুক্কা তৌ" হায়রম্মী । মতম অদুদা নুপী মীয়ায় চল্লবি অমসু য়াউনা অহল অহুমগা অঙাং ময়ামগা শুমাংদা পুল্লরে । মহেশনা হিক হিক তৌদুনা কপ্লগা অহলশিংদা খুরম্মী অদুগা ৱারি তৌরম্মী—ঙসিদগী চহি ৩০ মুক্কী মমাং অদুৱায়দা অঙাং অমা পুদুনা মনিপুরদগী অসাম ফাউদুনা চৎলগা ত্রিপুরাগী ধর্ম্ম নগর ময়াদা অঙাং অদুগা লোয়ননা নুংশাগী মৈশানা সড়ক্তা ৱাম্বরম্মী । মদুবু উহৌবা মী কয়ানা মখোয়দা ঈশিং চায়শিনবিবা তৌদুনা সড়ক্কী ময়ায়দগী য়ুম অমদা পুশিন্দুনা লায়কন্নরম্মী । অঙাং অদু মবুক লাম্বনা কপ্লম্মী । শঙ্গোম পিথক্তুনা মপাগা অঙাং অদুগা মীয়াম্না সেবা তৌবিবদগী ফরম্মী । অদুবু নিপা অদুদি অঙাউবা ওইরম্মী । "অঙাং অসি ঐখোয় য়োকপিরগে নংদি চৎশ্রো" হায়বদা চৎলমদে হায়নৈ । মহাক অঙাং লৈবা মফম অদু থাদোক্তুনা চৎলু হায়বা য়ারমদে । মহাকসু শঙ্গোয়

মচি অমা খাজিন্দুনা থম্বীরম্মী । মহাক অদু ঐগী ইপা ইবুঙো থৌদাম দেবরাজনি অদুগা অঙাং অদুনা ঐনি ।

চাউবীনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লগা "ঐগী ইনাওদি কদায়দা লৈ" হংলকখি অদুগা মখা তারম্মী "মপামক্লা হেক হুদুনা অঙাং অদু পুবকো ! অওইবা ওইরিদ্রা ওইদবা ওইরিদ্রা ! মপা করিনোনে হায়রিবা ব্রা অসিবো ! মাংখিবা কুইরবা ইনাও অদু করি চাদুনা হিংলম্লিবা ! অঙাং অদুসু ঐখোয়মক্তনা থা ৩/৪ কয়া ব্রাখ্রবা; ইমুং অদুনা কমদৌনা য়োকপিবা ! মঙলা হারা খংদ্রেদা নংবু করি পিজদুনা চাউরকপগে"? চাউবীনা মমিত্তগী মপি তৈথোক তৈথোক্লা মহেশতা হায়রম্মী—নংগা নংগী নয়াম্বা নঙোন্দগী থা অনি হুনবগা ঐনা পুল্লপ নাওকোম্বনি । নোংমা নহাক ফমুংদা লৈরমদে । "ইবুঙো লাউ ইমা কোনগে লাউ, ইমা পোগে লাউ । নংবু দেবরাজগী মচাদুরনে, অওইব্রানে ? ইমাগী ইবুঙো, নংগী হাক্তক্তা নং মাংখিবদগী ইমাদি শিরুরবনি, ডাক্তরনা হিংহল্লকপনি ।

"নপাদি কদায়"

মহেশ খুম্বা ঙল্লমদে

অমুকসু মমাহন্না "ঐগী ইনাওদি কদায়"?

মহেশনা মপি তৈথোক্লগা খুল্লম্মী— ইমাবোক, ঐবু পোকপা ইপা ইবুঙো দেবরাজদি লৈখিদ্রে । মহাক্লা তাইবংপান থাদোক্লমদায়দা "ঐখোয় মনিপুরদগীনি লৈখিদ্রবী ইমাগী মিংনা রমনী কৌই, থৌদাম দেবরাজ খুরায় তুরেল ব্রাঙমদগীনি হায়রম্বনি ।

অহন্না (ইন্দ্রমনি) হায়রম্মী— নংবু পোকপা নপা অদুগী মখাদা ইনাও দেবদত্ত কৌবা পুলিস S.P. (এস, পি,) হৌজিক হৌজিক ত্রিপুরাদা লৈ । নংবু পোকপা নমানা ব্রাদনবা মঙোন্দা ফোন তৌদুনা উনহনগে ।

মপম্থৌ ইন্দ্রমনিনা মনাও অতোনবদা ফোন তৌখ্রে । খুদক অদুদা আগর্টলাদগী পুলিস এস, পি, না হায়রক্লম্মী— তামোচৌ মহাক মশাবু ঐঙোন্দা এদ্রেশ পিহল্লকউ ।

মপম্থৌনা মহেশ য়েংলগা হায়রম্মী— ইবুঙো, নং অসি পায়রগা নংগী নখুরাদা নংগী লৈফম খোংফম নমা নমিং লোয়না হায়য়ু' হায়রগা ফোন পিরকখি ।

মহেশনা ফোন পায়রগা হায়খি— অনকল ঐগী ইমিং মহেশ কৌই। ধর্ম্মনগর মনাক্তা লৈবা মুঙ্গোর ভিলেজদা লৈ। ঐগী ইপাগী মিং দেবরাজ, ইমাগী মিং কুমাম নিঙোল থোইবী, থোইবীবু পোকপা খোঙনেম- - - হোয় মহাক ধর্ম্মনগরগী রেলৱে ষ্টেসন্দা থবক তৌরম্লগা পেন্সন লৌখ্রে।

থমজরগে, থমজরগে।

মথংগী নুমিত্তা টেলিফোন লাকখিদে।

নুমিৎ হুম্নি শুবগী অয়ুক্কী পুং ১১.৩০ দা ফোন লাকখি। ফোন অদু অহল ইন্দ্রনা পায়রম্মী। মাদি ফোন লাকপা ঙায়বদা ৱাজরবনি। মানা মওন মওন খল্লি। মমাহনসু অদুম তৌরম্বা য়ায়। নুমিৎ ১০নিমুক্তা ঙায়রিবা মচা হুন্দোক্তুনা তাইবংপান থাদোকখিবদা ইনাও অদু চাগনি থক্কনি খংদনা লৈরম্বনিদো। থা অনি অহুম য়ুমদা হঙ্গিল্লকত্রবনি। অদুদগী থা মরিমুক সুরকপা ফমুংদা শুম্বা অঙাং অদু মীনা হুখিবনি। মশক উখিদ্রবা দেবরাজনা মচাবু ফমুংদগী পুখিবা কনা অমত্তনা খংহৌদ্রবনি। মখোয় অহুম পুল্লপ থা ৪ গী মনুংদা মাংখিবদা থৱায় নুঙায়তবদগী হোস্পিটাল্দা লায়েংদনা কপতুনা লাউদুনা কানা পুনবা ঙম্মুদ্রবা মমাহল অমুক ঙাউরক তোকঅরনি। অশেংবা খংদ্রিবগী ফরিবনি। অওইবা ওইরিদ্রা, মহোয়গী ভুংকা হায়বদুরা। অদুবু মাগী মশক, মাগী ৱাহৈ খোনফম অকিবা তুজুংবা য়াউদবা অসিদা করম্না ওইরোইদৌরিবা। মী অমানা ফন ফজনা প্লান তৌদুনসু হেক ওইবা য়ারোয়দা। শোয়রোয় মসি ঐগী ইনাও দেবরাজ হিংলি। অঙাং মহেশ হায়বসে ইনাও অদুনা পোকপনি। অসি খন্দুনা ফোন লাকপা ঙায়দুনতা লৈখ্রবনি মাদি।

ফোন লাকপগী মখোল তাবদা পোনাল মথক মখাদগী মচাশিং মশুশিং লোয়না ফোন কোয়শিল্লয়ে। মহন্না—হেল্লো, আদগী দেবদত্তনা —তামোচৌ, অঙকপা ৱারিনি। ঐ কোন্না য়ুমদা লাকপদা তম্লগে। ধর্ম্মনগরগী রেলৱে ষ্টেসনদগী মপা নারকপদগী তামোয়ায় ফোর্স রিটায়ার্ড তৌজখি নখোয়গী ননাক্তা লৈবা মহেশ হায়বদো ঐখোয়গী থা মরিদা ঙায়খিবা অঙাং অদুনি। ঐ ইশামক মখোয়দা চংদুনা ইতৈমা য়াইমাগা ইচাশিং অনিগা মফমসিদা পুখায়মুক ফম্মিন্নদুনা লৈ। ঐনবু মখোয়দা নখোয় থৌদামনিকো কুমাম নত্তেকো হায়না ফাগি তৌই। 'ঐ মতম খর মফমসিদা লৈগনি। নখোয়গী নুঙায়তবা পুম্নমক ঐঙোন্দা তাক্লক্কদবনি' হায়জরে।

ত্রিপুরাদগী ফোন্দা পাউ পিরকপদগী মহেশপু অমুক্কা হেন্না লুন: তৌবিরে। অনৌবা মী লাকফম চাফম তৌবা ক অমা, তরু তনান্না মিরা লৌথোকপিদুনা মনম নুংশিবা ফিনাইল চায়বিদুনা, থোঙনাউ মরাং কায়: হাংদুনা, অঙৌবা ফি থাবা তেবল মথক্তা লিক্লিগী লৈসু হৌবা গন্না মচ মচা থমদুনা অদুদগী অনৌবা ইংলিসকী জর্নেল ২/৩ সু থম্বিরিবা ক অমদা মহাক লৈহল্লম্মী। মহাক ঙক্লম্মী। মহাক মশামক চাউথোকচরম্মী ইনাকখুল্লি হায়রিবা ব্রজলালামক্না মাগী শাগৈগী মপা মতোনমুক নুঙাইব নত্তে। মহাক ইমুং অসি য়ৌরকত্রিঙৈদা ব্রজলালা মহাজনবু য়াম্না কিরম্মী: করম্না মানা মখোয় থবক শুবশিংগা থেংনগদগে হায়না। খুৎকন পাঙ্গনব ইমুং অমা ওইরম্বদগী অপিকপা ব্রাখল, অপিকপা পুকচেন পুম্নমক মাবু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। বড়জাওগা পুল্লগা শিন্মীগী ইউনিয়ন শেমদুনা লান্দবদা মখোয়না ঙমগনি খল্লম্মী।

"ঐ অশেঙবনিকো ঐ মঙগদি নত্তে। ওহ্বোক্লা লায়রবা ফিবম চাদনা লৈবা ঐবু, শাগৈ জাৎ চাউবা নুঙায়বা ইমুংগী মচা ওইরম্লবা। অঙাউবা ইপানা থা ৩/৪ তা ঙায়রিবা ঐবু পুদুনা চেল্লিবা করিগীনো ঐ নুমিং ৩/৪ নি ঐবু মানা করি পিজরমগনি।"

ত্রিপুরাদা ঐবু লৈশাবী অমনা মমা ওইবগী নুংশিবা অদু চেল্লমদুনা ইমাগী মনবীগী মখোম পিথক্তুনা ঐবু ব্রানা য়োকপি থাকপি তৌবিরকই। ইমাহোয় অবোক হোয়না 'ইবুঙো নং চৎখ্রো হায়বদা মানা করিগী চৎত্রিবা? করিগী চৎকনি। অসুক ব্রানা মনিপুরদগী পোদুনা পমদুনা পোব্বক্লগা মীঙোন্দা ইরাই লায়না পিথোক্কদ্রা? মৈ লৈবা মফমদা মঙাল লৈবগুম, মৈশা লৈবগুম ঐ লৈবা মফমদা ইপা লৈবনি। হৌজিক ইমা থোইবী উবদা অদুগা থোইবীগী মতমবাক্তা ঐ লৈবা উবদা ইপাগী মাঙলুরবা থম্মোয়গী নুংশিবা অদু অমুক হল্লকপনি অদুদি হৌজিক মা ঙাউবা পুংফা ফরব্রা? ফৎত্রি, মানা মনিপুর কিরি। মনিপুর পনবদা ঐগী অপোকপী ইমা নিংশিংলক্কনি। নিংশিংলক্লবদি মা ঙাউবা অমুক হল্লক্কনি খল্লি। অদুনা ঐগী ইমানা "ঐ য়ুমগী মৌ হায়বদো ওইরবনি। ইনেম ইকু অমুক্তা খুরমজগে মনিপুর হায়বা লৈবাক অদুদা পুবিরো" হায়বদা বাবানা "ঐনা মনিপুর হেক য়ৌবগা ঙাউবা হৌরক্লবদি নং ঐ কমদৌবা" হায়বদগী ইমানা চৎখ্রিদে হায়কো।

মপন্থৌগা ত্রিপুরাদা লৈবা মখুরাগা বারি শান্নবা মতুং ...
মহেশকী খুত্তা মন্দোমচানা লুপা লিশিং অমা পিরগা হায়রম্মী- 'ইবুঙো মহেশ নংনা চানিংবা চানবা চৎথোক খোংতোকপদা খরচ তৌনবা পিবনি। ইচাশিদি মসি লোয়রগা অমুক হায়রকউ" ।

দিসেম্বরগী তাং ১২ নুপীলাল নুমিত্তা পাখং নন্দো কৌবা অমনা 'ইন্দোমচানা ঐ কৌবিবু করিগীনো' হংবা লাক্লম্মী নুপী অদুনা নন্দোদা 'ত্রিপুরাদগী ইচা নুপা অমা লাকই। মাগা লোয়ননা খ্বায়রম্বন্দ কৈথেল য়েংমিন্নরুচো' হায়রম্মী। নন্দোগা মহেশকা লোংগানি। নন্দো অদুক হাক্লা মরল লৈবা ইমুংগী মচা ওইরমদে, মহাক চহি অনিগী মমাংদা এম, এ, লোয়খ্রে।

নন্দোদি পৃথীবিগী ইতিহাস নৈনৈ। দেমোক্রেসিগী মঙ মঙখিবা পৃথিবীগী ফিলোসোফর পুম্নমক্কী মমিং খংলম্মী। অদুদগী সোসিএলিজম কম্যুনিজমগী য়ুমফম থোনবা ১সুং শাগৎপা কার্ল মার্ক্স, এঙ্গেল, লেনিন, ফেদেল কাস্ট্রো, ভগত সিং, ইরাবত অসিনচিংবা মানা খংদবা য়াউদে। ২০ (কুনশুবা) চহিচানা চংলকপদা পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্লা মনিং তম্লিংবগী লানফমদা চোংশিনবা মতমদুদা মনিপুরদসু ইরাবতনা নিংতম্লিংবগী ইহৌ শাগৎখিবা পুম্নমক মহাক খংলম্মী।

পৃথিবীগী অনিসুবা লাঞ্জাউগী মতাংদা মমান্নবশিংগা খন্না নৈনবদা জর্মনী, ইটালি ১সুং জাপানগী লিদরশিং (AXIS) বু মহাক্লা য়াম্না শাউরম্মী। পৃথিবীগী মীওইবা জাতিবু মখোয়গী মীনায় ওইনবা, মখোয়গী লল্লোনফম ওইনবা শরুক অহুম থোক্লা খায়দোক্কুনা য়েন্নগে তৌখিবা করিগীনো। লাল অদুনা পৃথিবীগী লায়রবা লৈবাক মচা কয়াবু লৌশিন্নবা হোৎনবদা অমাং অতা থোকখিববু মহাক নুংঙায়রমদে।

নন্দোনা মহেশকী কাদা চংলকখি অদুগা হংলম্মী —

নহাক ত্রিপুরাদগীনি হায়বা; করি মিং কৌবিবগে ? ষ্টদি তৌদ্রব্রা মহেশনা ইশম শম্না খুল্লম্মী- মানি ঐ ত্রিপুরাদগীনি। মিংনা মহেশ কৌই। বি, এ, দনি অতৈ অমা চৎথদ্রে।

নন্দো- ঐখোয় ইন্দোনচাগা নখোয়, ইমুংগা করি মরি ?

মহেশ- নহাক্কী ইন্দোনসি ঐগীসু ইন্দোনচানি।

নন্দো — হায়বদি—

মহেশ— ঐ মখোয় ইমুংগী মচানি । নং ঐনা খংদবা ৱারি অমা লিগে— ইমুং অসিদা ইপু ইবেন লৈরম্মী । মখোয় অনিনা মচানুপা অহুম পোক্লম্মী । ইন্দ্রমনি, দেবরাজ অদুগা দেবদত্তা কৌই । ইন্দ্রমনিগা দেবদত্তাগা নহাক্লা খংই । ময়ায় দেবরাজ কৌবা ঐগী ইপা অদুনা ঐ হেক পোকপগা ইমা শিখিবদুদা ঙাউদুনা ঐবু লোন্না পুখোক্লুনা ত্রিপুরাদা চেনখি । ইপা অদুনা শিরমদায়দা এড্রেশ পিরম্মী অদুগী মতুং ইন্না ঐ লাকপনি ।

"ইহে ঐ অমুক্তা তাখিত্রি । থবক্তি করি হোৎনরি ?"

মহেশ—কদায়দগী থবক্লোদা, ইনাকখুনবা মহাজন অমগী চহিঅমা থবক তৌরম্মী । শেল মনা অমত্তা ফংদে । অদুদগী তোক্লুনা লৈরিঙৈদা ইপানা পিরম্বা এড্রেশ থিয়াকপনি ।

নন্দো- অদুন্না হেক তৌত্রো ? থা ১২ গী পিত্রবসু থা ৫/৬ কীদি পিয়ুদনা । নংবু করি চাদুনা লৈয়ু হায়রিনো ? ইনাকখুনবা হায়বা জাৎসে অসুন্না য়াম্না তৌজগল্লি । মীগী মরল হাংলগা নুঙাইবা, মীগী খুং শুমন মৎলগা নুঙায়বা, ঐখোয় মনিপুবদসু য়াম্না লৈ ।

মীগী লমদা হায়রগা কোল কার্খনা, ফেক্টরিদা থবক শুবশিংদা খুশুমন খজিক খজিক্তা পিবনা করোরপতি ওইখ্রিবনি ।

ইম্ফাল সহরগী কৈথেল খ্বায়রমবন্দ য়াম্না পিকই । হোরেন নুমিৎ তারমদায় ইংথরকপা কান্দা কোইসি । ঐখোয়না লেপলিবা মফম অসিদগী অৱাংলোমদা খোয়াথোঙ তাগনি অদুদগী মখারোমদা কৈশামপাৎ ফাওবা চৎলগা লোয়রে । হৌজিক অফিসতা ফমদুনা নুপীলালগী মীতিং তাসি।"

অসুন্না মখোয় অনি ৱারি শা শাদুনা লাকপনা ইরাবত ভবন্দা থাদুনা লৈবা চৌক্রি অহাংবা অনিদা মখোয়সু ফমথরম্মী । মী খরনা নান্দোদা 'নহাক হন্দক মরক ইউ উদে, থবক্কা ফংলব্রা কমরেদ নন্দো । মী খরসু মহাক্কা নমস্তে তৌনৈ ।

নন্দোনা অসুন্না খুমখি - অসুক য়াম্বা অফিসতা ঐগী ফমফম লৈতে ।

সি, পি, আইগী কাউনসিল মেম্বর অমনা 'নহা ওইরিবা কমরেদশিং, মীতিং হৌগদবা কুইদ্রে, করি করি অৱাৎ অপা য়েংশিল্লুচো । চৌক্রিশিং অসিসু লোয়না 'নুপী লাল শঙলেন্দা পুত্রো' হায়রম্মী ।

মীতিং হৌখ্রে । মৌ মচা অমনা প্রেসিডেয়ম মেম্বরশিং কৌশিনখ্রে । মীয়ায় চল্লবী নুপী অমনা ৱেলকম এড্রেশ পিখ্রে ।

"ওনরেবল মিনিষ্টরনা ৱা ঙাংখ্রে

লৌরোক পম্বাদা চাক চানিঙায় লৈত্রবা ঐখোয় নুমিৎ কয়ানি হিংখিনি অঙাংনা চাদবদগী মবুক লাম্বগী কপ্পনা লৈরক কোনশাং চৎপা য়ারমদ্রে । মনিপুরগী চেং মপান্দা থাবিখিনু । ফম্নায়বা নখোয়দা হিংবা য়াগদ্রা?"

মতম অদুদা মহারাজ চুড়াচান্দসু পোলিটিকেল এজেন্টসু মখোয় অনিমক মনিপুরগী ৱাংমদা লৈখি । এসিষ্টেন্ট পোলিটিকেল এজেন্ট মিষ্টর সার্পনা ইমা ইবেনশিং অদুবু নমহত্তুনা গাড়ি থারম্মী । লমজিংবিনবা য়াওদ্রবা ইমা ইবেনশিং অদুনা কছাড়দা লৈবা ইরাবত সিংহবু কৌথোক্লম্মী । পাউ অসি হেক ফংবগা ইরাবত মনিপুরদা লাক্লম্মী । মহাক্না হেক য়ৌরকপগা 'নিখিল মনিপুরি মহাসভা' মীতিং কৌরম্মী ; অদুবু মীতিং যাউবা লার্কাপদবনা মহাসভা অদু উথায়রম্মী । অদুদগী মনিপুর সমেলোনি কৌবা নুপীতগী ওইবা সংস্থান অমা শেম্লম্মী । খুদক্তা সমেলোনিনা মথৌ পাংথোক্লম্মী । মাগী মাগী লৈকায়দা লৈবা ইমা ইবেনশিংনা মাগী মাগী লৈকায়দা লৈবা মিলশিং অদু থবক তৌহনগনু চেং তকহনগনু' অদুদগী চেং তকপা লেপখ্রে । চেং লৈত্রে থাননবা । মতৌ অসুম্না ইরাবতনা ইমা ইবেনশিংগা লৌতুনবগা সর্কারগী ওৎ-নৈবা অদুদগী নাম্থোকচবা ঙম্লম্মী ।

ইমা ইবেনশিংনা ঐখোয়গী চানিঙায় লৈত্রে; চেং থাবিগনু হায়না হন্না হন্না লাউজবদা নিখিল মনিপুরি মহাসভাগী প্রেসিদেন্ট মিষ্টর সাপিনা মাগী শঙ্গিন পায়বা হুইয়াম থাজিল্লক্তুনা নুপী ২৬ পু শঙ্গিন্না থিন্দুনা তমথীনা ঈহিং নাহিং শাহনখি অমসুং তিংখঙ পানবা বুটনা নেত্তুনা ইমা ইবেন কয়া হেদো নাহে ফংলবদা ইরাবতনা সর্কারদা "ইমা ইবেনশিংন চেং খুজোক অমমম পিয়ু হায়জবদা সর্কারনা চেং পিবগী মহুত্তা ঈ খুজোক অমমম ইমা-ইবেন পুম্নমক্তগী লৌথোকখি হায়রম্মী ।

সি, পি, আই, গী সেক্রেটরিয়েট কাউন্সিলগী মেম্বর অমনা ফজ ফজরবা ৱা কয়া ঙাংলি । অদুবু নুমিত্তি তাখিগদৌরে "খ্বায়রম্বন্দ কৈথেন্দি কোন্না য়েংবসু য়ায়, মীতিংদি চহিগী ঙসি নোংমতনি" অদুগা মখা তারম্মী 'মীতিং লোয়বা ফাউবা তারসি । কৈথেন্দি হয়েং য়েংলসি" ।

"ইরাবত অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মীয়ামগী সেবা তৌবা পামজরকখি। মজা ইবেম্মা লৌদুনা নিংথৌগী মমাক ওইদুনা লৈরবসু নিংথৌ ১সুং ব্রিটিশনা প্রজাবু ওৎপদগী মহাক পঞ্চায়েৎ মেম্বর ওইবা তোক্লম্মী। নিংথৌগী ময়োক্তা থবক তৌরকপনা জেন্দা কয়া থম্বীরবনি অদুগা কয়ারক হন্না মরৈবাক্তগী তাম্থোক্লুনা অৱা অনা কয়া খাংদুনা মনিপুরগী ভারতকী ১সুং পৃথীবিগী প্রজা পুম্নমক নুঙায়নবা হোৎনবিরম্মী। মহাক হৌজিক ঐখোয়গী ইরক্তা লৈত্রে অদুবু মানা নিঙঙম্বা ইদিওলোজি অদু ঐখোয় ঐখোয়গী শিংলিদা ঈ মরিক অমমমদা ওইরবসু য়াউননবা হোৎনমিন্নসি"।

ভোট ওফ থেংস পিরে।

হৌজিক মীতিং লোয়রে।

মীতিং মফমদগী থোরক্লগা মখোয় অনি হোটেল অমদা চংদুনা চা অমমমগা অচাপোৎ অমমমগা চারম্মী। চাবা লোয়রগা নন্দোনা মহেশতা হংলম্মী— নখোয়দা নুপীলাল থৌরম পাংথোকপ্রা?

মহেশ— "পাংথোকই কুমারঘাটতা অতৈ মফমদদি খংদে।

নন্দো— "নহাক্লা লৈবা মফমগা কুমারঘাট কা কয়াম লাপ্নবগে?"

মহেশ—"য়াম্না লাপনৈ।

নন্দো— "অদুক লাপ্নবদা করম্না খংলিবা"?

মহেশ— "ঐ অদুদা লৈরগা লাইরিক তম্লকই অদুননি"।

নন্দো— "নহাক্তি তাবা চৎপ্রা।"

মহেশ— "কমুনিষ্টকী, কঙ্গ্রেসকী, পার্টি কয়াগী মীতিং ঐ অমুক্তা তাদে।"

নন্দো—মীওইবা অমনা লৈফম, চানবা, ফিরোল দকার ওইবগুম মসিবু ফংনবা তানবদা রাজনিতি, ধর্ম্মনিতি ১সুং অর্থনিতি অহুমসি চংঙি। মখোয় থাদোক্লবা য়াদে। নংনা রাজনিতি য়াউদবদা নংগী শরুক মীনা লৌথিনি। মদুদা অর্থনিতি ১সুং ধর্ম্মনিতি য়াউজখ্রবনি। নহাকসু নখোয়গী লম অদুদা হনখ্রগা কম্যুনিষ্ট ওইরুগদবনিকো।

মহেশ- ঐ হৌজিক ভাব খর খর তারক্লে। ঐ খংদদুনা তৌবনি। বঙ্গালি মচা, ত্রিপুরিশিং অতৈ অতৈ ত্রাইবেলশিং হেক হেক নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিন্দা তিন্নৈ। মখোয়না তৌরিবদো ঐনা অতনবশিংগী

য়ারিনি লৌখি । মখোয়না ঐঙোন্দা হায়খি- ধর্ম্মনগরগী নহারোনশিংনা মা মাগী লৈজবা শেল পুথোক্লরগা বেঙ্কতগী শেন্দোয় পিক্ল শেল লৌথরগা থবক ফজনা তৌনখ্রে । মখোয়না মদু হায়বা মতমদুদা ঐনা য়াখিদে । হৌজিক নহাক্লা হায়রি পুন্না তৌমিন্নসি, লায়রবা ঐখোয়খে পুনশিন্নবা ফৈ । ওসি ইনাক খুনবা মী হায়না লৈরিবসি লায়রবা ঐখোয় ময়াম্মা শুবিবদগীনি । মহাক অদু লায়রহনসি হায়বসু ঐখোয়গী খুত্তা লৈ । ঐখোয়না মাগী থবক তৌবিদ্রবদি মা মশা ইনাক খুনবা ওইহ্রোয় । লায়রবা ঐখোয়খৈগী ইউনিয়ন অমা লৈতবা য়াদে ।

ইশম শম্না হায়রবদা ঐখোয় খুনগী অকোয়বদা লৈবা লৌশিং পুন্নমক ইনাক খুনবা মখোয় খরতগীনি । মখোয়গী লৌ অদু হন্দক চহিসিদা লৌশাল পিগুমসি হায়না ঐখোয়না চপ মান্ননা মাগী ময়োক্তা লেপ্পদা মা করি তৌবা ঙমগনি ? অদুদগী শাউগৎনরবসু মাগী লৌ কনা অমত্তনা উবা য়ারোয় । মাগী লৌ উবা মী খুন্দা লৈহল্লোয় । মাগী লৌ কনা অমত্তনা লৈবা য়ারোয় । অসিনচিংবা য়াফম কয়া অদু তৌবা ঙম্নবগী শক্তি লৈনবা ঐখোয় তিন্নবা চংঙি, আইন কানুন খংমিন্নবা চংই ।

ধর্ম্মনগরগা ঐখোয় খুলগা নুংশিনরম্লবদি ঐখোয়সু ধর্ম্মনগরগুম চাউখৎলগদবনি । মমাংঙৈগী অহনশিংনা ষনজাবুং অমা খুল অনিসিনা মুন্নরম্মী । মদুগী খৎনবদা মী শিবা য়াউনখি । হৌজিকী নহারোন্নদি অদুক কন্না য়েংথিনবদি নত্রে । ষনজাবুং অদু খুল অনিমক চংহনখিদ্রে । ধর্ম্মনগরদদি কম্যুনিষ্ট য়াম্না কল্লি । ঐখোয় খুন্দদি কম্যুনিষ্ট লৈত্রা লৈতত্রা ঐ মুন্না খংজদে ।

ধর্ম্মনগরগী প্রজাশিংদি লোয়নমক চাবা থকপা য়াত্রে । যুম্লে কৈরৈ ফজখ্রে । মখোয়গী লবুকশিংদা লৌ লোক্লবা মতুংদা পোৎ-চৈ ইনশাং নাপী থায় । শা ষন পাদোক্লদে । করিগুম্বদা ঐখোয় খুলগী ষন নত্রগা য়াওনা ধর্ম্মনগরগী লৌবুক্তা মনা মশিং চারুরবদি, চারুবা শা অদুগী মমল তংখায় অমা লৌপুনা লৌই হায় । ঐখোয় মুঙ্গেরগী প্রজাশিংদি শিংজেল মান্নদে । মসি পুম্বা কম্যুনিষ্ট লৈতবদগীনি, অপুনবা অমা শাগৎপা ঙমদবদগী থোকখিবনি । অদুনা ঐ কয়া য়ানা ধর্ম্মনগরদা লৈবা শেঙ্গাউ পায়বা নিপা অমগী চহি অমা শেল শিকি অমা ফংদনা থবক তৌরক্লবনি ।

নহাক কম্যুনিষ্ট মিং চল্লব্রা ?

নন্দোনা খুল্লম্মী— "চল্লে, চহি ৫/৬ শুরে।"

মহেশ— "মীনা হায়নবদি মনিপুরদা ইরাবত লৈরিঙৈদা সর্কার পায়হৌদ্রবনিনা সি, পি, আই, হায়বদো মনিপুরদা মমিংতা ওইরনি। অমুক লাক্লরোয়।"

নন্দো—মদু থাজবিগনু। ইরাবত হিংলিঙৈদা মনিপুরগী শক্লায়রবা মীওই, মশাগী ওইজবতা থিবা, কিগনবা, পাংদবা মীকিথি, নিংথৌগা ব্রিটিশকগী মাইকৈদা তোংনা মীশিংনা হায়বনি। মতমদুগী মীশিং লাইরিক লাইসু হৈনরমদে। চম্না হিংজবা খুল্লক্কী মীশিংনা লৈবাক্কী রাজনিতিগী ব্রা নৈনরমদে। মরম অদুনা মাবু খংবা মীগী মশিং য়াম্লমদে।

ঙসিদি মীপুম তিংনা লাইরিক হৈনরে। চহি অসিগী মনুংদা থা অমা চুপনা পালন তৌবসিনা, মানা করি করি তৌরম্বগীনো থিগৎনরক্লি।

ইরাবতকী মরমদা ঐনা নঙোন্দা ব্রারি খন্দি তৌরে।

ব্রিটিসনা নমফুদা মনিপুর অসি অসাম কৌরম্বনি। ইরাবতনা পুববানচল প্রদেশ শেম্বদা মনিপুর য়াউথ্রনি পান্দগী এম, দি, ইউ, হোলদা মীতিং তৌসি কৌবদা নরানবাবু শিবদগী ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দ তাখি।

ইরাবত কৌবা চাউরবা মশা মরেং ফন্দোক্লুনা তৌরম্বা উজাউ অদু তুখ্রে। মহাক্কী মহৈ চহি খুদিংগী য়াম্লম্মী। মহৈশিং অদু চোইনা মনিপুরদা, অসামদা, বঙ্গলাদেশতা তাখি। মহৈশিং অদুনা কম্যুনিষ্ট পাম্বি লিশিং লিশিং হৌরকখি। মনিপুর প্রজানা চহি খুদিংগী সেপটেম্বর থা অমা পালন তৌবগুম ঐনা হায়জবা লমশিং অসিদসু চহি খুদিংগী মফম অদুগী প্রজাশিংনা য়াম্না পুকচেন শেংনা কৎথোকপা অমা য়াউনা পালন তৌবিরি।

হৌজিক্তি ঐনা হায়জরিবসিনি। ইরাবত মশক খংলক্লে। মানা তৌরম্বা থবকশিং অদু পাংথোকনিংবা য়াম্না লৈরে। অদুবু ইনাকখুনবা খরখক্লা খুনু মখোঙদা শম লৌবগুম লৈরি। ঙসি মথোং হুক্তুবা ইন্টেলেকচুয়েল খরখক্লা হায়বদি লৌ পরি তরামুক লৈরগা মশাবু ইনাকখুনবনি খঞ্জবা, কোটেজ ইন্দষ্ট্রি লৈজবা, ইঞ্জিন, মেচিন, খর লৈজরগা, অচৌবা ফম্নায়বা খরনা মশাবু ইনাকখুনবা মীনি খঞ্জরি।

মচাশিংগী সমপটি য়েষ্টোকখ্রগা লাইরবা ওইরগদবা অসিগুম্বশিং অসিনা ভোট হুম হুমদুনা পুরি । ঐখোয়না হায়জরকপা তাবিরক্কবা ময়ামদো ঙসিদি ইরাবতপু মখোয়গী ইরাবতনি হায়রক্লে । মসিনা তাকপদি মখোয় ইরাবতপু নুংশিরে ১ সুং লৈতবগী শ্রাদ্ধঞ্জলি কৎপদা মখোয়শিং অসিনা মাং থাখ্রে । হৌজিক মাই পাকপগী পুংফম অদু লাক্লে । ইপা ইপুশিংনা হোৎনরম্বা অসি ঐখোয়গীনি ।

চহি ৫/৬ খুদিংগী এসেম্বলিগী ভোৎ তৌনে । লুপা কয়া কয়া ভোৎ থাদনবা লৌনখ্রে । মদুনা নুমিৎ ৫ নি চারবা মতুংদদি নোংমা নোংমগী চাদবনা য়াঙ কংশিল্লক্কুনা মী হায়বসে চৈতেক মঙানা শাবাগুমখ্রে । ভোৎ কারগা তৌনি হায়বদো হিংচাবনা শরি শোনবগুমখ্রে । হৌজিক খংলমদবা ময়ামদো খংননবা ইরাবতনা মখোয়গী মাঙদা মুর্ত্তি ওইনা লেপ্লরে । 'মীশক খঙনা ভোট পিয়ুনে' হায়বদো নিংশিংনরক্লে ।

নন্দোনা ঙাংবা ৱাদা মহেশ মরৈ মরা তৌদ্রে । মাসু ইরাবত ভবন্দা হেক হেক চৎনিংলে । অদুনা মহাক্লা শুগদবা থবক পুম্নমক অয়ুক অয়ুক্তা শুদোক্লগা নন্দোগা লোয়ননা ইরাবত ভবন্দা নুংথিল হেক হেক ফম্লম্মী এস, এফ, ; ৱায়, এফ; এ এম, এন, এল, মজদুর ইউনিয়ন, অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা সি, পি, আই, গী ৱিংশিংনা সি, পি, আই লমপাক্তা ঙাংনবা মাসু থৱায় য়াউনা তারম্মী । মানা খংলমদবা কয়া খংলক্লে । ঙরাংনা এস, এফ, কি মীতিন, ঙসিনা ৱায়, এফ কী মীতিন অসিনচিংবা ৱিংশিংনা তৌবা নোংমা নিনি লেপ্লবসু মীতিন খুদিংদা মাসু তারি । তৌঙম্বা, ৱাঙাং হৈবা, সোসিএলিষ্ট কমুনিজম মমুৎ তানা খংলবা, করিগুম্বদা এম, এল, এ, মন্ত্রিশিং য়াউনসু ৱা ঙাংলম্মী । মজদুরগী সেক্রেটরি, রিক্সা ড্রাইভরস এসোসিএসন সেক্রেটরি, গাড়ি ওনর্সকী সেক্রেটরিশিং, কৈথেল ফম্বী ইমা ইবেনশিংগী সেক্রেটরি, মাগী মাগী থবকশিং অদুগী ইউনিয়ন শেমদুনা ফত্তবা তৌরকপা কাংবু নত্রগা লনায় মীওই অদুগা থেংননবা শেম শায় । মহেশকী মশা অদু নুঙায়বনা মথুম মরাং হৌরে । মহাক মাক্সিষ্ট লেনিনিষ্টকী ফিলোসোফি ১সুং ৱার্ক লোয়না খংলবগুম হরাউরম্মী । মী পুম্নমক নুঙায়না ৱাদনা হিংননবা খুলায় (উপায়) লৈ । ঐসু নন্দোনা ইরাবত ভবন্দা হে হেক পুশিনবিবদগী খংলে । ঐনা

ঐগী লৈবাক্তা মীয়াম খোল্লগা কার্ল মার্ক্স অমসুং লেনিনগী ৱারি নৈনবা তায় ।

হৌখিবা চহি কয়াগী মমাংদগী ইথক্কী অহলশিং অদুগা ইখাগী অঙাংশিংনা ঐঙোন্দা কমুনিষ্টতা ভোট থাদসি; মসিতনা ঐখোয়দা অফবা ওইগনি হায়খি । ঐনা মতম অদুদা মখোয়গী মৱা লৌখিদে । মাগী মাগী ভোট ফংনবা পঙহায় হায়বনি খনখি । কঙ্গ্রেসতগী শেল লৌথোক্লগা কঙ্গ্রেসনা ফৈ হায়জনবা, দল অমগা দল অমগগী মরক্তা করিসু খেন্নবা লৈতে হায়না লৌরম্মী । মখোয় মখোয়গী মেনিফেষ্টোদা খর খর খেন্নবা মালহনবতনি । অদুসু কারগা মেনিফেষ্টোগী মতুং ইন্না করিসু তৌবিখিদে খনখি ।

ঐনা খনখিবা পুন্নমক অৱানবা ওইরম্লে । কমুনিষ্টতি রাজনিতি পুন্নমক্তগী পুংতোপ তোপ্পা ওইরম্লে । অতৈ পার্টিশিং অসিদি মী নুঙায়নবা, মী নুংশিননবা, শেৎপা চাবা নিংবা থুংনবা তৌবা ওইরমদ্রে । পার্টি খরনা ধর্ম্ম অমগা ধর্ম্ম অমগা নুংশিনদবা শিনবা, পার্টি খরনা ইনাকখুনববু শৌগৎপা, পার্টি খরনা লায়রববু শহরদগী তাম্থোকখ্রগা মীনায় ওইনা লমহাংদা থম্লবা ওইরমলে । শেল য়াম্না পি পিদুনা ভোৎ লৈরগা ঐখোয়বু য়োম্থোক্লবা ফাজিনবা ওইরম্লে । কম্যুনিষ্টতি লায়রবা ইনাক খুনবা খায়গুমসি; অনি অসি খল মান্নহনসি হায়বা ওইরম্লে । ঐখোয় পুন্নমকপু তমথীনা ওৎলগা নুঙায়খিবা মহাজন ব্রজলালা নংবু মাইথিবা পিবা ঙম্বা খুৎলায় ঐনা মনিপুরদগী লৌরি । হিংঙম্মু নং ঐ লাকত্রিফাউবা ।

রাজনিতি তৌরিবনি হায়দুনা ঙরাংনা থবাক্তা একাগাড়ি নপ্পিখি ঙসিনা একাগাড়িগী মহুত্তা থম্বাল নপ্লে । খুবাক নপ্পম্বা তাদা মাইকল ভোৎ কুইদ্রবা মতমসিদা মাসু থম্বাল নপ্লে ।

নোংমা মহেশনা মমাবোক্তা, মামতোনগা পুন্ন লৈমিন্নরিঙৈদা 'ইমাবোক ইমাতোন ঐ য়ুমদা ইমা ঐখোয় নুপী অঙাংশিংগী মনাক্তা অমুক্তা চৎচরুগে । খর লৈরগা অমুক লাকচগে । ঐখোয় ইমুংগী নুঙায়বগী ৱারি অমুক্তা তম্লুগে । লৈতবদগী খজিক্তং মতেং ওইননবা খন্দুনা মহাজন অমগী মফমদা চহি অমা থবক শুবা য়াউজরুই । চাক্তি পিজৈ, শেন্দি শিকি অমা ফংদে । ঐসে মৌ অদুগী মমাংদা করিমতা পুশিন্দনা চংলম্মী । মানা ঐঙোন্দা

মহাজন্দুগী থবক তৌবদুদা "নুপা নং তুমগনু নমিৎ পাংলো, ঐগী ব্রা লৌবিয়ু। থা অমগী শেল ফাউবা পিনিংদবা মানা চহি অমগী করম্না পিগনি? চহি অমা ফারকপদা নংগী শেল লৌবা লাক্কনি হায়দুনা মী থাজিন্দুনা নংবু হাৎহনগনি। উপায় অমা তৌদুনা নং থোকচরকউ" হায়রক্লম্মী। মহাজন অদুনদি ঐবু নুংশিনা তৌরদুনা 'নংনা চহি অমা হেক ফাবা নুমিত্তা নং হৌদোকপা য়াবা শেনফম পিগনি' হায়রকখি। মরক্ত ঐঙোন্দা শেল হায়রক্কনু শুকপি পিরোয়" হায়রকখি। চীংদা লৈবনি; ফৌ, চুজাক, হঙ্গাক মরু খোম্বনি। চহি ৪/৫ চীংদা লৈরগা ঐ নুঙায়গনি খল্লম্মী। অদুনা থবক অদু তৌরুবনি।

ঐগুম্বা মরায়বক থিরবা কয়াদা মানা ঐঙোন্দা হায়বগুম হায়খ্রিবনি। ঐনা মাগী থবক তৌবিদ্রিঙৈ মমাংদা মাগীদা থবক তৌবা য়াউজগে হায়বা মী য়াম্না লাকখি। মখোয় লোয়নমক থবক তৌহনখি। অদুবু শেন্দি অমত্তা ফংখিদে। ইনাকখুনবগী মী ব্রাত্তে। অনৌ অনৌবা মী কয়া থবক ফংদবগী লাক্লখি। মখোয়সু শেল ফংখিদে। অসুম্না মহাজন অসিনা মীয়ামগী খুৎশুমন মৎপদগী মহাক অচৌবা ইনাকখুনবা অমা ওইদুনা লৈ।

হৌজিক ঐনা নন্দোগা তিন্নজবদগী মজদুর ইউনিয়নগী মী পুম্নমক ঐগা খংনরে। মখোয়দগী ঐ য়াম্না পুক্লিং লৌশিং ফংলে। অদুগা অমনা, অনকন্না ত্রিপুরাদা লৈবসিদা ঐগী পুকচেল অসি য়াম্না চাউথোকচরে। ব্রজলালগী মখাদা থবক শুদুনা লৈবা তোল্ল তারবা মীয়াম হৌজিক হৌজিক থবক শুরিবা অদুগা হান্না থা কয়া, চহি কয়া থবক শুরল্লগা শেল ফংখিদবা ঐখোয় ময়ামগী অপুনবা মজদুর ইউনিয়ন অমা ঐগা মাম্মা বড়জাওগনা কোয়খোম খোম্লগা মাগী মথক্তা প্রচার কয়া তৌগনি, অন্দোলন চংশিনগনি পুলিস তাক্লনি। ঐনা অনকন্দা ব্রজলালগী ফত্তবা পুম্নমক হায়দোক্লগা এক্সন লৌবিনবা হায়জগনি।

ঐদি ইন্দোনচা শেল ফংজদ্রবসু য়ারে। অদুবু লায়রবা মীয়াম্না থবক থিবা থোরকপদা মানা লোয়না ফাজিন্দুনা হাৎপিরিবশিং অসি মুথৎনবগী পাম্বে লৈজরে। লায়রবশিংগী খুৎসুমন অদু পিথোকহন্দ্রিমখৈ ঐগী পুক্লিং অসি লৈতানা লৈবা ঙমজখিরোয়। ইন্দোনচাগা ইমাহলগনা মখোয়গা লোয়ননা লাকমিন্নৌ হায়বদো ঐনা মখোয়দা তম্বদা মখোয়

হরাওবনা ওক্কনি । ঐ শোয়দনা মখোয়গা লোয়ননা লাকমিন্নগনি । ইমা, চৎখৈ চৎলুরগা, পায়রুরগা উচেকতসু মকোন্দা হুঞ্জিল্লকইসিদি' হায়রম্মী ।

মপষ্টৌ, মমাহল, লোয়নমক্না মানা য়ুমদা চৎননবা হায়বদা য়াবিরক্লে । মপষ্টৌনা হায়রিবনা মাগী মাগী শিনফমগী মতুং ইন্না এপ্লিকেসন তোঙান তোঙান তৌ । হান্না থবক তৌরম্লগা তোকখ্রবা মীশিংগী এপ্লিকেসন তোঙাল্লু । মতৌ অদুগুম্না হৌজিক হৌজিক থবক তৌরিবা মীশিংগীসু তোঙাল্লু ।

এপ্লিকেসনশিং অদু কোপি ১০/১০ মুক লৌথোকউ । অদুগা মরি লৈনবা দিপার্টমেন্টশিংদা কোপি অমমম পিশিল্লু । নংনা পিফম খংদ্রগা নখোয়গী অনকন্দা হংঙু । ঐসু মঙোন্দা টেলিগ্রোম তৌগে । ঐসু হায়গে ফত্রবা ক্যাপিতালিষ্ট অদু দন্দি পিনবা । মফমদুদা ঐগা খংনবা বঙ্গালি এম, এল, এ, সু লৈ । নং ব্রাগনু, নং চৎলু, থবক অদু অচুম্বা লম্বিনি । নংগীতা খনগনু মীগীসু খনগদবনি । লিংজেন মান্নৌ । অপিকপা ককচেংশিংনা অচৌবা তিনখ্রোক পুদুনা চৎলি । খংইদনা ?

মহাক চৎলুখিগে হায়বদুদা মপন্না লুপা ৫০০, মমা হন্না লুপা ৫০০, মন্দোমচানা লুপা ৫০০ অদুগা ময়াম্বশিং মচেশিংনা পুল্লগা লুপা ৮০০ মুক্না পিরম্মী ।

ঙসি অয়ুক মনিপুর থাদোক্তুনা মহেশ মুঙ্গেরদা চৎখ্রগনি । মতৈমা অনি, মনাও নুপী অমা, মনাওশিং, মচনশিং পুম্নমক্না নন্দোসু য়াউনা ঙা চরা অমা থেংলগা চামিন্নরম্মী ।

কায়নরমদায়দা নন্দোনা খোঞ্জেল লুম্না মহেশতা হায়রম্মী—নংনা য়ুম হেক য়ৌবগা অমুক থিম্লুবা তৌদনা নখোয়গী লোকেলগী সেক্রেটরি অমা লৈফম থোকই । মাগা তান্নগদবনি অদুগা থবক মখা চৎথৌ ।

## ৬ (তরুক)

মহেশ ত্রিপুরাদা হললক্লম্মী । মানা ময়ুম য়ৌবগা মমাদা খুরম্লম্মী । মমানা মত্তিগী মপি চদুম চদুম তারগা মচাবু কোনখৎপিরম্মী । ইমাগী ইবুঙো

নংনা চৎখিবগা ইমাদি নুমিৎ নিনি হুম্নি তুম্বা চাবা তৌখিদে। করি থোক্লগবা হায়বসিতা খন্দুনা লৈরম্মী। অদুদগী নংনা চৎখিবা মতুং নুমিৎ ৪/৫ নি লৈরগা নংগী বাবাগী মনাউনুপা অমা ঐখোয় লৈবাক্কী পুলিস সাহেব ওইরি হায়দুনা লাক্লম্মী। ঐনা ইমুংদা লৈঙৈদা ননাউ নুপা অতোনবনা পুলিস সাহেব অমনা ইমাবু থোরক্লনবা হায়রি হায়রম্মী। মদু তাবদা ইমা পাখৎখি, মিহুন শুখিদে। হোবে হোবে তৌদুনা ফনেক অমা হোংদোক্লগা ইনফি অমা কোক্তা খুম্বোই ইনবোই তৌদুনা মপান থোরকপা কান্দদি ইমা ভাব তাহৌদ্রে। মিকুপ অমা অনিগী তুংদা ঐঙোন্দা খুরম্বা ওইরমাল্লে খন্দুনা ইমানা ওকখি। মানা অসুম্না খুরম্লক্কনি হায়বদো থাজদবদগী নিংথি নুঙায়নসু ওকখিদ্রে।

নংনা যুম থাদোক্কুনা মনিপুরদা পারি পুরি থীবা চৎখিবদা খুদোংথিবা য়াওব্রা হায়না ইমানা খনখিবনি। কোন্না মানা ৱারি তৌরকান্দা ইমাগী মিহুন অসি নে তারকখি। মানা হায়বদা 'অঙাং অহল মহেশতি মনিপুরদা লৈ। ইতৈমা ঐ মতম খর ত্রিপুরাদা লৈজগনি'। নখোয় নচিন ননাউনা মা উননিংলবদি ইরাই লায়না উনবা য়ানবা কার্দ পিরম্বনি।

মহেশনা ময়ুমদা চংখিবা অদু উহৌবা মী য়াউরম্মী। হেক য়ৌবগা মমানা মঙোন্দা পাউ তম্বা লোয়দ্রিঙৈদা নুপা, নুপী, অহল, অঙাংশিং মাবু উননিংদুনা খোঙ লাউনা লাউনা থাংদুনা লাক্লরম্মী।

মখোয় ময়াম্না মঙোন্দা অমগী ৱাহংগী পাউখুম পিদ্রিঙৈদা অমনা অমা হংজিল্লক্লম্মী। মমানা মহেশতা হৈ মহি গ্লাস অচৌবা অমা পিথক্লম্মী। নুংথিল নুমিৎ তারমদায়দা মহেশনা হৈ মহি অদু হাউনা থক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী—ঐ তপ্না তপ্না পাউখুম পিজগে।

মরুপ অমনা—নংনা মনিপুর য়ৌরগা নখোয় বাবাগী মরিমতা করম্না থিবগে ?

মহেশনা মখোয়দা হায়রম্মী—ময়াম্না হংনিংলিবদো ঐ লোয়না খংই। ইশম শম্না ৱাহং পাউখুম তৌনদবদা ঐ ৱারি ওইনা তৌজগে।

মহেশনা ৱারি হৌরম্মী

ঐনা ইম্ফাল য়ৌবগা হৱাগাড়িদগী কুমথরম্মী অদুগা মশা নোইহৌক

তৌবা অচুম্বা ঙাংবা মানবা দুকান ফম্বা অহল অমদা ঐনা য়াম্না ব্যাবহার তৌরগা হংজরম্মী- 'খুরা ইবুংঙো "খুরায় তুরেল ৱাঙমাগী" গাড়ি কদায়দগী তোংজগদগে" তাকপিয়ু ।

'ইবুঙো সিদগী নোংপোক পাংনা খর চৎখো অদুদগী অৱাং পাংনা য়েংবদা গাড়ি ময়াম থাম্বা উগনি । অদুৱায়দা করম্বা গাড়ি তোংগদগে হঙু' ।

ঐনা মফম অদুদা চৎলগা হংলম্মি-- "খুরায় তুরেল ৱাঙমা" য়ৌবা গাড়ি কদায়নো ?

মখোয় অমনা গাড়ি অমদা ঐবু কাহল্লম্মী । গাড়ি থৌরম্মী । ঐনা ভারা খোমগৎপা অঙাং অদুদা ঐগী থুংফম হায়রম্মী । অঙাং অদুনা ঐঙোন্দগী লুপা অমগা মখায় লৌখি । ঙায়হাক নৈরগা মী খর কুমথনখি অদুদা ভারা খোম্বা অঙাংদুনা ঐবুসু কুমথরো হায়রকখি ।

ঐনা কুমথবা মফম দুকান শরেং শানা লৈবগী মমাংনি । দুকান অমদা ঐগুম্বা নহা অমা দুকান ফমলম্মী । ঐনা মঙোন্দ 'থৌদামগী ইমুং শ্বায়দা লৈব্রা হংবদা' মানা লৈ হায়রকখি । মানা হায়রকখি- মন্নাংদা নোংপোক্তা খজিক্তং চৎপিয়ু অদুগা য়োৎপাক্লা থোঙ ওইবদুনি ।

ঐনা চাউরবা ফজরবা বিলদিং অনিথক য়েংন য়েংন চৎলম্মী । য়োৎকী থোঙ্গাল অদু বিলদিং অনিদুগীনি হায়বা খংলে । অদুবু ঐ থোঙ অদুফাওবা শোকপা কিবদগী বিলদিংগী নাক য়েৎকী পাক চাওবা য়েংন য়েংন সড়ক মপান্দা চৎলম্মী । বিলদিংগী মপান্দা অহল অমা সড়ক মতায়দা তুপি অমা উপ্লগা ফমদুনা লৈবা উরম্মী । ঐনা অহল অদুদা হংজরম্মী- খুৎনা বিলদিং অদুদা থিল্লগা- পাবুং ইমুং অসিবু কয়ুম্নো?

অহল—থৌদামনি

ঐনা— শ্বায়দা অতে থৌদামসু লৈব্রা ?

অহল— লৈতে ঐখোয়দনি, কদায় বার্তন, ঐঙোন্দা হেক্ত পিরম্মু । অসি হায়রগা অহল অদুনা মকোক্তগী তুপী লৌথোক্লম্মী ।

মানা তুপী লৌথোক্লগদি ঐগী ইপা দেবরাজগা শক চপ মান্নবা অদুদা ঐ শ্বায় লাউরম্মী । ঐনা হায়জরম্মী পাবুং ননায় ঐ বার্ত্তন তৌবা নচ্চদে । পাবুং ঐ পাবুংদা ৱারি অমতা তৌজগে ।

অহল—করি হায়বা, ৱারি তৌজগে হায়বা, তৌ তৌ তাগে । ঐনা

ৱারি হৌরম্মী— থৌদাম দেবরাজ কৌবা নিপা অমা পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং অমা পুদুনা ত্রিপুরাদা লৈরম্মী মানা শিরমদায়দা মাগী এদ্রেশ পিরম্মী ঐগী ৱাদু তাবদা মা ঐঙোন্দা শংত্রিক শংনা য়েংলম্মী অদুগা মিকুপ অমা অনিগী মতুংদা য়াম্না হৌনা দেবরাজ কৌরম্মী । লম্বীদা মী চংপা, দুকান ফম্বা খরনা অহল অদুনা লাওবদুদা করিগীনো য়েংলকখি । অদুদগী মানা ঐঙোন্দা হংলকখি "নং কনানো, কদায়দৈনো" ?

ঐনা খুমখি—ঐ দেবরাজনা পুখিবা অঙাং অদুনি । ঐ ত্রিপুরাদগীনি ।

অহল অদুনা 'ঐগী ইতুং ইল্লকউ' হায়রগা য়োংকী থোঙ্গাল হাংদোক্লুনা চংমিন্নরগা তুংদা অহল অদুনা ইংখোন্নুং অদুদা কনা কনা লৈবগে ৱারি তারো লাউ হায়রম্মী । নমাহল, নহোয় 'বোক কদায়দা লৈ ? য়াম্না থুনা লাউ হায়য়ু । লাউবা অদু হৌনা লাউমনখিবনা দোলান মথক মখাগী কা খুদিংদা চংলম্মী । মখোয় খুদিংনা খোঙেল অদু তাবদা অঙকপা অকিবা পোৎশক অমা ইংখোন্নুংদা চংলক্লবা খন্দুনা মনুংদগী থুনা য়াঙনা শুমাঙদা থোক্লরকখি । অহল নুপী অমা, লৈশাবীশিং, পাখংশিং অঙাংশিং লোয়না অহলগা ঐগদা কোয়শিল্লম্মী । অহল অদুনা ঐবু সোফাদা ফম্মু হায়রম্মী । মখোয়শিং অসিনা ঐবু মিত্রং হৈবা, মিত্রং তৌবা হৈবা মী ওইনা উরম্মী । অঙাংশিং অদুনা মোরা পুথোক্লুনা, চৌক্রি পুথোক্লুনা ঐগী ইমাংদা ফম্বসু য়াউরম্মী ।

ঙায়হাক্কি মতুংদা অহল অদুনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী—নং চাক লাম্মৈনি ।

ঐনা খুল্লম্মী— হোটেন্দগী চাক চাজরক্লে । ঐনা য়ুম থিবদা য়াম্না ৱাগনি । ঐ কোয়চৎ চৎলবস্ য়ায় খনবদগী ।

হনুবী অদু করিনো খংনিংবদগী তপ্ন তপ্ন লাক্লম্মী ।

হনুবনা হায়রম্মী—মমা লাওনে সে, তু অঙাংসে কনা মাক্লি নংনা ফমুংদা থনম্বা, শুম্মন্বা অঙাং মাংখ্রে, অঙাং লৈরমদ্রে হায়দুনা য়ুল্লোন্নবা য়ুম পুন্নমক্তা চং চংদুনা থিখিবা, মীগী য়ুমদা চং চংদুনা কপখিবা মাগীনিনে ।

হনুবী অদুনা 'মপা, করিনো নংনা ঙাংঙিসিবো' অদুগা অমুক মখা তারম্মী 'আ চহি ৩০ মুক সুরম্মনি' । হৌজিকপু অদু নিংশিংলকইবা ।

খুদক অদুদা ঐনা ইমাহন্দা খুরন্নম্মী । ইমাহন্না ঐ কোনখত্তুনা নোং খোংবগুম কপলক্লে । কপ্ন কপ্ন হনুবীদুনা হংলক্লি- অওইব্রানে মপা, করম্না খংবিবগে, অসুক কুইরবা ৱাবু, মপা ইনাও দেবরাজদি ?

অহল অদুনা মপি তানা মরু লুকথরগা হায়রকখি- ইনাওদো লৈখিদ্রে হায়, শিরমদাইদা মপা মপু থিগৎনবা চেদা ইদুনা থনম্মী হায়' ।

কপনা লাউনবগী খোঞ্জেল তাবদা মী খরসু চেনশিন্নরক্লম্মী । অনৌবা লাকপা মীশিংনা হান্না লৈরম্বশিংদা করি তৌনবা য়াওবগে হংবদসু পাউখুম অমত্তা ফংনদে । চহি ৫০/৬০ শুদ্রিবা নুপা নুপীশিং হৌজিকসু করিনো করিগী কপলিনো করিমতা খংবা ঙমদে ।

অহল (ইন্দ্রমনি, মচিন মনাও অহুমগী অহল) না মসু মচাশিংদা ওনশিল্লগা হায়রম্মী । অঙাংশা নখোয়গী নচিন ননাও লৈবগুম, নপা নমা লৈবগুম ঐখোয়গীসু লৈরম্মী । ঐখোয়গী ইমা ইপানা ঐখোয় নুপা ঙাক্তা অহুম পোকই । ঐ লৈরে; অদুগা নখোয়গী নখুরাত্তোন্না ত্রিপুরাদা পুলিস ওইদুনা লৈরে । ঐখোয় অনিগী মরক্তা ইডুকেসন দিপার্টমেন্টকী অফিসার অমা লৈরম্মী ইনাও য়ায়মাগী মমিং দেবরাজ কৌবনি । ইবুঙো অসিবু পোকপদো রমনী কৌবনি কোলেজগী লেকচররনি । অঙাং অসিনা নুমিৎ ১৫ নি শুবদা ইনাওনুপীদো লৈখিদ্রে । মানা ইখং খঙহৌদনা লৈখিদবদুদা ঐখোয় পুন্নমক অৱাবা ইপাক্তা তারম্মী । রমনীগী মপামগী মীনা ঈ নৌরিঙৈদা চেকশিনহৌদবগীনি হায়দুনা ঐখোয়বু হৌজিক ফাওবা ৱারৌরি । থা ৩/৪ গী অঙাং অদু অসিনি ।

'ইমাহন্না নংবু অমুক্তা কোনগে লাউ' অসি হায়রগা মানা 'নঙোন্দগী থা অনি হনবা, নংগী নয়াম্বাগা নবান্নি পুন্নপ ইমাহন্না ফায়বোক পোকপগুম য়োক্লকপনি । নয়াম্বনা ষন শাদুনা চৎপা ঙম্বদা নংদি ফমুংদা লোংনা হিপ্লগা নখোং অনি থিন্দুনা শান্নবনি । নোংমা নংনা ফমুংদা তুন্নিঙৈ ইমানা মনিংদা চেং চাম্মুরগা হল্লকপদা নং ফমুংদা লৈবা উরমদ্রে । ঐ চেং অদু পরপ পরপ চফুদা শুজিল্লগা মচেশিং ময়াম্বশিং শানবদুদা হংলম্মী । 'অঙাং কনানা পুখি' ?

নং পোক্লবা মতুং নুমিৎ ১০ নিমুক লৈরগা নংবু পোকপা নমা রমনী শিখিবদুদা ঐগী ইনাও নংগী নপা ইবুঙো দেবরাজ অঙাউবা হায়বদো ওইরকখি । ঐখোয়না মাবু ফন কন্না ঙাউদনবা শেন্নখি । অদুবু নোংমা নোংমগী অঙাউবগী চাং হেনগৎলকখি । অফিস কুইনা কারক্তবদগী

অকায়বা অমসু লাক্লম্মী । মহাক চাগনি থক্কনি খংলক্লে । য়ুমদা চাবা তুম্বা হল্লক্তবা থা হেনখ্রে । ওম্নোকপনি মতম অদুদা মখোয় অনিগী খনবদা ইমাহনসু অনাবা ওইদুনা ডাক্তরদা লায়েংখি হোস্পিটান্দগী হল্লক্লগা ইমাহন্না নচিন-ননাও নখোয় অনিগা লৈমিন্নবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা নহাক মাংখিবনি ।

নহাক য়ুমলোন কৈরোন্নবগী মীশিংনা মতম অদুদা য়াম্না নুংশিনা খোম ইনবিবা-খোৎপিবা তৌবিবদুনা মখোয়না লৌবিরমগনি খনবনি । লংনবা নুঙায়রবা নোক্কুনতা লৈরবা মবুক লান্নগতা কপ্পকপা ইচানি নখোয় অনিবু ইমাগী খোমতনা মবুক থন্দদুনা শঙ্গোম কৌতা গ্রেস্নো হেক হেক লৈদুনা শম্বনি । ইবুঙো নংবু নপানা পুবকো । মাদি ঙাউরবনি । য়ুমদা হল্লক্তবসু কুইরবনি । মানা নং পুরমগনি হায়বদি কননানসু থাজখিদে । য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিং ইমাহন্না চৎ চত্তুনা য়েংলুরে । ফংখিদ্রে । হান্নগী অব্বাবা মথক্তা নহাক কায়নবগী অব্বাবা হাপচিল্লম্মী । ঐ চাবা-থকপা পামখিদ্রে । তুম্বা—হিপ্পা য়াখিদ্রে । ঐ অমুক হন্না ডাক্তরদা পুখত্তুনা লায়েংখি । ডাক্তরনা ঐবু তুম্নবা হিদাক পিজবগা কাপ্পগা তৌবদগী ঐ ফরকখি । নোংমা নোংমগী নংগী ব্বাখল কাওরকপনিনে । ফরে মঙলা খঙদ্রেদা ! নংগী নমিং করি কৌই । ঐনা খুমখি - "মহেশ কৌই" ।

পুলিসকী এস, পি, ওইবগী নুপীনা "ঐসু ইচেহল ব্বারিদি তাজখ্রে; চহি ৩০ মুক শুরব্রানে" ?

মমাহন্না খুমখি- শুরম্মনি ।

অহল ইন্দ্রমনিনা টেলিফোন পায়খৎখ্রে—"হল্লো, হল্লো, নহাক দেবদত্তা " ।

"মানি ঐ দেবদত্তানি তাম্মোচৌ"

"য়াম্না ঙকপা অমা খেংক্লনে, অদুদা নংসু খংহন্নিংদুনা তৌবনি"

"করি করি হায়বা?

"ঐগীনা ইনাউ, নংগীনা নথক্তা দেবরাজ কৌবা অমা লৈরম্মীদনা;

"অহোয় হায়বিয়ু " ।

"মহাক ত্রিপুরাগী ধর্ম্মনগর রেলবে ষ্টেসন্দা থবক তৌরম্বদগী শিখ্রে হায় । মানা শিরমদায়দা মচানুপা অহল মহেশ কৌবদা এদ্রেশ পিরম্বগী মতুং ইন্ন ইপা ইপু থিবা লাকই । নং ধর্ম্মনগরদা চৎহন্নিংঙি।"

"অহৱায় ফনি, ফনি, মহেশপু ফোন অমুক্তা পায়হনবিরকউ ইপন্না ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা হায়রম্মী— "সে, ইবুঙো নংগী অনকল ত্রিপুরাদা লৈ। মাগা ৱারি শানৌ। "

ফোন পায়রগা ঐনা হায়রম্মী- "অনকল, খুরুমজরি অনকল"। ঐ ঙায়হাক লেপ্লম্মী। অদুগা হায়রম্মী—মুঙ্গেরগী খুজিন্দা লৈবনি। কুমাম নিঙোল থোইবী। ইমাবু পোকপা কুমাম খোঙনেম হোয় ঐ সিদা মতম খজিক্তং লৈজরক্কে হায়বিয়ু।"

ফোন অদু ইপন্দা পিরম্মী—হল্লো, আ, ঙসিগা হয়েংগা অগরটলা লাপ্লেহায়বা; হোয় হোয়; নায়েকপা য়াউদে। থম্মো থম্মো।

ইমা, ঐখোয় য়াম্না, চাউখৎপা লাইরিক লাইশু হৈবা ইমুংগী মী ওইরম্মী। মহৈ মশিং হৈবা ইমুংগী মী ওইবদুনা বাবানা ঐখোয়বু নমদুনা চাবা চাদবা লাইরিক হৈতা য়াদে খন্দুনা ঐখোয়বু বি, এ, লোয়না ওইহল্লম্বনি। ঐগী ইপা অদু ইদুকেসন দিপার্টমেন্টকী অফিসার ওইরম্মী। ঐবু পোকপী ইমা অদুনা কলেজগী ওজা ওইরম্মী। ঐখোয়গী বাবাগীময়াম্বা অফিস অমগী ডিরেক্তর ওইরম্বদগী পেন্সন ফংলে। মখোয়গী চাউরবা য়াঙলবা বিলদিং য়েংবদা য়াম্না ফজে। ইংখোল পুম্বা চেক্লা খাজিল্লি। লৈখিদ্রবা ইপু অদুনা মাগী লৈজবা শেনগা মচা মমৌ তলব চাবগী শেলগা পুল্লগা য়ুম অসি শাবা লোয়খিবনি হায়।

ঐনা হন্দক থামুক লৈরুবা অদু স্বর্গদা লৈবগা চপ মান্নখি। ইমাহলগা ইন্দোমচাগনা ঙাংবা তাবদা ঐ মখোয়দা নোংমা অসুম্না হায়দোকখ্রে। ইমাহল ঐদি য়াম্না লায়রবা মীনি খন্দুনা ব্রজলালা কৌবা মহাজন অমগী চীংদা ফৌ, চুজাক, হঙ্গামমরু খোম্বা মী ওইরুই। চহি অমা ফৌ, চুজাক, অঙম্বা চীংগী লম্বীদা ৱানা থাং খোৎপা তৌদুনা লৈরকপবু শেল লুপা অমাফাওবা ফংখিদে। মীগী মচা অমা লৈরবনিনা মীগী মচাদুগী মমাংদা কয়া ইকায়রে হায়বদা মখোয়না নোকখি। মখোয়না হায়খি "ফরে, ফরে নং মতুংদদি অদুম তৌররোয়দনা"।

ৱাঙ চাউরবা বিলদিংশিং অদুগী মনিংদা ইংখোল মতেক অমখক লৈরম্মী। ঐনা মফম অদু হন্না হন্না তৌখায় য়েখায় তৌরগা তিলহৌ, চনম, ফদিগোম, য়েনম, মরোই নপাকপি, অদুগী মথক্তা হঙ্গাম মরু খর হুঞ্জিল্লম্মী। হৌজিক মরোই হেক্কুনা চাবা য়ারে।

ঐনা নোংমা ইমা অনিসিদা ঐ য়ুম থাদোকপা কুইরে । ঐগী ইপাগী এদ্রেস অসি কমদৌবনো অদুতং খংলগা ঐ হঞ্জরক্কে হায়বদা ইমানা "ইবুঙো নং চৎখিনুদা মীগী মরম অদুদা করম্না থিরুগনি । মপানা হিংলিঙৈদা মচিন্না হায়রম্বা ফাউবা কিরবা অদুদা চৎকনু হায়না হায়বদা ঐনা লমহেন্দুনা লাকপনি ।

ঐ হৌজিক য়ুমদা পরপ পরপ চৎচনিংঙি । মরমদি ঐনা ইমাদা চাউথোক্লা হায়গনি— ইমা ঐখোয় লায়রবা পিতৎ পাতৎপা ইমুং নত্তে । নুঙায় য়ায়ফবা শাগেগী মীনি । ঐখোয়গী মুঙ্গেরদা লৌ শিং খর লৈরগা নুঙায়বা শাবা অদুগুম্বা ইমুং নত্তে । ঐগী ইপাবু "মশক খংদে, মা কনানো" হায়দুনা ঐগী ইপুনা থনম্বা ইপাগী লন থুম লৌথোক্কে খন্দে । মখোয় অসুম্না - ঐখোয়দি নংবু নুতিগী নিংশিংগদৌরি । মরমদি নংন থারম্বা মরোইশিং অসি নুংতিগী ইনশাং থাক্কবা য়াদে । নংদি চৎখিগদৌরে । ফরে চৎলো । নখুরাতোন নখোয়গী ইমুংদা ৱারি ৱাতায় তৌনরবনিনা নংগীদমক্তা মখোয়না নিংশা থিবা থোয়না লৈরম্লোয় । খরগা লৈথরগা চৎপা য়াবনি । অদুবু ইবুঙো নহাক আদা চৎখ্রগা করি তৌগে খনবা ? নখোয় নচিন ননাওশিং আদা থবক তৌদবনিনা সিদা তৌনবা, নখোয়গী লৈজবা লৌ ইংখোল লোয়না য়োম্থোক্লম্লগা সিদা থুনা লাক্লবা তৌ । করিগুম্বা ইমা হোয়না য়ুম হোংসি য়াদ্রবদি শকখঙ মাইখংনবা ওইনা নংনা নমা ননাওশিং পুদুনা অমুক্তংদি লাকউকো' হায়রকই ।

য়েংঙু ইমা চাউরবা বিলদিং অনিদুগী অমদি ঐখোয়গীনি হায় । ইমানা হেক উবদা থাজরোয় । ঐ অসি কলেজ লেকচরর অমগী মচা ওইরম্লে । ঐ মাংখিবদগী থা অমা চাক ঈশিং চাদদনা গ্লুকোজ কাপতুনা হোস্পিটান্দা লাক্লরগা ইমাহল অদু হিংলকখিবনি হায় ।

ইমাহন্না কন্না হায়বদগী নোংমা নন্দো কৌবা মরুপ অমগা ইমাগী মপামদা চৎলুই । ইমুং অদুসু য়াম্না চাউখৎপা ইমুংগী মওং মতৌনি । ঐবু মখোয় ময়াম চংদুনা য়েংখিবসিনা য়েংখিবসিনা, অওইব্রানে, অওইব্রানে হায়রিবা । মপা অঙাউবদুনা মাবু ফমুংদগী লৌখিবা কনামতা উহৌদবনি । ঙাউদুনা চৎখিদনা নুমিৎ কয়ানি মশক উখিদ্রবা মানা, অঙাং পুরমগনি হায়বদি কনানা থাজগনি ? অসিগুম্বা ৱা ঙাক্তা, মপা মাম্লি, মমা মাম্লি হায়বসিনবু পুমনিল নিম্লি। ঐ উরগা মীশিংনা নুংশিনা তৌবি ।

ইমা, মনিপুরগী প্রজাশিং মশক ফজে, ফিজেৎ লু-নাল্লি। লৈশাবীশিংনা লৌবুক্তা চৎপদা ফিরোল নান্না শেৎখি; লৌবুক য়ৌরগা ফত্তবা ফিরোল হোংদোক্তুনা থবক সুই। নুমিদাংদা চরা হেল্লগা অয়ুক অঙনবদা হোটেল তল উতি চাদুনা লেল্লবসু মফি মরোন্দি য়াম্না নাল্লি।

লৈকায়গী করিগুম্বা অমা (ফত্তবা থৌদোক অমা) হেক থোক্লকপদা নুপী ইমা ইবেনশিংনা ইলেক্ট্রিক পোষ্টা কাংশি খিঙডি। খুদক্তা নুপী পুম্নমক হৌরক্তুনা আর্মিনা ফারবা নুপা অদু মুলহৌবা ঐ উই। ইমা ইবেনশিংনা অসুম্না মুলহৌবা অসি অফবা ঙাক্তা ওইদে। ফত্তবা মীসু মুলহৌবা য়াওই হায়। শম্না হায়রবদা মী খমনা অরোনবা কাবার তৌরে নত্রগা নোংমৈ মচা পায়দুনা মীঙোন্দগী থপ তৌদুনা শেল লৌবা মী কয়াসু পুলিসনা খংবদগী ফাবা লাকপদা ইমা ইবেনশিংনা কাংশি খিংদুনা থোরকপদগী পুলিসনা ইমা ইবেনশিংবু য়াম্না থীনা থীনা তৌবিবা য়াওই। করিগুম্বদসু নুপী পুলিস য়াওরক্তবা কান্দা নুপীশিংনা পুলিসকী নোংমৈ মুনবিদুনা য়াম্না থীনা তৌনৈ। অসিগুম্বা কয়াসি থোক্লনবা হৌজিক্তি পুলিসনা মরাল লৈবা মী, নত্রগা মরাল লৈত্রবসু অহিংদা ফাবা হেক হেক চৎলি। মরাল লৈতবা কয়া পুলিসনা হাংখ্রে হায়।

নোংমা নন্দোগী মরুপ অমা লুহোঙবদা ঐসু য়াউনা চৎলম্মী লুহোঙ্ফম মান্দব অদুগী অকোয়বদা খুৎশেমগী লৈনা কোয়শিল্লম্মী। অঙৌবা ফিজং খল্লম্মী। পুংয়ৈবা অনিগা নুপী মরিগনা ঈশৈ শক্লম্মী। ঈশৈ অদু থাইনগী বঙ্গালি লোল অরিবদা শক্লম্মী। ঐনা নন্দোদা 'ঈশৈ অসিগী অর্থ খংব্রা হংলম্মী। মহাক্না ঐঙোন্দা য়েংলগা খুল্লম্মী- ধর্ম্ম কর্ম্ম মতাংদা ঐখোয়গী লোন্না তৌদে'। অদুদা ঐনা ঙকখি।

নুংথিল পোবোবতা ইলেক্ট্রিক লাকই। নুমিদাংদা মৈ লাক্তে অদুনা জেনেরেটর থাংগত্তুনা লুহোংঙি। ঈশৈ শকপা মেন থাদ্রিঙৈ, তাদ্রিঙৈদা মী খরনা শেল থাগে তৌরে। শেন থারে মেন তাদ্রি খংদবা মী য়াম্না লৈ। ঈশৈ শকপীশিং খুউ খুদক কুল্লগা অদুম ঈশৈ শকই, তুংদা ফল্লগা পুংয়ৈবা নিপাদুনা তান কায়না পুং য়ৈরি। শেল থারে শেল থারে ঈশৈ, শকপীশিংনা ঈশৈ হঞ্জিন হঞ্জিন শকই। অহানবদা নুপী ময়ুমগী মী মখে মেন থাবদগী কিউদা লেপ্লগা থাবনি। অদুদগী নুংথিল পুং ৪ অদুবাইদা বেন্দ পাটিগা

লোয়ননা মী অহুম/মরি, ৩/৪ পুরগা গাড়ি ৫০ মুক লাকই অদুগা গাড়ি অচৌবা অনিদা লাকপা অহন শিংগা নুপীশিংগদি শেল ইথা থাদে। পুংয়েবা ঈশৈ শকপীশিংনা মনাকোং থাঙ্গত্তুনা তারগা গাড়ি মশিং খংলমগদবা মাল্লি। গাড়ি য়াম্ন লাক্লগা ঈশৈ শকপীশিংনা হরাওরম্মী। শেল থাবা চংবগী কিউ অদু নুপীরোমগী লোয়ব্রিঁৱেঁদা নুপারোমগী লাকশিল্লবনিনা কিউ অনি থোক্লে। অমুক অমুক্তা মী অনি অনি শেল থারৈ। মখোং মখুৎ তিংথোক্তুনা ঈশৈ শকপীদা শেল থারগা খুরুম্নবদা অমগী মখোং অমদা থাঙ্গৎলগা খুরমদবা য়াদ্রে। খুরল্লিঁৱেঁদা কাল্লগা চৎত্রবদি চৎফম লৈত্রে। য়াম্না ওকপা লম অমনি ইমা।

মুঙ্গের খুলগী নুপা নুপী হনু হানা লোয়নমক, অদুদগী হেন্দোক্তুনা মপাগী, মমাগী, মপু মবেনগী, মাগী খংন চান্নবা অতোপ অতোপ্পা খুন্দা লৈবা মীশিংসু হঙবা লাকখিবনা, মহাক্না ময়ুমদা থুংলবদগী নুমিৎ মরিনি মাম্মা বড়জাওগা উনবা শংলমদে। চহি ৩০ মুক মমাং অদুব্রায়গী ৱারি ওইজরবসু দেবরাজনা মহেশ পুরগা লাকপদা মুঙ্গের খুজিন্দা তুশিনবা উহৌবা মী খরতা ওইরম্মী। খর অদুসু অয়াম্বনা থুপখ্রবনি। অদুদগী ৱারি ওইনা থা মঙা/তরুক খুল্লক ইরক্তা পংলি লিনদুনা, কনানা হায় কছারদগীনি, কনানা হায় অসামদগীনি, কনানা হায় মনিপুরদগীনি, লৈনরম্বনি। অশুক কুইনা মাংখ্রবা ৱারি অমবু ওসিদা অমুক ইনৌ নৌনা "করম্বা অচৌবা ফেমিলি অমগী মচা ওইরম্বা, মনিপুর মচা, ঐখোয় ত্রিপুরাগী পুলিস এস, পি, দেবদত্তাগী ময়াম্বা ওইরল্লবা দেবরাজদো। অদুদি মখোয় ত্রিপুরাদা সুম্মক লৈগদ্রো, মনিপুরদা লোয়না চৎলনি হায়ব্রা, মহেশতং চৎকনি হায়ব্রা"? অসিনচিংবা ৱাফম অসি মখোয় ইমুংদা মীশিংনা লাক্তুনা হংলবা ১ সুং মীশিংনা অনি/অহুম তিন্নবদা ৱারি তৌনরম্মী।

## ৭ (তরেৎ)

মহেশনা হল্লকপা মতুং নুমিৎ মঙানি শুবদা ড্রাইভর অহল বড়জাওগা উনরম্মী। মানা মনিপুরদা চৎপদা কান্নবা ময়াম অমা, খংলমদবা ময়াম

অমা খংলক্লে হায়না বড়জাওদা ৱারি তৌরম্মী। মনিপুরদা মাগীনি হায়বা য়ুম ইংখোল, লৌ লোয়না লৈরম্মী। মপাগা পোকমিন্নবা ময়াম্বা অহল দিরেক্তর ওইরম্বদগী পোথারম্লে। মনাও অদুনা ত্রিপুরাগী পুলিসকী এস, পি, দেবদত্তা ওইরম্লে হায়রম্মী।

"মনিপুরদগী ত্রিপুরাদা হুনখ্রগা মাগী মাগী থবক খুৎসুগী মতুং ইন্না এসোসিএসন শেম্মনবা, এসোসিএসনগী লিদরশিং অদুনা মাগী মাগী কাংলুপকী রেসপোনসিবল পুনদুনা তাশিন খোমজিন্দুনা থৌনা লিংজেন মান্নবা হোৎনবদা করিগী মায় পাক্লোয়দগে" অসিনি ইপম্বৌনা হায়খিবদা, অদুদগী অসুম্নসু হায়বিরকখি— নংগীতা থনগনু, নংগীদমক্তি পৈদুনা লৈরে। মপাম্বোমগী পাঙ্গনতনা তাল্লগা চাজবা মীশিং অদুগী খুৎসুমন মহাজন অদুদগী নমদুনা লৌথোক্লবগী হোৎনবদা নংনা মকোক থংগদবনি।"

ইমফান্দা নন্দো কৌবা মরুপ অমনা ঐবু কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অফিসতা হেক হেক পুবিবদগী কম্যুনিষ্টকী মরমদা ঐ খর খংজবসিনসু ঐঙোন্দা অমুক্কা হেন্না থৌনা লৈজরে।

মহেশনা মনিপুরগী পাউ তন্নবা তুংদা মাম্মা বড়জাওগী শেল শিংলম্মী। মানা মনিপুর চৎথ্রিঙৈদা বড়জাওনা য়াম্না শম্না থবক তৌরম্লে। মী য়াম্মল্লগা অকায়বা লাক্কনি খনবদগী ইং ১৯৭৯ গী জানুৱারি ১গী মমাংদা থবক তৌরম্বা মীশিংগী মমিং মথা, ফংখিবা শেল, ফংখিদবা শেল অমত্তা থিগৎপিরমদ্রে। মহেশনদি ব্রজলাল মহাজন্না মী শিজিন্নবা হৌবদগী পানিংঙি। অদুবু অহল বড়জাওনদি মদু পুম্বা থিগৎপদা মতম শাংনা চংগনি হায়দুনা য়ারমদে। মরম অদুদগী ইংশোক ১৯৭৮ গী দিসেম্বর ফাউবগী মী য়াউহল্লমদ্রে।

খর নিঙায় চক্রি থাংবা ড্রাইভর খরদি মরক মরক্তা শেল খর খর ফংবসু য়াউরম্মী। মখোয় মখোয়না ফংখিবা শেল তারিখকা কোন্ননা ইশিল্লম্মী। মতৌ অসুম্না অতে ৱার্কর মখল খুদিংমক্তগী শেল লোয়না তক্লা হাৎপমক্তি ওইরমদে। মীঙমদবা নত্রগা পংতক সুতক তৌবা মীদদি মানা চহি অহুম/মরি শেল শুকপি পিদবা য়াউরি। অরাপ্পা লমদা লম্বী সড়ক উকু শেম্বা, স্কুল বিলডিং শাবা অসিনচিংবা কয়াদা থবক শুরিঙৈ মনুং অদুতা চাননবা চেং, হৱায়, ঙারি, অলুনচিংবদমক ফংবা অদুগা থাগী তলব

ওইনদি ফংখিদ্রিবা মখোয় ময়াম অসিগী এপ্লিকেসন অমসু র্দকার লৈরম্মী। অদুগা মখোয় খুদিংগী তোঙান তোঙান্না চংবা হৌখিবগী তারিখ; চহি অদুগী মনুংদা ফংখিবা শেনফমশিং ইশিল্লি। মখোয় মখোয়না তোকপগী তারিখ, থা, অমত্তা মান্নরমদে। অদুবু- য়ুম্নাক, মিং, লৈফম,- থবক চংবগী তারিখ- শুখিবা থবক—ফংখিবা শেল- তোকখিবগী ইংশোক, তারিখ, অদুগা হৌজিক হৌজিক থবক শুরিবশিংগী এপ্লিকেসন অদু উকিল অমদা তৌবিনবা শিন্নরম্মী।

উকিল সিবাচন্দ্রানা হায়বগী মতুং ইন্না বড়জাওগা মহেশকনা এপ্লিকেসন খুদিংমক্কী কোপি ৬/৬ লৌথোক্লম্মী। অদুগা কোপিশিং অদু মখোয়না অমমম পায়হৌরগা অতৈনা মরি লৈনবা দিপার্টমেন্টশিংদা পিশিনখি।

নুমিৎ খরনি লৈরগা মহেশকা মখুরা পুলিস এস, পি, দেবদত্তাগা উনরম্মী। দেবদত্তানা ইম্ফালগী ফিবম হংলকখি। মহেশনা মনিপুরগী লো এন্দ ওর্দরগী ফিবম ফংহৌদে হায়রম্মী। দেবদত্তনা মহেশতা মখোয় পুম্নমক মনিপুরদা লৈরসি অদুগা থবক তৌনবা হোৎনসি হায়রম্মী। মহেশনসু মনিপুরদা য়াম্না লৈজনিংবগী ব্রা মাগী অনকলদা পল্লম্মী অদুগা মানা ব্রজলালা মহাজনগী ব্বারি তৌদুনা মাগী মথক্তা অন্দোলন তৌজগে; মদুদা অন্দোলনকারিশিংদা পুলিসনা অকি অথং পোকহনবিগনু হায়জবগা লোয়ননা কোপি অমসু পিরম্মী।

দেবদত্তা— হায়রিসিবু নঙোন্দগীসু হাৎপ্রব্রা ?

মহেশ— হাৎপ্রে অনকল; চহি অমা মাগী চুজাক ফৌ, হঙ্গাম মরুনচিংবা খোম্বিবা চীংদা লৈরুই। লুপা তরা ফাউবা পিরকখিদে। ঐগীবুদি তোক্লবসু চহি ৩/৪ থবক শুরক্লবা শিন্নীশিং অসিগী নুপী অঙাংগী য়েংদুনা মাবু অকনবা চৈরাক পিহন্নিংঙি।

দেবদত্তা— মাগী মায়োক্তা অন্দোলন তৌগদবা মখোয় কয়াম্মুক ওইগনি ?

মহেশ— শিন্নীদি য়াম্মী অদুবু অন্দোলন অদুদা শরুক য়াগদবদি ৩০০মুক ওইগনি।

দেবদত্তা— ফরে মহেশ, ঐদি কুমারঘাট সব-ডিবিজন্দা লৈ। ইষ্টতা পুদে। অদুবু ইষ্টকী এস, পিদা ঐ ফোন তৌদুনা খংহনখিগে।

কেশ তৌখিবা মতুং থা অমা হৌখ্রে । অদুফাউবদা র্সকারনা করিগুম্বা মিয়েং, অমত্তা চংবিরক্ত্রে । মহেশকা বড়জাওগনা ব্বার্কর পুম্নমক পুনশিল্লগা ব্রজলালা মহাজনগা ব্বারি শাননবা লাক্লিবা ইং ১৯৮২ গী এপ্রিলগী তাং ১০ গী অয়ুক পুং ১০ দা মুঙ্গেরগী কম্যুনিতি হোন্দা পুন্নবা লেপ্লরম্মী ।

ব্রজলালা ব্বার্করস ইউনিয়নগী শিন্মী ১৪০ রোম, সি, পি, আই,; সি, পি, এম গী কমরেড ৭০ অদুগা মজদুর ইউনিয়নগী ৭৭ গা পুল্লগা গী ২৮৭ তিল্লম্মী । সি, পি, এমগী অহল অমনা "ঐখোয় অসুক য়াম্বনা কনাবু কিফম থোকপগে ! লাউ ঐখোয় হৌজিকমক চৎসি । মহাজন কয়া কয়া ফুখ্রবনি । হৌজিকসু ঐ মাবু ফুগে" অসি হায়রগা চৎখ্রে । মাগী মতুংদা মীয়াম অমা ইন্নখ্রে । মহেশকা বড়জাওগনা 'ঙায়খো' হায়বা তাবিখিদ্রে ।

মীয়াম অদু ব্রজলালাগী থোঙ্গান্দা পৈরম্মী ব্রজলালাগী মীশিংনা থোঙ্গাল অদু চেৎনা থীংখ্রে । মখোয় ময়াম্না হায়রম্মী- ঐখোয় মহাজনগা ব্বা অমা অনি হায়নজগে তৌবনি । মহাজন উননবা থোঙ লাউনা হাংদুনা চংহনবনা নখোয়গী অফবা ওইগনি নত্রবদি নখোয়দা অকায়বা থোক্কনি ।

"করিনো, করি হায়গে হায়বনো, ঐখোয়দা হেক্তা হায়য়ু।" মহাজনগী মচাশিংনা দলাল মথক্তগী লাউথরকখি; অদুগা মখা তারম্মী" ফত্তা নুংদা থোক্লদ্রিঙৈদা নখোয় হনখিবনা ফগনি ।"

পুংমুক মহাজনগী থোঙ্গান্দা লৈরফাউবদা থোঙ হাংলদ্রে । মীয়ামগী অশাউবা হেনগৎলক্লম্মী । মহেশনা 'ফত্তে অদুম তৌগনু হায়বা নংহৌদ্রে'। ময়াম চংদুনা মনুঙদা চেকতুম নুঙদুম লংশিল্লম্মী । মনুংদগী মহাজন্না পুলিসতা পাউ পিখ্রে । পুলিসসু হেক লাকপিরমদে ।

কুমারঘাট দিষ্ট্রিক্কী পুলিস এস, পি, না ইষ্ট দিষ্ট্রিক্কী পুলিস এস, পি, গা ত্রিপুরাগী অচৌবা ফঙ্কসন অমদা মখোয় অনি উনবদা ব্বারি তৌনখিবা অমা লৈখি ।" ব্রজলালা কৌবা মহাজন অদুনা মী কয়াগী খুৎসুমল মৎলি । মাগী মচাশিংনা মখোয়গী থবক শুবিবা মীবু ফুবা চৈবা কয়া তৌই অসিগুম্বা ময়াম অসিনা ব্রজলালাগী মথক্তা ষ্ট্রাইক চৎথরক্কনি হায়না ঐনা তাজে । করিগুম্বা ব্রজলালানা পুলিসকী মতেং নিরবদি ঐখোয় মাগী ব্বার্করশিংবু ফুবা চৈবা তৌবিগুমসি ।

মতমদুদা ব্রজলালাদি অতোপ্পা নাকল অমদা ফম্বা মখোয় অনিনা উরম্মী। মহাক ফম্বা উবদগী মখোয় নিংশিংনবনি। ইষ্ট দিষ্ট্রিক্টী পুলিস এস, পিসু হান্না পাউ খংলবগুম তৌরম্মী। মানা হায়রকখি- "মখোন্দি নুপীদৌনা থোৎ নৌরদনা তৌই; থবক্তি য়াম্না ঙম্মে হায়রি।"

মপাম্বোমগী পাঙ্গনতনা শেল তাম্লগা চাজবা মশা ফরবা নহারোল কয়ানা নূঙনা, চেক্তুম্না দোলাল মথক্কী থোঙনাউ তম্না লংশিনখিবদা থোঙনাউগী মিংশেল থুগায়রগা ইমুংদা লৈবা মী কয়া তমথিনা শোকপগী অরাক অখংননা কপ্পা লাউবগী মখোল তানখি। মিকুপ খরগী তুংদা বিলদিং মতোন্দগী নোংমৈনা অতৎ অখম লৈতনা কাপথোরকখি।

'এ' নোংমৈনি', 'নোংমৈনা কাপ্লে', 'ঐ নোংমৈনা পাল্লে 'ঐ শিরে' হায়বা খোল্লাউ ঙাক্তা তারক্লে। অন্দোলনকারি তংখায়মুক অশোক অপন নংলে। য়াম্না থিনা থিনা শোকপা য়াউরে। অন্দোলনকারি কয়া কায়দুনা চেন্নখ্রে।

নোংমৈ মখোল তাবদা মাইকৈ কয়াদগী মীয়াম পায়শিন্নরক্লে। থবক শুফমদগী নুপা নুপী লোয়না হোতোরক্লম্মী। কমুনিতি হোলদগী ক্যামেরা লৌরুদুনা অশোক- অনা, লম্বী সড়ক্তা তারিবা ঈ, মীওইবগী শাদোং, কনাগী মখোঙ, কনাগী মখুৎ, কপ্পা লাউবা তৌনবা, থম্মোয় শোক্লা য়েংনবা মীশিং পুম্নমক ক্যামেরা লৌখ্রে।

সি, পি, আই; সি, পি, এম; গী সেক্রেটরিশিং, সোসিএল ৱার্করশিং, পার্টিশিংগী মেম্বরশিং লোয়না পুল্লরে। ত্রিপুরাগী পুলিস ইষ্ট এন্দ ৱেষ্টকী এস, পি, শিং ডি, সি, সাহেব ১সুং অফিসিএলশিং লাকখি।

এম্বুলেন্স গাড়ি মরিদা অশেকপশিং হাপকত্তুনা হোস্পিটান্দা পুখ্রে। মফম অদুদা কপ্পা লাউবগী মখোল নত্তনা অশোকপশিংদি অমত্তা লৈত্রে।

পুলিসনা থোঙদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা থোঙ্গাল হাংদোক্লম্মী। ব্রজলালাগী মশা নোয়বিবা মী, চাক ঈশিং থোঙবা থাকপা মী অনিসু য়াম্না থিনা মকোক কায়দুনা ইমুংদা লৈরম্মী।

ইংখোল থুংনা চেক্লা ৱাংনা খাদুনা চাউরবা ৱাংলবা বিলডিং, মীনায় মীশলশিংগী তোঙান তোঙানবা য়ুমশিং, কার অমদি গাড়ি মচাশিংগী গেরেজ, মাল চাং পৈফম অচৌবা শঙজাউ অনি, মাল থন্না য়াউবা টাটা

গাড়িশিং, ইংখোল্লুং অসিদা মিংনা উরিবা মমল য়াম্ল য়াম্লবা পোংশিং অসি লাইরবশিংনা শাবিখিবা, লৈবিখিবা ঙাক্লি। মহাজন্না ফংবা শেলগী ১০০গী অমা পিথোকপা পাম্মুবদগী মহাকপু পৈশাশিংনা দন্দি পিখ্রে।

ডিষ্ট্রিক্ট অনিদগী লাকপা পুলিস অফিসারশিংনা ব্রজলালা মহাজনগী য়ুম কোয়শিন্দুনা রেদ তৌখ্রে। শো ফক্কায়দুনা, বাল থুগায়দুনা, মাল চাং, টি, ভি, বাসিং মেছিননচিংবা থুগায়দুনা ড্রগ, হেরোইন, এল, এস, দি লৈব্রা য়েংখ্রে। এ, কে, রাইফল ফিফটিসিক্স অহুম লৈবা থেংনরে। সনা মোহোর ১৭, লুপা লাক্ষ ৮ লোম, অদুগা রিভোলবর অমসু ফংলম্মী।

মরাইবক থিবা হায়গদ্রা ফবা হায়গদ্রা চহি ৩ তাম্লোকখ্রবা মুহোনসু মরক মরক্তা লোল্লা ময়ুমদা লাকচরম্মী। মীয়ামদা নোংমৈ কাপ্পা অদুদসু মা লৈরম্মী। নোংমৈশিংদি এক্সিদেন্ট থোকপদা শিখিবা পুলিসশিং অদুগীনি হায়বা পুলিস এস, পি, না খংলম্মী মতৌ করম্না মখোয়গী খুত্তা লৈরম্বনো খনবদা ঙক্লম্মী।

পুলিসনা ব্রজলালা মহাজন্দা মচা নুপা কয়া, নুপী কয়া পোকপগে হংলম্মী। মহাজন্না মাগীদি মচানুপী লৈজদে মচা নুপা অহুম পোকই খুম্লম্মী। ব্রজলালা ১সুং মচা অহুম হেন্দকপ চম্লম্মী। অদুগা ব্রজলালাগী মখজাই অনিদা খুবাক্লা থারগা হায়রম্মী - ইয়ার গন্না মীশিগদ্রা, কদায়দগী হুবা নোংমৈনো, গাড়িদা কাখৎলু।

শুমাংদা লেপতুনা লৈবা নিপা অনিগা নুপী অমগদা পুলিসনা হংলম্মী— নখোয় কনা কনানো ? মকোক ঈ থোক্লবা কিথি কিরুম তৌবা,মমিত্তগী মপি তাবা মখোয়না খুম্লম্মী- সাহেব ঐখোয়দি মীনায়নি। ননায় ঐনা ইমুং অসিগী চাক ঈশিং থোংজবনি। মহাক অসিনা পাবুং মহাজন অসিগী মশা নোয়বিবা মীনি।" পুলিসনা নুপী অদুদা ওনশিল্লগা "নংদি কনানো" হংলম্মী। নুপী অদুনা খুম্লম্মী — "ঐদি মহাজনগী নুপী অনাবীগী সেবা তৌবিনি।" পুলিসনা— "নুপী হায়বা লৈতে, নুপা হায়বা লৈতে; লানবু লাল্লবদি চৈ চায়। অচুম্বনিকো ?"

মখোয় অহুম্মক্লা "অচুম্বনি" হায়জরম্মী।

পুলিসনা মখোয় অহুম্মক থাদোকপিরম্মী।

অশিবা মরিদি পোষ্ট মোর্টেম তৌরবা তুংদা লুপা লাক্ষ অমমমসু এক্স

গ্রেসিআ ওইনা খুৎশিন্নখ্রে। অদুগা ইমুংগী মী অমমমসু ফোর গ্রেদতা থবক পিবা য়ানখ্রে। অশোক অনা খরদি ত্রিপুরা সর্কারনা দিল্লিদা থাখ্রে। অয়াম্বা অশোক অনাশিংদি ষ্টেট অসিগী হোস্পিটানশিংদা লায়েংলি। খর খর শোকপাশিংদি হোস্পিটাল্দগী দিসচার্জ তৌদুনা, লুপা লিশিং ১০/১০ পিদুনা মতম খর য়ুমদা পোত্থানবা হায়খ্রে।

জেনরেল সেক্রেটরি বড়জাওগী মফৈগন্দা নোংমৈনা পান্দুনা ঈ বোটল অহুম কাপতুনা লায়েংখি। য়াম্না য়ানা চয়োলমুক চৈনাখোল খাংলগা ফরকখি। মহেশকী খুৎ ওইগী শরু অলনা ১সুং রেদিয়সসু নোংমৈ মরু অনিনা পানবদগী এক্সরে য়েংবদা শরু মচেৎ কয়া থোক্লা কায়রে। মখুরা পুলিস এস, পি, সাহেবকী মীনি খংবদগী মখোয় অনিদি স্পিসিএল ৱার্দতা থমদুনা ডাক্তরশিং ১দি পেরামেদিকেলশিংনা কন্না হোৎনবিরম্মী। মখোয় অনি হান্নগী মতৌগুম ফরকখি।

থৌদোক অসিগী মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা ব্রজলালাগী কার, হৱা গাড়ি টাটা৫, স্কুটর ৩, মোটোর সাইকল ১সুং লৌ পরি ৬০ বু সি, পি, আই; সি, পি, এমদা শুপ্নগী লুপা লাক্ষ ২১ দা য়োহ্লোকখি। তৌবতবু সি, পি, আই ১সুং সি, পি, এম না লৌ পুন্নমক অদু লৌ লৈজদবা ইমুংশিংদা চপ মান্নবা মওংদা য়েনবিগদবনি।

মহাজনগী ইংখোন্দা লৈতবা থবক শুফমশিংদা লৈখিবা নূঙ তকখায়নবা খুৎলায়, এক্সকাভেটর, লৈবাক তক্লবা রোল্লর অসিনচিংবা পুন্নমক থবক শুফমদগী লৌশিল্লুরগা থোঙ্গাল চেৎনা লোনখ্রে।

তোঙাল তোঙানবা বেঙ্ক একাউন্ট পুন্নমক সর্কারনা সীল তৌখ্রে।

অশিবা ইমুংগী ক্ষেত্রিপুরোন পিনবা, দিল্লিদা লায়েংলিবা মীশিংগী শেল, ব্রজলালাগী শেন্না সর্কারদা মতেং ওইনখ্রে।

ইং ১৯৭৯ দা সর্কারগী থার্দ গ্রেদ ১সুং ফোরগ্রেদনা ফংখিবা তলবকী মতুং ইন্না বড়জাও ১সুং মহেশকী উকিন্না তৌরিবা চার্ট য়েংলগা মাগী মাগী ফংফম থোকপা শেলগী ৩গী ২ পিথোকখ্রগা খরা লৈরগা অৱাংপশিং লোয়না ফংনখি।

ব্রজলালাগী য়ুম ইংখোল নিলাম তৌরম্মী। অদুবু সর্কারনা লৌনিংবা মমল অদু প্রজাশিংনা পিবা ওল্লমদে। ধর্ম্মনগরগী ইনাকখুনবা নিপা অমনা

লৈবা পাল্লম্মী । অদুবু মাগী নুপী অঙাংনা ফত্ত-নুংদা থোকখিবা ইমুংগী ইংখোল লৈশিনবা তৌহৈদে হায়দুনা য়াখিদ্রে ।

"ধর্ম্মনগরগী অকোয়বদা লৈবা মুঙ্গেরনচিংবা খুল অহুম্ন ব্রজলালাগী লৌ অয়াম্বা উবি । ব্রজলালাগী লৌ হান্না, উবিবশিংনা অদুম্মক উহনগনি । তৌবতদি ইমুং অমনা লৌরাক অমদগী হেন্না উবিবা য়াদে । লৌ শঙম, অমগী লৌশান ফৌ পোমা ওইগনি । ব্রজলালাগী লৌ লৌরাক্তগী হেন্না উবা মীশিংনা ঐখোয়দা পাউ পিবিরক্কদবনি, অদুগা লৌ উনিংলগা লৌদি লৈজদবা মীসু ঐখোয়দা খংহল্লক্কদবনি । ইমুং অমদা মী মঙাদগী হেন্না চাবসু ঐখোয়দা খংহনবিরকউ ।" লাউথোকখ্রে ।

হৌজিক খুনগী মীশিংগী শেম্বোক হান্নদগী হেনগৎলগনি মরমদি পোৎ-চৈ লৈবা লাকপা মীশিং, অউনপোৎকী চিংথোক চিংশিন, উ ব্রা চিংবা, লৈবাক, লৈঙোয়, চেক, য়োৎ পুম্নমক্তা শিজিন্নবা য়ারবা টাটা গাড়ি মঙা মখোয় পার্টিগী ফন্না লৈজবা ঙস্লে ।

"ইবুঙো নংসু সোসিএলিজম কম্যুনিজম পামজনা শেমগৎপদা শরুক য়াউ । থবক্তি অদুদা অদুম লৈজবা পোৎনি" শেন্নুনা হায়রম্মী ।

মহেশনা হোস্পিটান্দগী ভিসচার্জ হেক তৌরকপগা ব্রজলালা ব্রার্করস ইউনিয়নগী সেক্রেটরি কৌহল্লম্মী । সেক্রেটরিদা মুঙ্গেরগী কম্যুনিটি হোল্দা ব্রার্করসশিং লাক্লিবা মেগী তাং ৬ অয়ুক্কী পুং ১০ দা পুন্নবা হায়রম্মী ।

অয়ুক্কী পুং ১০/১১ দা শিম্নীশিং পুল্লম্মী ।

মহেশনা ব্রা ঙাংলম্মী- খুঙ্গং অসিগী অহল লমন, ইচিল-ইনাউশা হৌখিবা এপ্রিলগী তাং ১০দা অন্দোলন চংমিন্নবদা মরায়বক থিরবা রামটলাগী শিম্নী অমা, কালেশ্বর খুনৌদগী শিম্নী অহুম, লোয়নমক্কা শিম্নী মরিগী মপুন্সি মাংখি । মখোয়না ঐখোয়গীদমক থব্রায় কৎখি । ঐখোয়না (মীওইবা জাতি) অসিগুম্বা মীশিংবু কাউফম থোক্তে । ঙসি ঐনা ময়াম্বু কৌজবদি লৈখিদ্রবশিংগী অব্রাবা ফোংদোকসি কৌজবনি । হৌজিক লৈখিদ্রবশিংগী থব্রায়না ইংনা চিক্লা লৈরুনবগীদমক মিনিট অনিদং তৌবিমল উৎপা ওইনা তুমিন্না লৈসি ।

ময়াম লেপখত্তুনা মিনিট অনি তুমিন্না লৈরম্মী ।

মিনিট অনিগী তুংদা মখোয় তুমিন তুমিন ফমথরম্মী । মহেশনা অমুক

ৱা ঙাংলম্মী— মখোয় মরিনা শিবিখিবদো ঐখোয়গীদমক্তনি । মখোয় মরি শিবদুনা মহাজন ব্রজলালা অদুগা মচাশিং লোয়না মপুক্সি অসিমা জেন্দা লেনবা নত্রগা ফাঁশি তৌখ্রগনি । মখোয়গী লৈজবা লল থুম অসি ঐখোয়দা নহানখৈ খুৎসুমন পিরকখিদবা অদুনা লৈখিবনি । অদুনা হৌজিক্তি মাগীনি হায়বা পোৎ খুদিং ঐখোয়গী ওইরনি ।

ময়াম খুবাক খুরম্মী । লাউবা, খোংবা, কল্লক পেল্লি হায়নরম্মী অদুদগী মহেশনা মখা তারকখি- মরায়বক থিরবা মখোয় মরি লৈখিদ্রে । অদুগা হৌজিক হৌজিক দিল্লিদা মখোঙ তৎপা অনি মখুৎ তৎপা লায়েংলি । মখোয় খর খর চৈনাখোল খাঙবা ঙম্লে হায়না তাখ্রে । অদুবু ওম্থোকপনি, মখোয় পুক্সি অসিমা শোয়নায়রগদবনি ।

মখোয়না হোৎনবগী মপান্না ঐখোয় ময়াম্না মতম কুইনা চাদ-থক্তখৈ শুখিবগী মহৈ ফংজগদৌরিবনি ।

খৃঃ ১৯৪১ দা সুভাসচন্দ্র বোসনা কলিকতাদা হায়খি "নখোয়দগী ঈ খুজোক অমমম পিয়ু, ভারত নিঙ তম্বা (স্বাধিন্ত) ফংহনগে" মহেশনা মখা তারম্মী 'ঈ কত্তনা, ৱাদনা, হোৎনবা য়াউদনা, থৌনা লৈতনা কদৌঙৈদসু নিঙ তম্বা পোরকলোয় ।

ঐনা তাবদি ব্রজলালা মহাজন্না মী শিজিন্নদুনা, মীবু চাক পিজবোই পিজদবোই তৌদুনা থবক শুহল্লকপা হৌখিবসি খৃঃ ১৯৫২ দগীনি হায়না তায় । মখোয়শিং অদুদগী পারগা ঐখোয়না থবক লৌখৎচদ্রে । অশিবা কয়া য়াওখ্রে, চৎপা ঙমদবা কয়া অদু থিগৎপদা অৱাবা অমা ওইদৌরি । অদুগা করিগুম্বা ঐখোয়না মাগী মথক্তা অন্দোলন চৎথরক্কনি হায়বা খংখিবা থোক্লবদি মাম্মা বড়জাওগা ঐগা মচাশিংনা মী নেক্তুনা ফুবা হাৎপা তৌখিগদবনি ।

মহাভারতকী ৱারিদা য়াউরি- মখুৎ লিশিং অমা পানবা সহস্র অর্জ্জুন্না প্রজাশিং ওৎ নৈরকপদা পরাশর মুনিনা লৈবাক্কী নিংথৌ মচা পুন্নমক পুনশিন্নদুনা সহস্র অর্জ্জুনগী মথক্তা লাল থেংননবা হোৎনবগুম মাম্মা বড়জাওনা শিম্মী ঐখোয়খৈ পুনশিনবিদুনা ব্রজলালাদগী ঐখোয়গী শেল পুন্নমক লৌথোকচগদৌরি ।

অদুবু মাম্মা বড়জাও কয়াদা থিনা শোক্লবা । মহাক থামুক অমগা হোস্পিটাল্দা লৈখিবা তারি । হৌজিক ঐখোয় পুন্নমক্না লৈখিদবগী ইনুং,

অশোক অনাগী ইমুংশিংবু লুনা চান্না তৌসি । লৈখিদবা মখোয় মরিগী সমাথিদা লৈশু কংপা লেপকুমসি ।

খৃঃ ১৯৭৯ গী জানুৱারি থাদগী ঐখোয়না থবক শুখিবগী শেল র্সকারনা পিরগনি লাউথোকখ্রে । র্সকারগী কেজুয়েল ৱার্কর নত্রগা থাদ গ্রেড, ফোর গ্রেড অমগা মান্ননা তলব শারকপসু য়ায় । লাইরিক হৈবা খরদি র্সকারগী অহাঙবা পোষ্টতা মেনশিনখিবা য়ায় । তৌবতবু থা খরদি চার্টকী মতুংইন্না তলব শাবদা চংখিগনি ।

ঐখোয় খুন্দা ঐনা নুঙায়জদবদি খৃঃ ১৯৭৯গী মমাংদগী হৌজিক ফাউবা থবক তৌরিবা, মাম্মা বড়জাওগা উনশ্রবা শিম্মী ৪৭ কী মনুংদা ২৮ দমক অন্দোলন য়াউবিখি । অন্দোলন য়াউবিবা, য়াউবিদবা অনিসি খেন্নে । অন্দোলন য়াউদবা মীদি মাগী শেল ফংদ্রবসু য়ারে হায়বনি । মী তিন্নরগা থবক তৌবা পামদবা, মশাগীতা খনবা, অশোক অপন নংগনি কিবা পাংদবা মী ওইগল্লি । অয়াউবা মীগীদি য়াম্না চাউথোকচনিঙায়নি । মাগুম্বা কয়া পুল্লগা, অপিকপা ককচেং ময়াম্না অচৌবা তিনথ্রোক পুঙম্বগুম ব্রজলালা ইনথুবা ঙম্বনি ।

ঐখোয় লায়রবা ঙাক্তনি । লায়রবা মপান শাদে, ইনাকখুনবা মহৈ য়ান্দে হায়বদুনি । ঐখোয়গী নুঙায়বগী নুমিৎ অদু লাক্লে । ঐখোয়গী র্সকারনা কো-ওপরেটিব কয়া শেমদুনা প্রজা নুঙায়নবা হোৎনবিরি । থা অমগী তলব য়ামদ্রবদা র্সকারনা লুপা লিশিং ৩/৩ শাবিরক্কনি খল্লি । নহানখৈ ব্রজলালানা নোংমদা লুপা ৫/১০ পিদুনা থম্লগা চহি ৫ হেক শুবগা অচৌবা শেনফম পিগনি হায়না থাজহনখিবা নত্রা ? চহি ৬ শুরবা ফাউবা শেল ফংনখিবা লৈতে । হৌজিক্তি ঐখোয় শেনয়াম অমগী মপু ওইনরগনি ।

ঐগী ঐগী হায়না শেল লৌথোক্লখ্রবদি শেনশিং অদুনা ঐখোয়বু মতম খজিক্তমক নুঙায়বা পিগনি ।

র্সকারনা ঐখোয়দা পিরকপা শেনশিং অদুনা পুনশিল্লগা বেঙ্কতা থমজিল্লগা ঐখোয়না তৌনিংবা থবক অমগী লোন তান্নরবদি ঐখোয়না বেঙ্কতা দিপোজিৎ তৌশিনখিবা শেল অদুগুম্বা ৪/৫ বেঙ্কনা ঐখোয়দা খুৎশিন্নরক্কনি । হৌজিক ঐখোয়না খন্নগদবদি করম্বা ফেক্টরি লিংখৎসিগে অসিনি ।

ঐখোয় খুলগী অকোয়বদা লৈবা মহাজনগী লৌ উবশিংনা লৌ অদুমক উবিয়ু । লৌশাল লৌররোয় । তৌবতবু ধর্ম্মনগরগী পার্টিগী ফন্না লৌহৌবনিনা লৌ শঙম অমগী চহিদা ফৌ পোপমা পোপমা লৌখৎপনা চহি তরা লৌখৎকনি । ইমুং অমনা মহাজনগী লৌরাক অমদগী হেন্ন উবা য়াদে । ষন থাদোক্লররোয় । লৌরোক মতুংদা নিংথম মহৈ মরোং থানগনি । ঙসিদগী খুঙ্গং অসিদা লায়রবা ঐখোয়না অয়ুক চারগা নুমিদাং হেনবা থাদোক্কুনা ঝাত্তা পাদবা অমা ওইরগনি ।

মথংগী নুমিৎ মেগী তাং ৭ তা মারুটি জীপসি মরিদা এস, পি, দেবদত্তনা মহেশকী য়ুমদা লাক্লম্মী । মহেশনা দেবদত্তগী মখোঙ শোক্ল অনকল হায়রগা খুরম্লম্মী । মহেশকী মনাও অনিসু মখুরাগী মখোঙ শোক্ল খুরম্লম্মী ।

মহোশকী মখুৎ ওই হেন্দি প্লাষ্টর তৌদুনা ঙকশমগা পান্ননা পুনবদু উবদা এস, পি, না 'খর ফরেকো' অদুদগী অমুক "ঐ হোস্পিটান্দা চৎলুবনি; নং দিসচার্জ তৌগ্রে হায় ফরেদনা ইচাদি" হায়রকখি ।

দেবদত্তানা মমায় খর লৈথোক্লম্মী অদুগা হংলকখি "ইতৈমাদি" মতৈমা থোইবী হরাওবগী মতৌ উৎলগা মনাওবু কৌরম্মী ।

দেব- ইচাশিংগা লোয়ননা মনিপুরদা লাকহল্লু হায়না তামোচৌনা ঙরাং হায়রকখি । কদৌঙে চৎনিংবগে ? অঙাংশা নখোয়বু ঐখোয়গা পুন্না লৈমিন্ননিংদ্রনে । করিগীনো নমায় লৈথোক্লিবা ? নখোয়বু পোকপা ইয়াম্বা য়াইমাগী মচানি খংনা লুনা চান্না তৌবিগনি । অমুক্তংদা ওইরবসু চত্তুনা নংগী শগে নাতৈ, নচিন ননাও, নচন নচে পুম্নমক মশক্তা ওইরবসু খংনগনিদনা । হয়েংলা, হংচিৎলা ঐঙোন্দা পাউ পিরকউ অনকন্না নখোয়বু তেক্তা কায়দনা য়োঁনবা শিনগনি ।"

মতমদুদা মহেশনা মাগী অনকন্দা ওনশিল্লগা হায়রম্মী- য়াম্না নুঙায়জে অনকল ঐখোয় নোংমা নিনিসিদা পাউ পিজরক্কে ।"

খবরনা য়োম্বা পেকেট মচা অমা মতৈমদা পিরগা "অঙাংশিংগী মফি মরোল লৈনবনি" হায়রম্মী ।

মতৈমনা লৌরোয় হায়বা য়াখিদ্রে । শেল অদু থনম্লগা চৎখ্রে । হন্দক এস, পি, সাহেবনা লাকপা অসিদদি মাগী গার্ডনা কনাগুম্বা অমত্তা চংহনখিদ্রে । অদুগা এস, পি, সাহেবসু কুইনা লৈরমদ্রে ।

## ৮ (নিপাল)

নুমিৎ খরনি লৈরগা জীপসি অমদা পুলিস ৪/৫ লাক্লগা মহেশকী মমা ১সুং মচিন মনাও উনরে। মখোয়না হায়রম্মী য়াম্না থুনা মনিপুরদা চৎনবা তৌবিয়ু। এস, পি, সাহেবকী মতৈমা অহল কন্না নায় হায়। শিদ্রিঙৈদা ইনাওনুপী অদুগা ইচাশিং উনানিংঙি হায়রি। এস, পি, সাহেবনা শোয়দনা উনহনগনি হায়খি। য়ুমগী পোৎ চৈ মাল চাং, মাংখিনি হায়বগী কিনিঙায় লৈতে। এস, পি, সাহেবকিদি হোরেন হয়েংনি। হায়বদি অসুক্কী মতিক থুহন্নিংই। নুমিৎ অদু ঐখোয়দা খংহনবিরো চৎকদবা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা এস, পি, গী মীনা লৌবা লাক্কদবনি।

মহেশনা য়াম্না লাংতক্লনা মমাদা ওনশিল্লগা হায়রম্মী- ইমা ইন্দোমচাগা ইমাহলগনা 'নংনা ত্রিপুরা যৌরগা নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নখোয় নচিন ননাও অহুমগা নমাগা লোয়ননা য়াম্না থুনা মনিপুরদা লাকউ হায়রকপনি। ইমা ঐখোয় আ-দা লৈবা লৈতবনা কোন্না খন্নসি। হৌজিক্কিদি ঐখোয় ইমাহল উনহৌদবা য়াদে। মানা ঐবু য়োক্লকপনি। নহান উনবা কান্দা কল্লাক কুরু শুংলবা, মখুৎ মশা হৈবি অমুনবগুম তৌরবনা ঐবু পোগে লাউ, পমগে লাউ তৌরিবা, ইমা, ইনাওশা ঐখোয় করি খন্নখিনি। ইমাহল, উনহৌরুসি, মফম অদুদা লৈনিংদ্রগা ঐখোয় অমুক হল্লকসি। হৌজিক ইমানা হায়রো, হয়েং অয়ুক। মমানা মমিত্তগী মপি চদুম চদুম তারগা হায়রম্মী— হয়েং অয়ুক।

"ঐখোয় হঞ্জরগে, হয়েং অয়ুক গাড়িনা লৌবা লাকচগনি, থৌরাং লোয়বিরম্মু" অসি হায়রল্লগা পুলিসশিং গাড়িদা কাখত্তুনা চৎখ্রে।

মহেশকী মনাউ অনি; অহন্না নন্দন, অতোম্বনা কানন। মখোয় কুমারঘাট কলেজদা মহৈ মশিং তম্লকই। অঙাং অনি অসি মহৈ তম্লিঙৈদগী হৌনা মখোয় নিশা চারকই। নন্দন ১সুং কানন্না তাধন মহেশনা ঐখোয় অনিবু হন্ন হন্না ইকায়বা পি। ইমা তিন্নদবা, ইমানা য়োকপিরকপা মীরম মচা মানা ঐখোয়দা কয়া থিনা থিনা হায়থ্রবা। মাদি মীতোপনি পরপ পরপ চৎখিনবা হায়না ঐখোয়না ইংখোল অসি অনিদমক থোক্লা খায়দোক্লে। অদুবু ইমানা মা শিরগা শোরাৎ শোন্নবনি হায়দুনা ইংখোল অসি অহুম

থোক্লে। অদুগদি তৌরিসে য়েংঙুনে, তাঋন্দা শিনবা ওইরম্লে। মানা পোকপা মচা ঐখোয়গা লৈমিন্নদনা পোক্তবা ইপানা চেল্লকপা মচা অসিগা লৈমিন্ননিংঙি। মাবু মতম চুপ্পদা য়ুম অসি থাদোক্কুনা চৎখিনবা হোৎনবা ঐখোয়না, করম্না মখোয়গী য়ুমদা লৈরুনি। করিগুম্বা খর লৈরগা মাগা ঐখোয়গা খৎনরবদি কমদৌবা তারি ? ঐখোয়না মাবু নুংশিদে হায়বসে মানসু খংলিবনি। ঐখোয়দা মতম চুপ্পদা অখণ্ড অহেতা শাদুনা লৈবা মাবু ঐখোয়না নুংশিখিগদ্রা ? মরুপ অমগা হেক থকমিন চামিন্নবদা মানা ঐখোয়বু মী ওইনা হায়দে। অদুগুম্বা মী অদুগা তিম্নু, চাহৈদবা চাগনু, থকহৈদবা থক্কনু ঐখোয় মী ওইনবা হোৎনসি। ইজ্জৎ মাঙবা থবক তৌগনু। নকোক ঙাউহঞ্জদুনা, পুকলিন, চাকখাও ফিরাক, পৈ তাননবা শিনগনু। নারগা লিবর সিরপ, দাইজিন, এস্টাসিদ থক্লগা ফগনি খনগনু। ঙায়হাক ঙায়হাক ফবা মানবনি। অসিগুম্বা ব্রা অসিতনি মানা ঐখোয়দা ঙাংবা। নহান মানা হায়ববু 'ইমানা বাবা লৈত্রবা তুংদা কপলিবগী মরমদি নখোয় অনিনা নিশা চারগা ঐঙোন্দা খৎনবা হেক হেক হৌবননি। খর লৈরগা নখোয় অনিগী মৌ লাক্কনি। মখোয়সু ইমাগুম কপকনি। মরমদি নিশাবু চারবদি খর থুনা শি খংবননি'।

নখোয়না হায়রি ঐ চৎখিনবা, খৎনবা হৌনবা, মাই কন্নবা থকপা চাবা তৌবনি। ইনাউশা, ঐ নখোয়বু নুংশিদুনা মফম অসিদা লৈবনি। নখোয় নুংশিদ্রবদি ঐ নখোয়গী ননাক্তা লৈনিংঙোয় নখোয়না হায়রি ঐ লৈত্রবদি থকপা চাবা তৌররোয়। তাউ—ইনাউশা, ইনাউ অনি ঙাউব্রি হায়দুনা শেন্নদুনা লৈবনি। করিগুম্বা ঐ নখোয়বু থাদোক্কুনা চৎখিবা থোক্লবদি নখোয়দি খুর্জি য়াউদবা শগোলগা পাঙখক ওইরগনি"।

মচিন মনাউ অহুম অসি নুংশিনদে। মহেশনা কন্না নুংশিননবা শিল্লি। মনাউ অনিনা তোখায় তানবতা শিল্লি। মখোয়না ঙাঙনখিবা হায়নখিবা খরদি মথক্তা পঞ্জখ্রে।

পুলিস লাক্লম্বগী নুমিদাংদা মচিন মনাউ অনিমক পুন্না হিদাক থকমিন্নরম্মী অদুগা ব্রারি শারম্মী।

কানন্না ময়াম্বদা হংলম্মী—তয়ায় নংবু হয়েং চৎকদ্রনে ? নন্দনা শুক্তোক্লগা খুন্নকখি- ঐদি চৎলোয় নংদি ?

কানন— নং চত্ৰদি ঐসু চংলোয় ।

নন্দন—অঙাং অনিগা মখোয় মরিদা মরায়না চংচখিনি । মীগী ময়ুমদা লেকফম চাফম, ঐখোয় য়ান্নবদি নুংশিবা নত্তেদা । হায়দবা য়াদবগী হায়বনি পুলিসকী গাড়িনা লৌবা লাকপা কান্দা ঐখোয় অনি চংত্রগবু ইমা কদায়দগী চংকদগে ? মচা অশেংবদি ঐখোয়নি । শেংদবা মীগী মচাদা মচা কয়াম কুইনা ওইবা য়াগদগে ? কোকিল মচাবু কাক্কা মচানি খন্না তান্নজে । কাক্কুনতা মচানি খন্না নুংশিজে । অদুবু কোকিল মচাদুনা করিমতা খনবিদবগুম ইমাসে চংখিবা থোক্লবদি বাজগদৌরিবনি । করিগুম্বা য়ুমদা চেন্নকপদা ইমা লম্বী খংদবদগী মাংখিবা য়ায় ।

কানন- সহ্রদদি অচৌবা কাঁবার তৌবা মী, শেঙ্গাও পায়বা মী, অফিসকী অচৌবা ফম পায়বগুম্বগি লৈফম্লি । ঐখোয়না মফম অদুদা করি শুরগা চারুনি ? স্লিপর ওইগে ফংদে, রিক্সা থৌবা, থেলা গাড়ি চিংবগুম্বা থবক ফংনি ।

নন্দন— ঐখোয় সিদদি লৌ খর উরগা, কুম অমা চানবা ফৌ পৈশিল্লগা, ঈংখোলদগী মনাশিংনা এনশাং ওইরগা পংচা চাবা য়ায় । ঙা চানিংঙগা পাত্তা, শীং লৈত্রে চীংদা কাখৎলগা হেক্তা ফংই । সহড়দদি ঈশিংসু লৈ, শীং, ঙা, মনামশিং মরোই মপাং লোয়নমক লৈবগী লৈবা ঙাক্তনি ।

কানন— ঐখোয়গী ইপাগী মরমদম্লী । ঐখোয়সু রাইট লৈ । অমুক্তং চত্তুনা শাগে নাতে, ইচিন ইনাউ উনবসু চুম্মী । ঐখোয় মীওইবসে চংনিংঙেনা হেক্তা চংপা য়াদে । হন্দকিসি মনিপুর চংহৌবগী তান য়াম্না চাবনি । খর লৈরগা কোক হেক হল্লকপা য়ায় । অদুদা ইপাদুগী পোকফমদা চংপা হায়বসি তাধনবু ঐখোয়না চান্নবা হৌবনি । মাগা চান্নরগা ঐখোয় নিংতম্না চাবা থকপা ফংলোয় । মা মফমসিদা লাক্লিংগনি । লাক্লবদি লৌ ইংখোল অহুম থোক্না য়েন্নগনি । চত্তবনা ফৈদা ।

ঐখোয়না মনিপুর চত্রবদি মহাক সিদা লাকপা হঙ্গোয়গনি । মা অমুক হল্লক্তনবা লাই খুরমসি। ইপাদুনা ইমা লৌবদা ইমা নুংশিদুনা লৌখিবা নত্তে । অমরোমদা ইমাসু ইপাদুদা নুংশিদুনা লৈখিবা নত্তে । মৈ লৈবা মফমদা মঙান্না লৈবগুম অঙাং অদুনা মরম ওইদুনা লৌনা লৈনখিবনি ।

মনাউ ময়ারকপনি হায়দনা মানা মফম মতম য়েংদবদি ঐদি ওম্বোক্লা শাউনিংম্রে । ঐখোয়দমক লৈবা কান্দা ঙাংলবদি ফৈদনা । মীগী মচা পক্লা মা ঙাংঙি । অদুদদি ঐখোয়সু ইকায়রে, মরুপ অদুসু ইকায়রে । জিব অমত্ত মপাগী মতুং ইন্দে; মমাগী মতুং ইন্নবা ঙাক্লি । ঐখোয় বাবাহোয়গী মচিন মনাউ নুঙায় হায়না তায় । অদুবু মপা লৈত্রবা ঐখোয়গী শেল কনানা পুথোক্কুনা মানোম্বিগদগে ? হৌজিক ইপাদো লৈত্রবনিনা মখোয়গা ইমাগা করিসু মরি লৈনদ্রে হায়বা য়ায় । ইপাদুনা হিংলিঙৈদা ফাউবা মযুমদা চৎসি য়াদে হায় । মহাকপু য়াম্না তমথিনা তৌবিরকপদগী অঙাং (মহেশ) পুরগা চেল্লকপা ওইরমগনি ।

অসুম্না মারি শাদুনা মহেশকী মনাউ অনি নুমিদাং অদুমা লেনখি ।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা গাড়ি অমা মহেশকী য়ুমদা থৌজিল্লকম্মী অদুগা দ্রাইভরনা মহেশতা হায়রম্মী— খর ঙম্না ইম্ফাল য়ৌনবা থৌরাঙ লোয়রবা নত্রা ?

মহেশনা 'লোয়জরে' হায়রম্মী অদুগা মমা, মচিন মনাউ, লোয়না কৌথোক্লম্মী । অঙাং অহন্দি হরাউবনা লোয়রে । মানা গাড়িদা কাখত্তুনা ফমখ্রে । মহেশকী লোয়নবিসু মচা পম্লগা কাখৎখ্রে । মচিন মনাউ নন্দনগা কাননগদি চৎলোয় হায়রে । ইনৌ নৌনা ফমুংদা চংলগা হিপতুনা লৈথোকখ্রে মতম অদুদা মমানা মচা অনিদা হায়রম্মী- নখোয়গী দেশ, নখোয়গী নরমদম মনিপুরদা চৎলোয় হায়বা 'নহানথৈ নখোয়না চৎলোয় হায়বদো অচুম্বা ওইরবা ! ইমাগী ইবুঙো অনি, নখোয় নিশা চাবদগী ঙাংঙোয়দবা মাঙাং, তৌরোইবা থবক তৌদনা ইমাবু নখোয় অনিনা য়াম্না ওৎলিদকো ! নখোয়না খল্লিবসি য়ুদনি, অতে অমা খনবা ঙমদ্রে । নপাগী য়ুমদা লৈরগা য়ু থকপা য়ারোয় খনব্রা ? ইমানা নখোয় অনিগী য়ু থকফম কা শেম্বিগে । মীনা ঙাংবদা লৌবা, ইম্নানা ঙাংবদা লৌদবশা নখোয়বু, পোকপা নপাগী মযুমদা নখোয় চৎলোয় হায়বা । ঐনদি নখোয়বু লৌবা লাকপগী হরাউজরি । মফম অসিদা লৈতদুনা মপা মতোনগী য়ুমদা লৈরগা মখোয়গী অনাবা ফগনি । ঐসু ইচা মহেশকী মপান্না ইবুরোইবগী য়ুম খৎজগদৌরে হরাউজরি । নখোয় অহম তিন্নবা য়াদবা, নুংশিনদবা অসিনা ইমা তুম্বা, চাবা য়াদ্রে । নোংম নোংমগী য়াঙ কংশিল্লক্লে ফগে,

নখোয় হৌজিক অহনগী মচা অতোপ্পীগী মচা হায়না নখোয়না খায়দোকপিরি । ইমাগী থম্মোয়দদি অপোকপা ইচা পোক্তবা ইচা হায়বা লৈতে । ইমাগী থম্মোয় ইংহনবা ইচা, ইমানা হায়বদা ইনবা মচা অদু ঐগী ইচানি । ফত্তবা ইচাবু ঐনা পোকপনি খন্দুনা অদুম কোনবদি তৌররোয় । নখোয় নশা নহা ঙাক্তনি, নখোয়বু ফনবা ঙাংবা ব্রা নখোয়না হ্ ওইনা খল্লি । ঐ চৎখ্রনি । ইমা মফম অসিদা অমুক হল্লক্করোয় । ঐ থৌদামগী মৌনি । নুপীনা মপামদা শিহৈদে । য়েংসি নখোয়বু কনানা চাক ঈশিং থোংদুনা পিজবা ! মমা ওইবগী মচাদা নুংশিদুনা 'হে অঙাউবা' হায়বদা নখোয়না ঐঙোন্দা করি হায়না খুন্বা 'নংনা অঙাউবা নুপাদা লৈবনা নচা অঙাউবা পোকচবনি' হায়বা । অদুদি করিগীনো হায়য়ু হিদাক থকত্রবদি হৌদোং তুমিন লৈবগুম লৈরিবা ! হিদাক থক্লগা লাই শাদুনা ঙাউবা নত্রা ? নপাবু অঙাউবা নিপা হায়ঙম্বা নখোয় পৃথী লুম্লবা পোকপনি মৌ লৈরগা খর ফগদ্রা খন্দুনা মৌ থিবসু ফংদে । নচাশিং নিশা শিজিন্নে, ইচা থাজরোয় হায়রি । ঐ ঙসিদগী থম্মোয় কনবি নুপী অমা ওইরগেকো অমুক হন্ন ঐ নখোয়বু উনবা পামদ্রে । মপোক মপোক খুদিংদা নখোয়বু ইচা ওইনা ফংজরোয়কো ।

ব্রাহ্মণশিং অসি হায়রগা লৈখিদ্রবা দেবরাজগী লোয়নবী থোইবীনা মমায় নোংপোক ওল্লগা মখুৎ লোন্নদুনা "ইবুঙো নহাক্না হিংলিঙৈদা ঐবু নয়ুমদা পুশিনবিরমদে অদুবু নচা নুপানদি ঐবু নয়ুমদা পুবিরে ।"

অদুদগী থোইবীনা মখুৎ লোন্নদুনা অতিয়াদা মমায় লোংখৎলগা 'ইমা ইবেম্মা, ইপা ইবুঙো, অদুগা ইংখোন্নুং অসিবু কোনবিবা লাই নখোয় পুম্নমক্তগী নচানা ইপুরোইবগী য়ুম চৎলমদায়দা কায়নবগী য়াথং নিজরি ।

অসি হায়রগা থোইবীনা মচা মশুশিংগা লোয়ননা চৎখ্রনি তাবদা লাকপিবা সুমাংদা তিল্লিবা মীশিং অদুদা 'ইচে, ইনে, ইনম্মা, তাদা, ইনাও, ঐ চচ্চরগেকো" হায়রম্মী ।

মীশিংনদি মাগী অচেৎপা অদু খংফম থোক্তে । মরম অদুনা মখোয়না ইচম চম্না হায়রি 'ইচে, ইনম্মা, ইবেম্ম, নং কুইনা লৈরক্কনুকো, খর লৈরগা অমুক হল্লকউ' ।

থোইবী, মহেশ মামা মচাসু গাড়ি কাখৎপ্রে, থৌপ্রে ।

মমাগী ব্রাহৈশিং তাবদা মখোয় অনি অকিবা পোক্লম্মী, নহানখে মমানা চৈবদি নিশানা পুক থল্লিঙে, ঐ করি তৌগ্রে, ঐ করি তৌরি, ঐ করি তৌদৌরি, কোক্তা করিমতা চংদ্রকান্দা ঙাংখিবনি । মরম অদুদগী মমানা ঙাংবা করিসু ওইনা খনখিদে । ঙসি অয়ুক অঙনবদা পুক্তা, কোক্তা নিশা অমত্তা য়াউদ্রবা কান্দদি মমানা ঙাংলিবশিং অসি মচা ঐখোয়বু ফনবা ঙাংবনি খল্লম্মী । অদুবু নিশানা লাকহৎলবা মীগী মফমদদি অফবা পুম্নমক তপ্ন তপ্ন অরেম্বা তাহল্লম্মী ।

মমা ময়াম্বহোয়না চৎখিবা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তগী মচিন-মনাউ অনিগা অতোপ্পা পাখং মচা অহুম মরিগা লোয়নদুনা নুতিগী চাক এনশাং হাউনা হাউনা থোংদুনা, ব্রাথি ব্রারেম ঙাংনদুনা চাক চামিন্নরম্মী ।

মনা মনিল নায়দনা চাবা থকপদা অথিংবা পিবিবা য়াউদনা লৈরকপা থা অমরোমগী মতুংদা নোংমা অয়ুক অঙনবদা কানন্না অঙাং মচাগুম ফমুঙদা কপ্লম্মী । ময়াম্বনা ফমুঙদগী হৌগৎলগা মনাউনা লৈবা কাদা চংলম্মী 'করি তৌরগে, করিগী কপ্লিনো' ময়াম্বনা হংলম্মী ।

কানন্না মপি তৈথোক তৈথোক্লা খুল্লম্মী— 'করিসু তৌদে' ।

নন্দন— অদুগা করিগী খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লিনো ?

কানন— তাতোন ঐখোয়সু মনিপুরদা চৎসিনা ।

নন্দন— করিনোনে কানন নংবু ঙাউরব্রা ? মীরমদা ঐখোয় করিগী চৎকনি । চৎকুমসি হায়নদুনা লৈহৌরগা, হৌজিক্ক করি খল্লক্লগে ?

কানন—ঐখোয় য়ু থক্তুনা লৈরগুমসি । মনিপুরদা চত্তুনা অহল লমন্না হায়বা ইনবা মচা ওইনবা তৌসি । মতম খর শাউনরবসু অমুক চান্নবা মতম ওইরে । আ-দা লৈরগা ফত্রবা নিশা অসি ঐখোয় থাদোকপা ঙমগনি

নন্দন—ঐখোয় অনিবু মতম চুপ্পদা তাথি তাওইনা তৌবা মহেশকী মনাক্তা লৈবা নং পাম্মব্রা ? নিংতম্মা য়ু থক্তুনা, চামিন্ননিংবা মী কৌশিন্দুনা থক চাদুনা লৈবসি কয়া নুঙায়রবা । নোংমনা অমনা খচর তৌবা, নোংমনা অমনা, অসুম্না লৈবা পামজবদগী ঐখোয়সিদা লৈহৌবনি । লৈরিবা লৌ-ইংখোল শমপত্তি মচেৎ মচেৎ য়োন্দুনা চারগা লোয়রে । ইচিন-ইনাওনা হিংলিখে চানিঙায় লৈ ।

মতম খর লৈরগা লৈরগা অমুকসু নোঙাল্লকপদা "ইমা লাও-ও, ইমা লাও- ও, ঐসু নখোয়গী ননাক্তা লাক্কে' মদুদসু নন্দন্না চেনশিল্লম্মী অদুগা হায়রম্মী "নং কৈনোমা তৌরে ঙরাংগী অরেম্বা অসি থকচিল্লু" অসি হায়রগা মানা মনাউদা য়ু গ্লাস অমা থনকোক হৈরগা পিথক্লম্মী ।

লিরি লিরি হুম্বা মালংবা নুংশিংনা কাননগী কাদা হুমজিল্লক্লুনা কানন পোথাহনখ্রে ।

কাননগী ব্রাখলগী লায়না নোংম নোংমগী হেঞ্জিল্লক্কে । য়ুগী নিশা লৈত্রগা হেক হেক কপ্লম্মী । ময়াম্বনা মঙোন্দা য়াম্না চৈবিরম্মী । য়ু থকওই হায়বা নুমিত্তা ময়াম্বনা মঙোন্দা ফারগা য়ু ইনশিল্লম্মী । মানসু ব্রাখলগী অনাবা মাঙখিনবনি খন্দুনা হেক হেক থক্লম্মী । অদুম ওইনমক মমানা হায়রম্বা ব্রাশিং অদুনা মাগী নাকোংদা ঙংদুনতা লৈরম্মী । অহিংদা মিকপ থোকপদসু মখোন থোক্ল কপ্পদগী ময়াম্বনা ফুবিবসু লৈখ্রে । মহাক্লা মরক মরক্তা অসুম্না থম্মোয় শোক্লা কপ্পা তারগা ময়াম্বা নন্দনসু নুঙায়তবা নুমিং য়াউখ্রবনি ।

তাতোন, ঐখোয় ইমাগী মফমদা য়াম্না লানখ্রে । চাবা থকপা খর পাম্বদগী ইমাদা অকায়বা কয়া ঙাংখ্রে । লৈখিদ্রবা ইপাদা নংনা অঙাউবনি হায়বা, ইমাবুনা অঙাউবগী নুপী অঙাউবী হায়খিবা অদুনা ঐগী ইমঙদা নুমিৎ খুদিংগী অহিং খুদিংগী অকি অখঙ পোকহন্দুনা ঐবু তুম্বা, হিপ্পা, চাবা অমত্তা য়াদ্রে । তাতোন, ঐ কদৌঙৈ ফাউবা হিংগদগে ? ঐ ইমাগী শাপ ফংলে । তাধনগী মীচৈ "ইনাউ অনিবু ফহন্নিং তৌবনি" হায়বদো ? করম্না কাউগদগে ।

ঐ মনিপুরদা চৎলনি, ঐ লাল্লে ঙাকপিয়ু হায়জরুনি । শিরবসু ঐ ইপাগী ইংখোল অদুদা ইমাগী খুৎশানা নাল্লগা শিজখিগে ? তাতোন, ঐগী ইশাসে মৈ থোক্লা চাক্কে ।

অসুম্না কপ্পা, ঙাংবা শকপা তৌবসি কানন্না য়াম্না তোয়না তৌশিল্লম্মী । মদু পুম্নমক নন্দন্না করিমতা খনবিবা লৈরমদে । পেন্দবগী খর কপচরিবনি, খর লৈরগা মরায়না ফজখিনি খল্লম্মী ।

"ঙরাং নুমিদাং পুং ১২ ফাউবা মখোয় ৪/৫ না য়ু ভারি ভারিদা থকচিল্লগা অউপ্পা সনাবুন্দা সনা খুদোপ শিবা নিপা অমনা তাল থায় অদুগা

চৈতেক অনি পায়বা অমনা অউপ্পা খুদেংদা দর দর তৌদুনা য়াম্না ফজনা য়েদুনা ঈশৈ শক্লখি । মখোঞ্জেল ফবা নিপা অমগী মখোল তাখি । লম্বী চৎপা মীবু ঙায়হাক লেপ্তুনা মাগী ঈশৈ অদু তানিংহল্লি । ঈশৈ নুংশিনা শকপা খোঞ্জেল ফবা নিপা অদু মাধব ওইরমগদবা মাল্লি" নিপা অমনা ময়ামদা ৱারি তৌরম্মী ।

অসুম্না নিপা অমনা মমান্নবা ৫ / ৬ তা ৱারি তৌরিঙৈদা নন্দন্না খা ৱাং চেন্দুনা মশা অদু ইফিং ফিংকৎলদুনা হায়রম্মী— ঐখোয় কানন হৌগৎলকত্রে । কনা কনানো মশা অমুক্তা নোমদুনা হৌদোকপিয়ু । অসি হায় হায়দুঙায় কান্নদ্রে, কানন অদুম্মক তাইবংপান থাদোকপ্রে ।

নন্দন অঙাউবগী ইপাক্তা চোংথপ্রে । মাবু কনানসু চিংখৎপিগে খন্নদ্রে । মমিং কোরিমুক ঙাঙ্বা মনিঙ হায় হায়দুনা চৎপা হুই অঙাউবগুমপ্রে । হৌজিক্তি মমান্নশিংনা মাগা লোয়ননা থকমিন চামিন্নবা কিরম্মী । মা চৎপদা মীশিংনা লাপ্ন লাপ্ন হন্দোক্লরম্মী ।

মহাক তশেংনমক অঙাউবা ওইরম্মী । নহানমখৈ মানা ঙাউরকপদি শেল তিংনা থক্লগা ঙাউরম্বনি । হৌজিক শেল তিংদ্রে । অদুম ঙাউজরে ।

## ৯ (মাপল)

ঐখোয়গী ধর্ম্মনগরগী ইনাকখুনবা অমদি চহি অনিমুক্কী মমাং অদুৱায়দা মাগী মরল মথুম পুম্নমক সকারনা লোয়না মৎপিপ্রে । মবুক ফত্তবা মীগী অৱামন্না মতম খর মবুক নোয়রম্বা মপা মচা মখোয় মরি জেলগী মিয়াদ পিপ্রে । অধঙ্গনা নাবা মাগী নুপীসু সেবা তৌবিনবা লৈতদুনা শিপ্রে । মীনায় মীশন পুম্নমক মাগী মাগী ময়ুমদা সকারনা শেল পিরগা হলহনপ্রে । মহৌশা মাগী সড়ক শেম্বা, চীং ককপা অদুগা অতে অতে থবক তৌবা য়াউরুবা মখোয় খুলগী মীশিংগী শেল চহি অমমুক্কী মতুংদা ফংহনপ্রে । মদুগী ৱারি ঐখোয়না নঙোন্দা লিপ্রেদনা ।

মহাজন অদুগী মথক্তা লান্দাখিবদা লমজিংবা অঙাং মহেশ হায়বদুদি মনিপুর মচানি হায় । মপানা মুঙ্গেরগী কুমাম নিঙোল লৌদুনা পোকপনিসু হায়; চেল্লকপনিসু হায় । চপ চাবদি খংদে । মহাক লৈরমদ্রবদি মখোয় খুনগী প্রজা হৌজিক ফাউবা ৱাখিনি । মবুক ফত্তবা মহাজন্নি খংবদগী

ঐখোয়গী খুনগী মীনা মাগী থবক তৌবিখিদ্রে । মুঙ্গেরগী অদুগা অতৈ অতৈ লমগী মীশিংনা মাগীদা খংদদুনা থবক তৌজবতনি । ব্রজলালা মহাজন অসিগী থবক চহি কয়া থা কয়া তৌরম্লগা শেল ফংদনা তোকখিবা অদুগা মহাজন ফাবা ফাউবদা থবক তৌবা মুঙ্গেরগী মী য়াম্মী হায়নৈ । মখোয়শিং অদুগী অপুনবা শেল অদু লুপা লাক্ষ অনিগা লিশিং তরানিথোই মখায়নি হায় । মদুগী শেনফম অদুগী মথক্তা সর্কারনা লুপা লাক্ষ তরা থাদরগা ঐখোয় খুন্দা তৌবগুম মখোয় খুন্দা তৌহনখ্রে ।

ঐখোয়গী ধর্ম্মনগরদা হৌজিক হৌজিক ইনাকখুনবা লৌয়াম চাবা ঠিকা তৌবা, চোর কাঁবার তৌবা মখোয় অনিতা ঙায়রে । মখোয়সু ফত্তবা থবক তৌবগী মহৈ ফংগদৌরে । হন্দক্তসু ড্রগ কাঁবার তৌরম্বগী মচানুপা য়াইমা জেন্দা থম্লি । মখোয়না ফোরেষ্টকী অয়োকপা উ, বা, য়াম্থোকহন্দুনা তমদা পুথরকপদা ট্রাইবেলশিংগী অশাউবা কয়া লৈ । চীংদসু লমগী তেক্স (লমপান) থিদনা লৌরি কত্তুনা গাড়ি চেল্লগা লৌপুশিংদা শেল পিরমদবগী শাউদুনা মতুংদা মখোয়গী গাড়ি চংলকপা য়ারোয় হায়খ্রে । ঠিকা লৌবসু কয়া ঙমদ্রে । মান্ত্রীগী এম, এল, এ গী মচা মসুদা ঠিকা পিখ্রে । মীচম্লা ঠিকা তৌরবদি ক্বালিতি মেন্টেন তৌত্রা তৌদব্রসু য়াম্না য়েংশিল্লি । মখোয় মখোয়গী লৌ পরি ৫০/৬০ লৈনৈ । লৌশিং অসিবু পান্নবা মী ৭/৮ কদায় কদায়দেনো মী লাক্লগা ফুরৈ হায় । হৌজিক লৌশিং অসি পান্নবিনবা মী লৈত্রে । লৌ পুম্নমক হান্না হান্না উবা মীশিংনা উই হায় । লম্বি লমখাংদা মহাজন্না লৌ উবা মী খেংনদুনা হংবা কান্দদি "ঐ লৌ উজদ্রে, মহাজনগী লৌ উরবদি ফুনি হায়।" অসুম্না খুম্লকই । হৌজিক মখোয় লব্রায় থব্রাইদা কয়া চৎত্রে । খুলগী সড়ক মতায়দা "লৌমীনা লৌগী মপু ওইঙ্গাদবনি" হায়না প্লাষ্টিক অথাবদা ইবা য়াম্না থেংলি । মখোয় মহাজন অনিসিনা হৌজিক লৌ য়াম্না কন্না য়োল্লি । অদুবু কনাসু লৌ লৈগে হায়দে । করিগুম্বদা মখোয়গী মচিন্দগী "লৌ লৈবা ঙমদবা লৌব্রায়গী প্রজা লায়রবা নখোয় মী ওইরোয়" হায়রম্মী । অশেংবদি মখোয়গী মরক্তা লৌ লৈবা ঙম্বা লৌমী য়াম্না য়াউরি । অদুবু কনাগুম্বা অমত্তনা মখোয়গী লৌ লৈবা য়োনবা তৌরোয়দবনি হায়না মী খরনা কন্না হায়রি । 'লৌ হিসাব তৌশিল্লু । ঐখোয়দা পিথোরক্কদবা কুইদ্রবনি' । লৌ লৈ হায়বদু ঙায় কান্নদ্রে । গাড়ি

চেন্নবা লম্বিসু লৈত্রে । অসুম তৌনা লাই খুরম্নগা লেমজা চাবা, মী শিজিন্নরগা নুঙায়বা শাবা কাংবু, নোংম নোংমগী লৈখা তারকপা উই ।

পেন্মা—ইনম্মা কুইরেদা ঐখোয় ত্রিপুরাদা হাৎন সুনবগা হায়বদো থোক্তবা । চীংগী লমদদি হাৎন শুনবা মরক মরক্তা তায় । মনিপুরদদি নোংমদা মী তরা তরামুক শি । হা অদুদা কাপনৈ । হা অদুদা নহা মশেল কাপনৈ । পোখায়বদা মী শিরেয়ে । নুতিগী পাউদা য়াউরিবা । মহৌশাদি ঐখোয় অহনশিংনা শ্রীগোবিন্দগী কাংশি মখোল তাদবা লমদা লৈগনু, ফত্তবনি হায়রম্মী । হৌজিক্তি করি হায়নরে, করি তৌনরে, কাংশি মখোল তাবা তাদবদা লৈত্রে । অচুম্বনা কদায়নো অরানবনা কদায়নো, হৌজিক্তা য়ুমদগী খুদৈ শেৎলগা ফিনাৎ অমা তোংলগা থোকখিদো শিরে হায়না তারে । অওইব্রনে তারিবা পাউসিবু; য়েংবা চৎলুবদা ওইরম্লে । হুমদ্রাক হুমদ্রাক লাওবা ফুরিৎ, খোঙগ্রাউ শেৎলগা শিনা তারম্মী । মরাল লৈতবা অঙাং অদু বেস ওল্লগা স্বৰ্গদা থাখি । শিরিবদুগী মমা কয়াম কুইনা হিংখিদৌরি । মচানা হুন্দোক্লম্বা মশুশিং য়োকখিবা তারি । অসিগুম্বসি মখল মখা কয়ানি ।

অঙাংশিংনা হায়রিবা উমঙ লাই অসি মমিংতগী ওইনা থম্লনি । হরাউফম জগা অসি শিদোক্লগা য়োৎনা মখোঙ ওইরগা মথক্তা য়োৎনা শাবা ঈশিংগী উপু অচৌবা অমা থম্লগনি । মদুনা য়ুমথোঙ খুদিংগী চাকশঙদা ঈশিং তাহনগনি হায় । টোটি ঈশিং লৌবা চৎহল্লরোয় হায়রি ।

মহৌশাদি পুখ্রিদা ইরুজশিনবা, কোল-লিক চামশিনবা, অঙাংগী মফি-মরোল চামশিনবা তৌনরম্মীকো । মদুদা খোঙ হাম্বা, ওবা, ফায়বা, তৌনবদো হৌজিক্তি অঙাংশিংনা অদুগুম্বা থবক অদু ফত্তবনি হায়দুনা তৌহন্দ্রেদনা । ময়ামগী ওইবা ইরুজনবা মফম, কোন ফেংনবা মফম শাবিদনা তৌবিরে, কয়াদি নুঙায়রগেদো । টোটিদা নোংফাদোক ঈশিং লাকত্রবসু পুখ্রিদগী শেক্লগা লুমথোকহল্লি। ঐখোয় লমগী মী পুল্লপ পুল্লপ নারম্বদো ফত্তবা ঈশিং থকপনা ওইরম্লে ।

ইনম্ম, ঐখোয় নুঙায়নবা থবক্তি ঐখোয় লৈকায়না তৌজগদবনি মহৌশাদি ঐখোয়সু লাইনা তৌবা ঙায়রম্মী । হৌজিক্তি ঐখোয় লাই লৈতে খংলেদনা । লাইনসু সকারনসু তৌবিরক্তবদো ঐখোয়না তৌথবদা ঐখোয়

কয়াম নুঙায়রবা । ঐখোয় সিদা ঈশিং চাউবা, ঈশিং থুম্বকা অমত্তা লৈত্রেকো । অঙাংশিংনা তুরেন মরিল তেংথোকপা, তৌথোকপা তৌবদগী ফবনিকো । মহোয় মপানা হায়বদি তুরেল তৌথবদা লৈঙোয়গী লৈঙোয় ঙাক্ত ঙায়বা মফম লৈরম্বা থেংনৈ হায় । মদু পুম্বা য়ুম শানিংবা মীদা হোংনা পি হায় । কনাগী পুখম, তেঙ্গোৎ, পিগ্গাইগী বালটিন, খুজাই, য়ুবি খুজাই, থাবৈ চেগপ মপোপ কায়দনা করিমত্তা চাথৎ থোতৎ তৌদনা লৈরম্বা থেংনৈ হায় । ঐদি উহৌদ্রে, ইনস্মদি উবিহৌব্রা ?

শেনু—হৈয়া । ইবেম্মা অদুদি ঐসু উহৌদ্রে । অদুদি মহাভারতকী ৱারিদা সমুদ্র নৈবদা উচ্চৈশ্রবা (শগোল), ঐরাবত (শামু), অমৃত থোরকই হায়বদো অচুম্বনিকো । পিকশ্রবা তুরেন অসি তৌথবদ ফাওবা লৈরম্মিবা ময়ামসিনদি । অচৌবা সমুদ্র নৈবদা মী, শা, অমৃতশিং য়াম্না ফংখিবা জাৎনি । তুরেল ময়াদা লৈবা মীশিংনা কোললিক ফেংবদা তাখিবা ময়াম ময়ুমদনা হায়দোকপা কিদুনা হুরানগ্রে হায়বা । ময়ামগী মমাংদা কোল তাখিবদা ঈশিং চাউবা কান্দদি কিনৈদো । অদুগুম্বদুনি লৈরম্লিবসে । মখোয় পাখং লৈশাবীশিংনা তুরেল খরগা তৌথরবদি কোল-লিকতি লাইরদনা সনাগী লিক কোল ফাওবা ফংগনি । মথক্লোমদগী লৈবাক অসুম অসুম তাশিল্লক্তুনা তুরেল মনুং ৱাংখৎলকই । তশেংবদি মহৌশাগী লৈশেমদা ঈশিংনা অকুৎপা য়েং য়েংদুনা অসুম চেম্বুরকপনি । ঐখোয় লৈফমদগী ঈশিংনা (তুরেল) য়াম্না কুৎথনা চেল্লম্বনি । হৌজিক্তি তুরেল মরুদগী লৈবাক পোরকপনে অদুগা তুরেল লৈরায়দগী নোংনা পুথরকপনে তৌদনা তুরেন্না ঐখোয় ঈংখোন্দগী হেন্ন ৱাংগ্রে । ঐখোয় তুরেল অসিবুদি ঐখোয়না তেংথোক্তুনা ফরে; ঈশিং থুম্বগী অৱাবা অনাবা লৈত্রে । অতৈ তুরেনশিংগী ময়াদা লৈবা মীশিংদি য়াম্না ৱাজরি । তুরেল তেংবগী ৱাথল মখোয়গী মকোক্তা লৈতে । লাইনা ঈশিং চাউহল্লিবনি । লাইনা ঐখোয়বু দন্দি পিরিবনি খনবজাৎনি । সর্কারনা তৌবিবা ঙায়রিমাল্লে । মখোয়গী সর্কারদি দিল্লিদা লৈ । অসিগুম্বসি উবিবা শংদে ।

পেম্মা— ইনম্মা ঐনা হন্দক উবা অদুগা তাবা পাউ খর তমজগে — মফম অসিদা তাবা উবা নত্তনা, তৌওম্বা অহল অসিগী থৌদোক পুম্নমক, ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদো তৌখিবনিনা থোক্লিনা খংলকপা লৈতে ।

মফম অসিদা য়ুম্ পাল্লকপদগী মহাক্কী মশক উজবা ফংলে অদুগা মাগী ব্বারি, মীপুম খুদিং নুঙায়মিন্নবগী ব্বারি মানা হায়রিবা, মীয়ামদা, থল্লিবা মীয়ামদা কান্নগদবা ব্বাফম খরদং পানশিন্দুনা য়েংবদা কান্নে হায়বা খংলে। মানা হায়রিবা পুম্নমক অসি থবক ওইনা পাংথোক্লবা ঐখোয়গী ইচা ইশুশিংনা নোংমাইজিং নুমিৎকি অয়াম্বা মতমদা নৈনরি। নুমিৎ অসিদা পৃথীবিগী লৈবাক্তা লৈবা অফাউবা মীশিংগী পুন্সি ব্বারি নৈনে। কার্ল মার্ক্স, এঞ্জেল, লেনিন, চে গুইভেরা, ভগৎসিংহ, দাঙ্গে নচিংবা হৌদ্রবা মখোয়গী পুন্সিগী ব্বারি ১সুং ফিলোসোফি নৈনে। ঐখোয়না হৌজিক হৌজিক শিজিন্নরিবা রাজনিতিগী মতৌ অসি ফজনা য়ুম্লোন্নবা লৈবাকশিংসু খংহনগনি হায়না ব্বারি তৌনে। হন্দক মরক ঐখোয় লমগী মী নত্তবা পাখং লৈশাবী খরসু মখোয়গী মরক্তা উই। মসিগী রাজনিতিগী (লৈবাক শেন্সগী) কৈদা অসি ঐখোয়তনা খংবা য়াদে। মরমদি ঐখোয় মপাগী তেলিফোন লাইন্দা ফহনবা মীগী মপাদা ফত্রবদি পাউ ফাওনবা য়াদবগুম্বনি। চহি ৭০ কুম্যানিষ্ট ওইরম্লবা রুশ লৈবাক ইউ, এস, এ, ১সুং য়ুরোপকী লৈবাকশিংনা লম্লোনফম ওইনবগী থুগায়খি। হৌজিক্তি য়ুরোপকী অপিকপা লৈবাকশিং, খা অমেরিকাগী লৈবাকশিং অদুগা মীথা পোন্দবা অফ্রিকা লৈবাক খরগা সোসিএলিজম কুম্যানিজম ওইরে হায়রি। নহান নোংমাইজিং নুমিৎ সেপটেম্বর তাং ২৬ তা মনিপুরদগী মীওই অনি য়াউনা ইরাবতকী মুর্ত্তি খিল্লি। মখোয়না ঙাংবা খর ঐ তারকই।"মহাক লাই নত্তে মীনি, মীওইবগী মরক্তা মহাক মী ওইনা পোকখি। মানা তৌরম্বা থবক পুম্নমক ঐখোয়না তৌনিংলবদি তৌবা য়ায়। ঐখোয়সু মাগুম্না ঐখোয়গী ওইজবা থিদ্রবদি মী পুম্নমক্কী অফবা ওইগনি। মী ঐখোয়না ঙসি ব্বারিবা অসি কংথোকপগী পুকচেন চেন্দবননি। তাইবংপান্দা পোকপু পোক্লবদি চাক, ফিরোল, লৈফম, দর্কার ওই। অদুবু হিংবদা ব্বাদনা হিংনবা তাকপিরম্মী —। মীনা মীবু লাক্লবা, ওৎপা নৈবা তৌবা, পোৎ চৈ পৈশিন্দুনা থম্বা, অরোন অথুপকী কাবার তৌবা মীওই, লাইগী মিংদা শেল খায়বা, হুরানবা, নিশা য়োনবা ১সুং চাবা পুম্নমক ঙসিদগী তোকপিগদবনি।"

জন নেতা ইরাবতনা মীয়োং ওইনা লৈবা মতমদা সর্কারনা ফানবা তৌবদগী নাম্থোকখিবগী মতাং তাবদা নোক্লিংখি ।

নোংমা মহাক্কী লৈফম চীংয়াগী য়ুম অমদা পুলিসনা মাবু ফাননবা কোয়শিল্লম্মী । মহাক্না শীং য়ানবা চৎপা মীশিংগী মরক্তা কোয়েৎ য়েৎলগা, লেংবান্দা থাংজৌ থোংলগা চৎমিন্নখি হায় । মহাক্কি লৈফম তাকপা মী পুলিসনা থীনা ফুবিখি হায়—মরমদি মহাক্না ইরাবত লৈ হায়রগা লৈরমদবগীনি ।

অমুকসু য়ুম অমদা মহাক লৈ হায়না কোয়শিল্লম্মী । খুদক্তা মহাক্না ফনেক অমা শেৎচিল্লম্মী অদুগা চরু মপুন অমা পুরগা থোকখি । চরু পুবিদু নত্তনা কনা অমত্তা থোকখিবা লৈতে । অদুবু মহাক কন্দায়দা লোৎখ্রবা ?

নোংমসু মহাক্কী লোৎফম পুলিসনা কোয়শিল্লম্মী । খুল অদুগী সড়ক মপান্দা মোইবুং খোংবা হৈবা অমনা মোইবুং খুখোং অমদা খোংলক্লম্মী । মোইবুং মখোল তাবদা মা উনা উনা চীংদা চেনখৎখি ।

ইরাবতনা লোৎলিবা অপিকপা খুল মচা অদুদা পুলিস লাক্লম্মী । খুদক অদুদা তুঙ্গোন য়ানবী নুপী অনিখক মহাক্কী মনাক্তা লাক্লম্মী । মহাকসু ফনেক অমা পিশিন্দুনা শেৎহল্লম্মী তুঙ্গোল য়াল্লহল্লম্মী । লোংথ্রায় অমনা মকোক মরাইবক্তা কুপ্লগা থোকখি । অশেংবা নুপী অমগীদি তুঙ্গোনসু লোংথায়সু অমত্তা য়াওদনা মখোয় অহুম ব্বারি শা-শাদুনা চৎখি । অশেংবা নুপী অনিদুগী ব্বারি শাবদো পুলিসতা করেম্নরগা নোক্ল নোক্ল থোকখি ।

ইরাবত লৈ হায়না তাক্লুবদগী চৈ চারবা নিপা অদুনা ইরাবতকী লোৎফম হেক হেক খংলম্মী । অদুবু মহাক অমুক পুলিসতা তাক্লমদ্রে ।

অসিগুম্বসি কয়ানি মখোয়গী ব্বা ঙাংবদা য়াউখিবা ।

অসুম্না ব্বারি লিরিঙৈদা নুপা অমনা পানামা উপু অমগা মৈখেৎ উপু অমগা লৈগে হায়রম্মী ।

পোৎ লৈবা মীদা পোৎ পিরগা শেল লৌশিল্লগা পেম্মনা পোৎ লৈবা মীদা হায়রম্মী—থবক থারব্রা ইবুঙো ?

পোৎ লৈবা মী অদুনা 'থারে অদুবু ঐদি অমুক চংঙুখিগে, পোৎ অমা কাউরম্লে' হায়রম্মী ।

পেম্মনা মাংওল্দা 'সেক্রেটারি লৈবা উরক্লা' হংলম্মী

মী অদুনা 'লৈহৌরি' হায়রম্মী

পেম্ম—সেক্রেটরিদা ৱারি অমত্তা শাজগে হায়দুনা ইবুঙো অসিনা কুইরে ঙায়জবা। অমুক্তা ইবুঙো নংনা মাবু সেক্রেটরি মনাক্তা থম্বিরম্মু।

ত্রিনাথ হোগংলগা হোটেল অদুদগী মখোয় অনি থোকখ্রে।

ত্রিনাথকা নিপা অদুগা সেক্রেটরি মনাক্তা চংলম্মী। নিপা অদুনা সেক্রেটরিদা হায়রম্মী—ঐখোয় মরুপনা কমরেদপু উননিং মাল্লে।

## ১০ (তরা)

সেক্রেটরিগী কাদা উগী চৌক্রি মরি মগা লৈ। চৌক্রি অমদা ত্রিনাথপু ফমহল্লগা নিপা অদু থোকখ্রে।

সেক্রেটরিদি মিনিট তরামুক মমায় হনগত্তবখৈ তুমিন্না চে অমদা করি করিনো ইরি। ঙায়হাক্কী মতুংদা মানা কলম থমফমদা কলম থল্লগা নিপা অদুদা মমায় ওনশিল্লগা হংলম্মী - করি হায়বিনিংবা লৈ ?

মতম অদুদা ত্রিনাথনা 'তাইবুঙো ঐ থবক অমত্তা পিবিনবা হায়না চংজরকপনি খুরুমজরি হায়দুনা সেক্রেটরিদা মখুৎ লোন্নদুনা মকোক অদু লৈবাক ফংদৌবখৈ নোম্বরম্মী।

সেক্রেটরি থৌবা—করিনো ইবুঙো, শেল নিবা নত্তে, পোৎ নিবা নত্তে, থবক শুজগে, অশুমন পিয়ু হায়বনি নংগী নপাঙ্গল, পুথোক্কুনা, থৌনা ফুদোক্কুনা থবক শুজগে হায়বনি। অদুগী খুরমফম থোক্তে। করি লমদগীনো, করি মিং কৌবগে, করি থবক শুবা হে ?

ত্রিনাথ—ঐ চারালি বাম্দেগীনি, বামন্নি, ত্রিনাথ কৌজে। থবক অমা হেক্তা তৌ হায়বদো তৌজগে। বামন ঐখোয়গীদি চাক ঈশিং থোঙবা, থাকপা, লাইদা পুজা তৌবা, ইরাৎ থৌনিজবা অদুগুম্বদা হৈদেরকই। হৌজিক চাক থোংফম লৈত্রে। লাই লাংপদা পোৎ-চৈ কংনদ্রে। অদুনা পাঙ্গন্না মরুপশিংনা শেল তানবগুম ঐসু তাঞ্জগে তৌবনি।

সেঃ থৌবা—ঐখোয় খুন্দসু বামন লৈরম্মী। গীতাগী, বেদগী য়োক থিদুনা নুঙায়না লৈরম্মী। থবায় য়াউনা ঈশ্বর খুরম্মী। অদুবু চাদবদি য়াদে। মখোয়না লৈবা ইংখোল্দা ইনশাং নাপি, হবায় চেংবায় ফাউবা থানিংদে।

থবক শুবা য়াউবিয়ু হায়বসু য়াদে। ঐঙ্গা শজুহোয় খুন্দা তাক্লমদনা চেনখি।

ত্রিনাথ—লাই লাংচবা ঙমগদবা মান্দ্রে। কৎলবা ঙায়বগী অৱাবদো খাংজররোয়। অদুনা ঐ ১সুং ঐগী নুপী ঐখোয় অনিমক নুঙায়না হিংননবা থবক শুজরগে।

সেঃ থৌবা-নংসু থবক শু, মাসু থবক শুহনসি। নহাক য়ুমদা চংলো। নখোয়গী লেকফম চাফম পিনি। ফি-রোল, কোল-লিক, দকার ওইবা খর ইবেম্মদুগা লোয়ননা পোরকমিল্লৌ। অদুগা নহাক্কা ইবেম্মগা অনিমক্কী আই-কার্দসু পোরক্কদবনি।

চুরুপ, বিড়ি থক্লিংলসু থবক শুরিঙৈদা য়াদে। য়ুনচিংবা অকনবা নিশা চাবা খুদক্তা তাঙ্খোক্লে। ওইদবা ৱা ঙাংবা য়াদে।

মৈ অমসুং ঈশিংগী খাজনা থাগী তলবতগী কক্কনি।

ত্রিনাথ— তাইবুঙো ঐ য়াম্না নুঙায়জরে। ঙসি হুম্নি মরিনিগী মনুংদা ঐ লাকচগনি। ঐ চচ্চরে।

ৱাশিং অদুনা ত্রিনাথপু অসুক্কী মতিক নুংঙায়হল্লম্মী।

মহাক মফম অদু থাদোক্নুনা চৎখ্রে।

* * * * *



*ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং:-*

১। অচুম্বগী মমি

২। নুংশিবগী শক্তম

৩। মহেৎশকী মমা
(A struggle for existence)

৪। থবক্কী মহৈ
A book of 18 short stories

*ফোঙলগদবা লাইরিক :-*

থবক্কী মহৈ ২শুবা